# মণিপুরী ফুঙ্গা ৱারী

সংকলক :

আই আর বাবু সিংহ





# মণিপুরী ফুঙ্গা ৱারী

খোমজিনবা অমসুং ইথোকপা

আই আর বাবু সিংহ




সাহিত্য অকাদেমি

*Manipuri Phunga Wari* : A collection of Manipuri folk-tales compiled and edited by I. R. Babu Singh, Sahitya Akademi, Second printing 2005. Price : Rs. 40






ISBN 81-260-2015-6

অহানবা ফোঙবা ১৯৮৯
অনীশুবা নম্বা ২০০৫

সাহিত্য অকাদেমি
রবীন্দ্র ভবন, ৩৫ ফিরোজশাহ্ রোড, নতুন দিল্লি ১১০ ০০১
লাইরিক ফংফম : স্বাতী, মন্দির মার্গ, নতুন দিল্লি ১১০ ০০১
জীবন তারা, ২৩এ/৪৪এক্স, ডায়মন্ড হারবার রোড, কলকাতা ৭০০ ০৫৩
১৭২ মুম্বাই মারাঠি গ্রন্থ সংগ্রহালয় মার্গ, দাদার, মুম্বাই ৪০০ ০১৪
সেন্ট্রেল কোলেজ ক্যাম্পাস, ড. বি. আর আম্বেদকর ভীথি, বাঙ্গালোর ৫৬০ ০০১
মেইন গুণ বিল্ডিং কমপ্লেক্স, ৪৪৩ (৩০৪) আন্না সলাই, তেয়নামপেট, চেন্নাই ৬০০ ০১৮

মমল : লুপা ৪০

মখুম : দীননাথ সেন

ছাপা নম্ফম : জয়শ্রী প্রেস, ৯১/১বি বৈঠকখানা রোড, কলকাতা ৭০০ ০০৯

## হীরম লামায়

# থবাতোন

[illegible] ময়াংঙৈদা থবাতোন কৌবী মবুং তরেৎকী মল্লংদা মতোমতা য়াওবী হুপী মচা অমা লৈরম্মী। থবাতোন হায়বী হুপী মচা অসি মশক-মতৌ ফজৈ, লমচৎ ফজৈ অমদি মবুংশিংনা হায়বা ইল্লি। মবুং তরেৎ অতুদি থোইদোক্লা ইনাক-কৈরাক খুন্দে, লাইবক[illegible] নংনা পুন্সি লোল্লি, নোংমগী অফং অফংবা চা-থক্তুনা পুন্সি লেল্লি। মথোয় [illegible]-মনাও তরেৎ শুরবস. মশা-মউ ফবা তিক-তিক লাউবা হুপা তরেৎ পোক্লবস্তু [illegible] য়াওজবী মচন হুপী থবাতোন অতুগী মনিং থুংনবা করিগুম্বা অমতা তৌবা [illegible]। মতৌ অসুম্বা য়াম্না লাইরনা লৈবসি হুংঙাইরকত্রতুনা মচিন-মনাও তরেৎ অসি [illegible] [illegible]না মথোয়গী অরা-অনংবসি কোক্লবা, লাইরবসি হোদোক্লবা হোৎনসিগে থল্লবা হৌরে। মমিথংদা মথোযগী মরাইবক অমুক্তং য়েংলুসি লাইরবা হোদোক্লবা য়াত্রা য়েংসি [illegible] মথোয় মচিন-মনাও তরেৎ অসি হিদিঙ্গা ললোনবা চৎলসি হায়না লেপ্পরে।

[illegible] অসুম্বা মবুং তরেৎ অসিনা হিদিংগা ললোনবা চৎলসি হায়না লেপনরবদা [illegible] [illegible] থবাতোন অসিদি কা[illegible] [illegible] মতোমতা থনম্বা তারে মথোয় হল্লকত্রিবা [illegible] মরম অদুনা মবুং তরেৎ অসিনা মচন হুপী থবাতোন য়েংলগা হায়রকই, 'ইবুংগী ইচেম্মা থবাতোন, ঐখোয় য়াম্না লাইরনা নংনা লৈবসি হুংঙাইত্রে, অতুনা থবাতোন, ঐখোয় [illegible]নথুম থরা তাল্লগে অবাক্পা লমদা চত্তুনা। ইবুংশিংনা লনথুম তানবা চৎখ্রিঙৈদা নহাক [illegible] য়ুম অসিদা লৈরম্মু। ইবুংশিংনা নঙবু য়ুম অসিগী মল্লংদা পোৌরোল [illegible] [illegible]না চেকশিন্না থনমগনি ঐখোয় তরেৎ হল্লক্লি ফাওবা। কনাগুম্বা অতোপ্পা [illegible] [illegible] হাংদোকউ হায়বদা য়াক্লু। ঐখোয় তরেৎনা হল্লক্লগা,

সোনাও নারিল ও
থোঙ হাংঙো,
নবুং তরেৎ লাকলে।

হায়বর[illegible] থোঙ হাংগদবনি।' মতৌ অসুম্না মচন হুপীদা চেকশিন্না লৈরম্মবা শিন্নরল্লগা মবুং তরেৎ অদু হিদিংগা ললোনবা চৎখ্রে।

[illegible] কৈওইবা অমথকসু মকম অতুরাইদা লৈরম্মী। মহাক্লা মবুং তরেৎকী অতোপ্পী থবাতোনগী মশক-মতৌ ফজবগী থাগৎনবা অমসুং মরমচৎ ফজবগী মরমদা

ময়াম্না ভাংনবা তারম্মী। ময়াম অসি তান্নবদগী মহাক থবাতোনবু ফাদুনা মবুং তন্নেৎ লৈত্রিভৈদা পুরক্লগা মহাক্কী মুপী ওইগে হায়না খনখি। কৈবু কৈওইবা হান্নবসি মখোয়না লৈন্নিবা লমদম অদুদা, মিংদা তাবদা কিনবা জীব অমনি। মহাক্না পামলিবা, নিংলিবসি মতোম্মতা হোৎনন্নবদি ফংবা ঙমলোই হায়না খল্লদুনা কৈবু কৈওইবনা থবাতোনগী লৈকাইদা লৈবী হন্নবী অমগী ময়ুমদা লাকলে। হন্নবীগী ময়ুমদা লাক্লগা থোঙ ময়াদা লেপ্লগা কৈবু কৈওইবনা হায়ন্নকই,

হয়, মীশা চানিংঙি
মীন্থ নম্মি ঙসিদি,
হন্নবী থোঙ হাংলো।

কৈবু কৈওইবগী খোঞ্জেল অসি তাবদা হন্নবী অদু মশা অদু চেঙ থৈবগুম নিকলে কিবনা অদুবু মহাক তুমিন্না কমদৌনা কৈবু কৈওইবগী থায়াত্তগী নানখোকসিগে খল্লি। মিকুপ অমগী মন্থুংদা হন্নবী অদুনা কৈবু কৈওইবদা খুমলকই, 'ও কৈবু কৈওইবা, ঐদি হন্নুরে, ঐগী খুইন্নবা উল অসিদি নঙনা চাবদা কন্নিস্থ হাউরন্নোই। নঙনা মীশা চানিংঙি হায়ন্নবদি ঐখোয়গী লৈকাই অসিদা মশা তগৎ তগৎ তেকপী, মশক-মতৌ ফজবী লৈশাবী অমা লৈবনি। মমিংনা থবাতোন কৌবনি। মবুং তন্নেৎকী মন্থংদা মতোম্মতা য়াওবনি। মবুং তন্নেৎ অদুস্থ হৌজিক্তি হিদিংগা ললোনবা চৎথিবনি। মহাক মতোমতা ময়ুমদা লৈবনি। মহাক্কী তনৌ তনৌবা, তগৎ তগৎ তেকপা মশা অদু চাক্লচো।' হন্নবীগী ৱা অসি তাবদা কৈবু কৈওইবদু হুংঙাইন্নে, হন্নাওন্নে অমন্থং থবাতোনগী ময়ুম তান্না চৎপ্লে।

থবাতোনগী ময়ুম য়োন্নগা কৈবু কৈওইবনা মখোল ইন্নো লোন্নদুনা অকিবা খোঞ্জেলদা থবাতোন্দা থোঙ হাংদোক্লবা হায়ক্লন্নে, মহাক্কী খোঞ্জেল অসি তাবদা থবাতোন্না ইমুং মন্থুংদগী খুমলকই,

ইবুং মখোল মান্দে,
থোঙ হাংবা ঙমলোই
নশক খঙদে কনানো।

কৈবু কৈওইবদু মান্নথীন্নে, থবাতোন ফংগনি খল্লবদু শোয়ন্নে। শাউনা শাউনা হন্নবীদুগী মনাক্তা হল্লক্লগা হায়ন্নন্নে, 'হন্নবী উল খুইবী, থবাতোন্দু থোঙ হাংঙু হায়ন্নবা য়াদে। মবুং মখোল মান্দে হায়, অদুনা ঐদি নঙবু চাবা তান্নে।'

হন্থবী অছু লৌশিং য়াম্না লৈ, পাইরক্কী লৌশিং শিজিন্নরদুনা মহাক্না খুমলকই, 'অদুম তৌরবদি কদাইদগী থবাতোন্না থোঙ হাংদোকলক্লগদগে কৈবু কৈওইবা, নঙনা মাবু থোঙ হাংদোকহনগে হায়রবদি য়াম্না চেকশিনগদবনি, হৈশিংগদবনি। হন্দকমুক্তগা চৎলুখো অদুগা থোঙদা লেপলগা মথাগী অসি ঊশৈ ওইনা শক্কুনা তাহল্লু,

সোনাও নারিল ও
থোঙ হাংঙো,
নবুং তরেৎ লাকলে।

মসি নঙনা চেকশিন্না হায়রবদি থবাতোন্না শোয়দনা থোঙ হাংলক্কনি। মহাক্না থোঙ হেক হাংলকপগা মাবু ফাদুনা পুরো।' কৈবু কৈওইবদু থরা হরাওরদুনা অমুক্তা হন্না থবাতোনগী মমুমদা চৎপ্রে। থবাতোনগী মমুম য়ৌরগা থোঙ মনাক্তা লেপ্লগা মহাক্না য়াম্না চেকশিন্না থবাতোনগী মবুং তরেৎকী মখোল মান্নবা হোৎনরদুনা হায়রকই,

সোনাও নারিল ও
থোঙ হাংঙো,
নবুং তরেৎ লাকলে।

মহাক্না ফনা কন্না হোৎনজদুনসু কৈবু কৈওইবগী মখোল অদু ব্রো ব্রো লাউরদুনা থবাতোনগী মবুংশিংগী মখোলগা থক মান্নো হায়বা য়াদ্রে। মবুংশিংগী মখোল মানদবা খোঙ্গেল অদু তাবদা থবাতোন্না মবুংশিংগী মখোল মান্দে, থোঙ হাংদোকপা ঙমলোই হায়দুনা থোঙ অদু হাংদোকত্রে। তৌফম থঙদ্রদুনা কৈবু কৈওইবদু য়াম্না শাউনা হন্থবীদুগী মমুমদা অমুক্তা হন্না চৎলগা তমলুরে।

হন্দক্তি হন্থবী অদুসু কৈবু কৈওইবগী মথয়াত্তগী নানথোকপা লুনা থোকলে। মরম অসিনা মহাক্না কৈবু কৈওইবদা থবাতোনগী মমুম তান্না মখোয় অনী পুন্না চৎমিন্নরসি, মহাক্না থবাতোনবু থোঙ হাংদোকহল্লগে অদুগা ফাদুনা পুজখো হায়না শীন্নরদুনা মখোয় অনী পুন্না লাকমিন্নরে। থবাতোনগী মমুমদা থোঙময়াদা লেপ্লগা হন্থবী অদুনা মীরবা খোঙ্গেন্দা হায়রকই,

সোনাও নারিল ও
থোঙ হাংঙো,
নবুং তরেৎ লাকলে।

হায়রিবা ময়োল অসিদি চুমবস্ম, মায়রবস্ম খোঞ্জেল অদুদি মবুংশিংগী মানদবনা থবাতোয়া 'ইবুং মখোল মান্দে' হায়রদুনা খোঙ অদু হাংঙু হায়বা য়াদ্রে। হম্ববী অদুস্ম য়ায়া লৌশিং লৈবীনি। থবাতোয়া ইরায় লায়না খোঙ হেক্তা হাংঙু হায়বা য়ারোই হায়বসি খঙলদুনা মহাক্না খোঙ হাংহন্নবা লৌশিং অমা তৌরে। হম্ববীনা হায়রকই, 'থবাতোন, ঐ নবেন হম্ববীনি। খোঙ অমুক্তা হাংদোকউ ইবেম্মা, ঐগী য়েৎতুমদু মাঙখোকপ্পে ফি শেগায়বা অমতা ঙাইহাক্তা ফোৎকে, নঙগী য়েৎতুমদু অমুক্তা ৱায়রুগে।' থবাতোয়া হায়রকই, 'ইবেন ফরে, খোঙদি হাংদোকলরোই অদুবু য়েৎতুম হায়বদুদি ফকলাং অহোবসিদা থিন্দোরক্কেসে লৌরো' হাযরদুনা ফকলাংগী অহোবা মখুল অমদা থবাতোয়া য়েৎতুম অদু লানখোরকই। হম্ববীদুস্ম শিংদবদি নত্তে, থবাতোনসি খোঙ হাংদোকলোইদৌরে হায়বা উরদুনা মহাকা হায়রকই, 'থবাতোন, অমম্বসিদা ঐবু মিৎনগা নিংথিনা উদবনে, য়েৎতুমদু উদ্রেনে। খোঙদুবু থজিক্কং কাখোক্লগা নথুৎনা পীরবদি নখুৎতগী লৌরবদি উগনি। খোঙদু থজিক্কংদি হাংদোক-উবা।' মসিদা খাজরদুনা থবাতোয়া খোঙ অদু থজিক্কং হাংদোক্লগা হম্ববীগী মখুৎতা য়েৎতুম অদু পীগে হায়না হেক তৌবদা হম্ববী অদুগী মকমদা লোত্তুনা লৈরম্মা কৈবু কৈওইবনা নমদুনা খোঙ অদু হাংদোকলগা থবাতোনবু লাদুনা পুরগা চৎখ্রে।

মশানা পঙজবদগী প্রমক অসি খোকথ্রিবনি খল্লুবদা থবাতোনদু ৎংঙাইত্রে। কৈবু কৈওইবগী মখুত্তগী নানথোকনবা উপায়স্ম লৈতে। অদুবু কৈবু কৈওইবনা ফাদুনা মহাকপু উমং মনুংদা পুদুনা চৎলিঙৈদো করিগুম্বা মবুং তরেৎতুনা ময়ুমদা হল্লক্তুনা মহাকপু থিরকপা খোরুবদি কদোমদা চৎখিবগে হায়বগী খুদম খঙহন্নবা মশাদা শেৎলিবা ইল্লিবা ফিগী মচেৎ মচেৎ শেগায়রগা মহায়া মখোয়না লাকপা লম্বীদা থাদরম্মী।

মতম থরা লৈরগা থবাতোনগী মবুং তরেৎ অদু হিদিংগা ললোনবা চৎলুবদগী সনা-লুপা, লন-থুম য়ায়া পুররুদুনা ময়ুমদা হল্লকলে। ময়ুম য়ৌরকপদদি য়ুম অদু ইহাং হাঙলদুনা, খোঙ অদুনা লাঙনা হাংদোক্লদুনা লৈরম্মা থেংনরে মখোয়না। মচন হুপী অদু কনানা ফারমগদগে, কনানা পুথিরমগদগে হায়বসি মখোয় ফনা কুইনা খঙবা ঙমদ্রে। অদুবু মমৈথংদদি মখোয়গী মচন অদু কৈবু কৈওইবনা শোয়দনা ফাদুনা পুরমলগনি হায়না খন্নরদুনা মবুং তরেৎ অদু মচন হুপীবু কোইথি থিবা খোরকলে ময়ুমদগী। মখোয়না উমংদা অস্থম অস্থম চৎলকপদা মখোয়গী মচন হুপী থবাতোনগী মফি-মরোলগী মচেৎ মচেৎ কয়া লম্বীদা অস্থম তারম্বা উরে। ফি মচেৎ মচেৎশিং অদু তায়রিবা লম্বী অদুগী মতুংইন্না মবুং তরেৎ অদুনা অস্থম চৎলকপদা মমৈদা থাংপোক অমথক লৈরম্বা থেংনরে। থাংপোক অদুদা মখোয়গী মচন অদু কৈবু কৈওইবনা ফাদুনা

থমলি হায়বসি মথোয়না থঙলে। অকোয়বা মনাক অদুরাইদা লোত্তুনা লৈরগা মথোয়না মচন অদুগা অমুক্তং 'উনরগা মঙোন্দগী থোকপ্রিবা থৌদোক পুন্নমক অদু থঙদোক্কে হায়না থল্লে। নোংমদি তাঙ্গা অসি ফংলে। কৈবু কৈওইবনা চৎথোকপ্রিডৈদা থবাতোন্না মবুং তরেং অদুদা মতম থন্না কৈবু কৈওইবনা থঙহন্দনা লোত্তুনা লৈয়, মহাকনা মরক অদদা পাঙথোকললকপা থবকশিং অদু কুপনা য়েংঙু হায়রে। মহাক কৈব কৈওইবা অদুবু হুংশিদে, মহাকনা তৌখিবা ফত্তবা ময়াম অদুগীদমক মতিক চাবা লমন খুমগে হায়রে। মচলনা হায়জবা মতুংইন্না মবুং তরেং অদু উমং অদুদা লোত্তুনা লৈরে। কৈবু কৈওইবদু মথাই য়াম্না হুংঙাইরে, থবাতোনবু ফংলবত্তদা মহাক চংথোকনিংদ্রে, অদুগী মহুত্তা থবাতোনবু মাগী হুপী ওইনা য়োক্তুনা থমলে য়ুম অদুদা। কৈবু কৈওইবা অসি থবাতোননা মাগী ময়ুমদা মহাক্কী হুপী ওইনা লৈবিয়ু হা;বা য়াবত্তদদি যাম্না হরাওরে অমসুং থবাতোননা হেক হায়বা থবক মখৈ মহাকনা লোইনা তৌই। নোংমদি কৈবু কৈওইবা য়েংলদুনা থবাতোন্না হায়রকই, 'কৈবু কৈওইবা. ঙসিদি হন্তবী মউল অমতা পুরকউ, ঐ থবক অমতা তৌনগে। পুরকপা ঙমগদ্রা ?' থবাতোন্না অসুম্না থৌদারকপসি কৈবু কৈওইবদু হুংঙাইজৈ অমহং পুরক্কে হায়রম্নগা মহাক চৎখ্রে। লম্বীদা অতম লাকপদা হন্তবী মউল খুইরবী অমা চংলম্বা উবদা হন্তবী অদুগী মউল অদু থোকতোকলগা পুরক্লগা ময়ুমদা হল্লক্তুনা থবাতোন্দা পীররে। মথংগী হুমিং অমদনা থবাতোন্না কৈবু কৈওইবদা হায়রকই, 'কৈবু কৈওইবা, ঐদি ঙসিদি ঈশিং য়াম্না থোরালে। রাগী উতোং মনিং মমাং হোবা অসিদা ঈশিং শোকলকউ তুরেন্দগী থকনবা।' কৈবু কৈওইবদু রাগী মনিং মমাং হোত্রোং হোবা উতোং অদু পুরদুনা তুরেলদা ঈশিং শোকপা লাকলে। তুরেল খোঙহুংদা কুমথরগা মনিং মমাং ইহো হোবা উতোং অদুদা ঈশিং শোকপা লাকনরি। নাকল অনীমক ইহো হোবা উতোং অদুগী নাকল অমদা মথুৎ খুৎশা তশাং তশাংবা অদুনা মেলদুনা নাকল অমরোমদগী ঈশিং হাপচিন্দুনা উতোং মহংদা হানজিন্নবা হোৎনবদা ঈশিং অদু হেক পুখৎপদা অতম তাখিদুনা শোকপা শুকয়া যাদ্রে। অসুম তৌদুনা মহাক্লা হন্না হন্না ঈশিং অদু শোক্লবা হোৎনবদা য়াদ্রে। মরক অসিদা থবাতোন্না মহাক্কী থাংপোক অদু কৈবু কৈওইবনা তুরেলদা ঈশিং শোকপা হোৎনরিঙৈ মরক অদুদা মৈনা থাদোকলে, চাকলিবা থাংপোক্কী মৈরক অদুদা নোংমা কৈবু কৈওইবনা পুরকখিবা হন্তবীগী মউল অদু লংশিন্দুনা চাকপদা য়াওহল্লে। অসুম্না মৈ থাদোক্লগা থবাতোন্না নহানমখৈ মফম অদুরাইদা লোত্তুনা লৈরিবা মবুং তরেং অদুগা লোয়ননা লোম্না চেল্লকলে। কৈবু কৈওইবদি থোকপ্রিবা পুন্নমক অসি করিমতা থঙদ্রি; মহাক্তি উতোং অহোবদু পায়রদুনা তুরেল খোঙহুংদা ঈশিং শোকপা লাক্লরি। কৈবু কৈওইবগী মতৌ অসি উবদা তুরেলগী মপান্দা হোবা উপাল অমদা তোংবা ক্লাক অমথক্লা ঙসাইমখৈ

য়েংলম্বদগী হায়রকই, 'হে কৈবু কৈওইবা অপঙবা, ননিং নমাং হোত্রোং হো, নতু লৈমা কাং কোক; নয়ুম মৈদা গ্রোং।' কাক অসিনা উশা অমদা তোংলদুনা হন্না হন্না মসি হায়রম্মী। কাক অসিনা হন্না হন্না থোংবসিদা কৈবু কৈওইবদু শাউনিংলদুনা নুংদুম খূমদুনা কাক অদুদা থাদুনা তানথোকখি। অদুবু কাক অদু অমুক পাইথোকলুরগা হমক্তুনা হান্নগীগুম্না অদুম থোংলৈ। মমৈথংদা কৈবু কৈওইবনা মতুং হন্না ময়ুমলোমদা য়েংলুবদদি মাগী থাংপোক অদু মৈনা চাকপা উরে। মদু উবদা মহাক মৈ চাকলিবা থাংপোক অদোমদা চেনশিনগ্রে চাকলিবা মৈরক অদুদা মী অমম্ম জি জি শোরদুনা চাকপা উরে। জি জি শোদুনা চাকলিবদু মহাক্কী হুপী থবাতোননি নিংদুনা কৈবু কৈওইবদু চাকলিবা মৈরক অদুদা চোংশিন্দুনা মতোম্মতা মৈনা চাকহন্দুনা শিথি।

## শক্রেম্বী চাইশ্রা

থাইনা মমাংঙৈদা লোম্নবী হুপী অনীথক লৈরম্মী। হুপী অহল অদুনা শক্রেম্বী কৌবী মশক-মতৌ চংখোল্লবী, হৌন-লোনচৎ থঙবী মচাহুপী অমা পোকই, অতোমবী অদুনা চাইশ্রা .কৌবী মশক-মতৌ কয়া ফজদবী, লমকেৎ লমহাইবী মচাহুপী অমা পোকই। লোম্নবী হুপী ওইবগী হৌনবী হুপী অনী অসিতা হুংশিনদবা, কল্লক-য়েংথিনবা নত্তনা মচাহুপী অনী অসিম্ন কয়া হুংশিনদে। লোম্নবীগী অতোম্বী অমহুং মহাক্কী মচাহুপী চাইশ্রানা মমা অহল অমহুং মচাহুপী শক্রেম্বী অনীগী মাঙন-তান্নবা অমদি অৱাবা পীনবতা শরৌ শীন্নদুনা লৈরম্মী। নোংমদি লোম্নবী হুপী অনী অসি শিলেমপাংতা মথুক্তা লোং অমম্বম পায়ন্নদুনা ঙা ফাবা চংলম্মী। শক্রেম্বীগী মমাদি লোং খোনবদা ঙা য়াম্না ফারে, তুংগোল অদু থল্লে। চাইশ্রাগী মমাদি মহাকনা খোল্লিবা লোং অদুদা ঙা লকপগী মহুত্তা লিন মচা ঙাক্তা লকই, লিন মচাশিং অদু মহাকনা লৌন্ন-লৌন্নগা তুংগোলদা হাপচিল্লি। মুমিৎ থেঙজিল্লক্লদুনা মখোয় অনী লোং খোনবা তোক্লদুনা মম্মুমদা কারকলে। লম্বীদা ন্নারন্নদুনা লম্বীগী মপান্দা হৌবা অচৌবা হৈবোং পাম্বী অমগী মথাদা ঙাইহাক্তং পোথাখিসি চায়না মখোয় অনী ফমলে। হৈবোং পাম্বী অদুদা অমুন অমুনবা ফজ-ফজবা হৈবোং কয়া মশাদা মুল্লদুনা পানবা উবদা চাইশ্রাগী মমানা মহাক হৈবোং পাম্বী মথক্তা কাথংলগা হেকলুগে চাসি হায়রে। চাইশ্রাগী মমানা হৈবোং পাম্বী মথক্তা কাথংপ্রগা অমুনবা হৈবোংশিং অদু থাদরকপা ঙাইন্নদুনা ময়া লাওনা কাথোকতুনা শক্রেম্বীগী মমাদু লৈরে। অহানবদা থাদরকপা হৈবোংদু ময়াদা তারকপদা শায়দুনা চাবদা য়াম্না হাউরে। চাইশ্রাগী মমানা হাউত্রা হুংবদা খুম্মি, হাউই থরলগা থাদরকউ হায়রে। অদুদি হেন্না চাউবা, হেন্না অহাউবা হৈবোং অমা থাদরক্কে য়া অদু লাওনা কাথোকলো; মমিৎ উইশিল্লো হায়রে চাইশ্রাগী মমানা; শক্রেম্বী মমাদু মমিৎ উইশিলদুনা ময়া লাওনা কাথোকতুনা হৈবোং থাদরকপা ঙাইদুনা লৈরে। চাইশ্রাগী মমানা হন্দক্তি অমুনবা হৈবোং থাদরকপগী মহুৎতা মহাক্কী তুংগোলদা য়াওরিবা মহাক্না ফারকপা লিন মচাশিং অদু লোইনা হৈথরকলে। লিন মচাশিং অদুনা শক্রেম্বী মমাদু চিক্তুনা শিরে। চাইশ্রা মমাদু হৈবোং মথক্তগী কুমথরকলগা শক্রেম্বী মমাগী অশিবা মশা অদু ঈশিংদা থাদরন্নগা মহাক্কী ঙা থন্না য়াওবা তুংগোল অদু পুরদুনা মম্মুমদা কাপ্রে।

শক্রেম্বীনা মমাদি য়াওদনা চাইশ্রাগী মমা মতোম্মতা হল্লকপা উবদা মহাক্কী মমা

কনাইদা লৈহৌরবগে হংখি। চাইশ্রাগী মমানা খুমখি; 'নমা মীনা হায়বা লৌদবী; লমংহনবীদু হুমিং তাবা ফাওবা শিলেমপাৎতা লোং খোনখিনি হায়দুনা খেঙত্রে কারসি হায়বা য়াদনা লৈহৌরিবনি।' শক্রেম্বীদু মমা কারকপা ঙাইরদুনা লৈরম্মী; মমাদি অহিং ফনা খেংজিল্লকলবা ফাওবদা কারক্লে। মমানা হল্লক্লবদুদদি মহাক হুমিদাং অদু চাক চাদ্রে ফমুংদা চঙদবা য়াদদুনা চঙদুনা তুম্লবা হোৎনরে। অদুবু মমাগী খল্লুবদা শূকতুম তুম্বা য়াদ্রে, নোংয়াই চবুক লোল্লবদা মহাক মখোল হৌনা হিকনা হিকনা কপলকলে। মহাক্না কপ্পগী মখোল অদু তাবদা চাইশ্রা মমানা তানিংদে, কপকয়; তুম্বা য়াদে হায়না চৈবিরে। মথরাই ৱানা কিনা কিনা অঙম হিঃদগী অহিংগী মমৈ ওইরকলবা নোংঙাল্লমদাইদা মহাক ঙাইহাক্তং উরোল উরোল তুমথরুবদা মঙ অমা মঙখি। মঙ অদুদা মমানা হায়রম্মী, 'ইমাগী ইবেম্মা, ইমাদি নমাতোন্না য়াদা লিন হৈজিন্দুনা লিন্না চিক্লুনা শিরে। শিলেমপাৎতা ইমাগী থৱাই মঙাগা খেঙ্গু ওন্দুনা লৈরে। নোং হেক ঙানবগা লোং অমা পায়দুনা লাকউ, ইমাবু খোল্লু। ইমানা খেঙ্গু ওইনা লকলক্লে লোং অদুদা অদুদগী নঙনা ফাবা খেঙ্গু অদু ইশাইফূদা হুমিং মঙানি য়োক্লুনা থম্মু। মঙানি গুরগা খেঙ্গু ওল্লিবা নমা ঐহাক মী ওইনা ওনবা ঙমরা য়েংগে অদুগা নঙবু চাউনবা য়োকলগে।'

নোং ঙানবগা শক্রেম্বীনা লোং অমা পায়রদুনা শিলেমপাক্তা মমানা মমঙদা হায়রম্বা মতুংইন্না খেঙ্গু ফানবা চৎলে। মমিত্তগী মপি তার তারদুনা লোং অদু খোল্লি, অহানবদা ঙাম্নু অমা লকই লোং অদুদা। ঙাম্নু অদুদা মহাক্না 'হে ঙম্নঙবু খোনবা নক্লে, পলেম ইমাবু খোনবনি' হায়রদুনা লোংদগী থাদোকখ্রে। অঙম তৌদুনা লোং অদু খোনবদা মথং মথং লকলকপা ঙাশিং অদু মহাক্না লোইনা থাদোকখি। মমৈথংদা মমানা ওনবা খেঙ্গু অদু ফারে। খেঙ্গু অদু মথাংদা ফনেক মতুংদা য়োমশিল্লগা মী উহন্দনা পুদুনা কারকলে। মহাক্না লোং খোনবা কারকপা উবদা চাইশ্রা মমানা ঙা কয়া য়াম্না ফারকই হংই। 'ইমাতোন ঐদি লোং খোনবা হৈতদুনা ঙা অমতম্ম ফারক্তেদা' হায়রদুনা ঙা য়াওদবা তুঙ্গোল অদু য়েংহল্লি। মথাঙদা ফনেকনা য়োমলিবা খেঙ্গু অদু করিনো য়েংগে হায়রক্লদ্রা হায়না মহাক পাথৎলম্মী। মমাতোন্না অদুদি মমামগী চাক খোংলুরো হায়দুনা মহাক ইমুংদা চঙপ্রে। ইমুং মতুং য়ৌরগা মহাক্না খেঙ্গু অদু কনামতা উদ্রমাল্লে থল্লদুনা ইশাইফূদা য়োকশিল্লে। মহাক্না খেঙ্গু অদু ইশাইফূদা য়োকশিনখিবসি চাইশ্রানা লোম্না তুমিম্না উহৌরে। মহাক্না উরিবসি চাইশ্রানা মমাদা লোইনা তমলে। 'অদুদি নঙ হয়েং অম্মুক অঙনবদা ইচে শক্রেম্বীগী ইশাইফূদগী ঊশিং থক্লে হায়না ওইনরো। ইশাইফূদগী ঊশিং কনবদা খেঙ্গু য়াওই য়াওদে হায়বদু মরাইনা খঙজরগনি।' অস্তুম্না চাইশ্রানা মমাদা হায়রে। মথংগী অম্মুক অঙনবদা চাইশ্রানা

মমানা তাকপা মতুং ইমা শক্রেম্বীগী ইশাইফুদগী ঈশিং থক্কে হায়রে।। চাইশ্রা মমানা শক্রেম্বীদা ঈশিং থয়া পীথকউ হায়রে। শক্রেম্বীনা ঈশিং লোবা চঙগে তৌবদা চাইশ্রানা নিংঙাই তৌরবুনা হায়রকই, 'ইচে শক্রেম্বীনা কনবা ঈশিং থকনিংদে, মহাক্কী ইশাইফুদগী ঐহাক ইতোম্বতা কল্লগা থকচগে।' শক্রেম্বীদু তৌকম খঙদ্রে। মমাতোম্না নিংঙাই কক্তবী অঙাংনি মশানা কল্লগা থকহন্নুরো হায়রবদা শক্রেম্বীদু হায়কম খঙদ্রে। চাইশ্রানা ঈশিং অদু কন্দুনা ইশাইফুদগী থকলে। থেঙ্গু অদু মহাকনা পুথোরক্কুনা শক্রেম্বীগী ইশাইফুদা য়াওরম্বনি হায়না পীরে। চাইশ্রা মমানা শক্রেম্বীদা থেঙ্গুদু থোংলুরো চাথোক্লসি হায়রে। নানথোকফম লৈত্রবদা শক্রেম্বীনা থেঙ্গু অহিংবদু ঈশিং য়াওবা চফু অমদা হাপ্লগা মৈ থাদুনা ফুৎপা হৌরক্লে।

চফু মঙ্গুং অদুদা মৈশা ফংলকপদা শক্রেম্বী মমানা ওনবা থেংগুনা হায়রকই, 'শক্রেম্বী. ইমাদি খোঙ য়োরে।' মসি তাবদা শক্রেম্বীনা চফু মথাদা ইনশিল্লিবা অচাকপা শীং অদু লৌথোকলগা কপদুনা লৈরে। মহাক্কী মতৌ অদু চাইশ্রানা মমাদা তমলুরে। চাইশ্রা মমানা মমায়দা খুৎপাক্লা হেক থাজিল্লু হায়রে। পোক্কবী মমাতোনবু কিবদগী শক্রেম্বীনা শীং অদু অমুক ইনশিল্লে। অচাকপা মৈগী মৈশা অদু ফংবদা থেংগু অদুনা চফু মঙ্গুংদগী হায়রকই, 'শক্রেম্বী, ইমাদি থাঙ য়োরে, ইমাদি ঙক য়োরে, ইবেম্মা, ইমাদি পুমলোই লোইরে।' থেংগু অদু চাকশংদা শক্রেম্বীনা কপনা কপনা থোংলে. মহাক্তি য়েনশাং অদু শুকচা চাদ্রে। চাইশ্রাগা মমাগনা থেংগুগী শদোংদু হাউরে হাউরে হায়রদুনা লোইনা চাথোকলে অদুগা শরুশিং অদুনা চাকখুম মনাক অদুরাইদা লংথোকখে। অহিং অদুদা মমঙদা মমা লাকলদুনা শক্রেম্বীদা হায়রম্মী, 'ইমাগী ইবেম্মা শক্রেম্বী, ইমানা ওনবা থেংগুগী শরুশিং অদু খুনজিল্লগা ফিরুক অমদা ফিনা কুপশিন্দুনা মখুম চেংনা থমজিনদুনা হুমিৎ তরেৎনি থম্মু। তরেৎনি শুবা হুমিৎতা ইমা মী ওন্দুনা থোরক্কনি।' মমঙদা হায়রম্বদু শক্রেম্বীনা তৌরে। অদুবু তরুকনি শুবা হুমিত্তা মহাকনা য়োমদুনা ফিরুকতা থমথিবা শরুশিং অদু কমদোরম্মগদগে হায়বগী খিংবা ঙমদ্রবা য়েংনিংবা অমনা মহাক্লা শরুশিং অদু হাংদোকতুনা য়েংলুবদা হুমিৎ তরেৎনি শুদনা হাংদোকলুবদগী শরুশিং অদু মীদি ওনবা ঙমদ্রদুনা শেম্বাং ওন্দুনা পাইথোকখ্রে।

শক্রেম্বী চাইশ্রা অনীমকসি মপুং-মরৈ ফারবী লৈশাবী ওইরকলে। নোংমা হুমিদাংবাই অমা চাইশ্রানা ফিরোল অহনবা শেৎ-চাদুনা, সনা লুপাগী লৈতেং কয়া শিন্নদুনা, শক্রেম্বীনা ইমোৎ মোৎপা ফনেক শেগায়বা অমা শেৎ, থোইদোকপা সনা-লুপাগী লৈতেং য়াওদনা মথুৎতা পুন অমমম পায়রদুনা ঈশিং শোকলুবদগী হল্লরুম্মী। লম্বীদা মনাই-মশলগা লোয়ননা তুকাওবা হায়বা নিংথৌ অদু শাদানবদগী হল্লরুম্মী। সনা-

লুপাগী লৈত্তে য়াওদনা অমোৎপা শেগায়বা ফনেক অমা শেংলবস্থ শক্রেশ্বীদু অমোৎপা লৈথোমলক্কা তারবা সনাগুম ফজরম্মী। নিংথৌ তুকাওবনা মাগী মনাক্তা চঙশিলক্লনা শক্রেশ্বরগী পুনদগী ঈশিং থক্কিক্কা থক'ক হায়রম্মী। পোক্তবী মমা অতোম্বীবু কিবদগী শক্রেশ্বীনা চাইস্ত্রাগী পুনদগী ঈশিং থকপিয়ু মঙোন্দগী থকপিগনু চায়জরম্মী। নীংবা কায়রদুনা নিংথৌ তুকাওবনা ঈশিং থক্তনা চৎখ্রে। ময়ুম য়ৌরগা পুন্নমক অসি চাইস্ত্রানা মমাদা তমলে। মথংগী ঙমিত্তা শক্রেশ্বী অমহুং চাইস্ত্রা অনীবু শক্রেশ্বীবুনা মমাংগী ঙমিত্তা চাইস্ত্রানা শেৎখিবা ফি-রোল অমহুং সনা-লুপাগী লৈতেং অদু অদুগা চাইস্ত্রাবুনা শক্রেশ্বীগী অমোৎপা শেগায়বা ফনেক অদু শেৎহন্নগা মৎস্ত্রা পুন অমমম পায়হন্নগা ঈশিং শোকপা চৎহনখি। নিংথৌ তুকাওবদু ঙরাংগুম্না মনাই-মশল কনামতা য়াওদনা লম্বীদা মতোম্মতা শগোল তোংলদুনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মশক-মতৌ ফজরবী শক্রেশ্বীদু ঙসিদি ফিরোল অহনবা অমহুং সনা লুপাগী লৈত্তেংগা শিহনবদুদদি অমুককা হেন্না ফজবা হেনগৎলে। নিংথৌ তুকাওবদু-শক্রেশ্বী উবদগী মমিৎ অদু অতোপ্পা পোৎ অমদা য়েংলুদনা মঙোন্দা অতুম য়েংদুনা লৈরে। ইকাইবা থাদোক্তুনা মহাক শক্রেশ্বীগী মনাক্তা চঙলকলগা ঙরাংগুমনা ঈশিং থুয়া অমা পীথক্তুনা মহাককী থৌরাংবা কোকহল্লু হায়কুরে। মসি উবদা চাইস্ত্রাদু শাউবনা মমায় মমিৎ ঈমুক ঙাংলে। শক্রেশ্বীনা ঙরাংগুমনা মনাউমুপী চাইস্ত্রাগী ঈশিং থকপিয়ু মঙোন্দগী থকপিনু হায়না নিংথৌ তুকাওবদা হায়রে। নিংথৌনা মহাক্তি শক্রেশ্বীগী মথুক্তগীদা ঈশিং থকনিংবনি, অতৈ অতোপ্পা কনা অমদগী থকনিংদে হায়রে। নিংথৌ তুকাওবনা হায়জবসি থাঙবা ঙমদ্রদুনা শক্রেশ্বীনা ঈশিং অদু পীথরবা শগোলথক্তা তোংলিবা নিংথৌনা লাম্বা ফংনবা মথুক্তা পায়রিবা পুন অদু লানথৎলকলম্মী। নিংথৌনা শক্রেশ্বীগী মথুক্তগী পুন অদুদি লৌদনা মহাককী খুজেং পায়রগা শগোলথক্তা হাপকৎতুনা মহাকপু পুদুনা শগোল অদু থৌদুনা চেনখ্রে। মথুক্তা পায়রিবা পুন অদু শাউবনা লবাক্তা থাদদুনা থুগাইরম্নগা চাইস্ত্রাদু ময়ুমদা য়ৌখ্রে। ময়ুম য়ৌরগা মমাদা থোকখিবা পুন্নমক অদু লোইনা তমলে অমহুং মমা মচাদু ওনথোকনা নীংবা কায়রে। নিংথৌ তুকাওবগী মুপী ওইরদুনা শক্রেশ্বীদু ব্রাৎত-পাদনা, চানিংবতা চা, শেৎনিংবদা শেৎ নাই মশল ময়াম্না শেন্নদুনা মুংঙাইনা লৈরে। শক্রেশ্বীগী অসিগুম্বা মুংঙাইনা লেনবা নেশিসি চাইস্ত্রা মমা মচানা য়েংবা ঙমদে অদুনা মথোয় অনীনা অমুক হন্না শক্রেশ্বীগী গুন-তাকনবা শরৌ শীনবা হৌরে।

শক্রেশ্বীদু মকুম মথা শুরদুনা মচাম্নপা অমা পোকলে। মথংগী চহি অদুদা চাইস্ত্রা মা মচানা শক্রেশ্বীবু মথোয়গী য়ুমদা লাক্তবা কুইরে চাক চরা অমতা চায়ো হায়না হায়রে। শক্রেশ্বীনা শিকলিবা মচাম্নপাদু কোম্নুংদা থমলম্নগা মহাক মতোপ্পতা মশামদা াক চাবা লাকলে। চাক-ঈশিং চাবা লোইরদুনা মহাকনা কোম্নুংদা হল্লগে, থেংখ্রে

হায়রদুনা মকি-মরোল শেৎলগে হায়দুনা য়েংলুবদা মহাক্কী মকি-মরোলশিং অমসুং চাইশ্রানা লোইনা শেৎচিন্নুনা লৈরমলে। 'ইবেম্মা, ইচে থেম্ব্রে চৎলগে, অমাংমচাদু থোম লামম্লগনি, কপ্পমলগনি, ইচেগী ফিরোলদু পীরো' হায়কদা চাইশ্রানা শাউদুনা ফিরোল অদু লোথোকলগা কাংথদা লংশিনখ্রে। ফিরোল অদু লোথোক্তে হায়না মহাকনা কাংথদা নোনথদুনা হোৎনরিঙৈদা চাইশ্রা মমানা লোক-লোক শোবা ঈশিং অশাঙ্বা মহাক্কী মথক্তা হৈজিল্লকপদগী মহাক শিরে। মহাক্কী মখাই মডা অদুনা লমথুম্বু ওন্দুনা পাইখ্রে। চাইশ্রানা শন্দ্রেখীনা কোত্নংদগী শেৎলকপা ফিরোল অমসুং সনা-লুপা লৈতেংশিং অদু শিজিনদুনা শন্দ্রেখী শাদুনা কোত্নংদা চৎখ্রে। শাজিরবী চাইশ্রাদু নিংথৌগী মনাক্তা পাক হেক চঙবা ইকাইরে। নিংথৌ তুকাওবনা চাইশ্রাগী অথীবা মশক-মতৌ অদুদা হায়রপ চিংনরদুনা হায়রকই, 'শন্দ্রেখী, নপামদা চাক চাবা ঙসিদং চৎলুরগা নঙবু নখোঙগী খুৎনিংসু ইকায় কায়, নমিৎকী নপাসু ইচোম চোম, নশকনা ইথী থীরদুনা হল্লকলিবসিবু করিগীনো ?' নিংথৌগী অসিগুম্বা চিংনবগী বাহং অসিদা শন্দ্রেখী শাজিন্নরিবী চাইশ্রানা হায়খি, 'সুংশিথোইবা, ইচা অপিশক অসি থোম লামদুনা কপলম্লগনি হায়দুনা লম্বীদা হাথু-হাথু চেল্লকপদা খুৎনিংসি ইকায় কায়খিবনি, নোংগাম্রবা অহল-লমনগী থল্লুবদা ইপামদা কপমনবদগী পা অসি ইচোম চোমদুনা মিৎ অসিনা ইকুৎ কুৎগ্রবনি।' থুমদোয়কলিবা মঙং অসিদা নিংথৌদি পেনবদি ওইদ্রবসু করি তৌগদগে তৌফম থঙদ্রদুনা তুমিন্না লৈরে।

সুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা নোংমা নিংথৌ তুকাওবগী পাঙল শজিকলোইনা শজিক ফাল্লিঙৈদা উ পাম্বী অমগী মতোন্দা শন্দ্রেখীনা ওনখিবা লমথুম্বু অদু লাক্তনা তোংলরে। উশা অমদা তোংলদুনা লমথুম্বু অদুনা খোংলকই,

কু ক্রু কু থাংমৈতৎ
তাজোহে শজিকলোই
নবেম্মা পাজোম্বীদা হায়জৌ
ইচা নিংথৌ শোক্কনি

শন্দ্রেখীনা উদা তোং
চাইশ্রানা ফম্বালতোং
হা নিংথৌ তুকাওবা
ইচা নিংথৌ শোক্কনি
সনা লীকলাং তৎকনি
কু ক্রু কু থাংমৈতৎ।

লমখুম্বনা অস্থমনা থোংলকপগী মরোল অসি তাবদা পাঙল শজিকলোইহু ইঙেক ঙেকলে, মমৈথংদা চেল্লক্লুনা নিংথৌগী মকমদা তমলরে। মহাক্না নিংথৌগী মকমদা পাউ অসি তন্নিংঙৈ অদুমক্তদা লমখুম্ব অদু পাইরক্লুনা নিংথৌগী শংগাইগী মাক্লোলদা থাংজবু অমগী মথক্তা তোংলরে। লমখুম্ব অদু উবদা নিংথৌনা হায়রকই, 'হা উচেক মৈপুংবী নঙবু ঐগী শক্লেন্বীনা ওনবমক্তা ওইরবদি পাইরকউ অমুক্তদি ঐগী খুবাক-মরাই অসিদা লৈরিবা চেঙ মরুশিং অদু খুন্দুনা চারো'। লমখুম্ব অত নিংথৌনা হায়বা মতুংইন্না পাইথরক্লুনা মখুবাক্তগী চেঙ মরুশিং অদু খুন্দুনা চাররে। অস্থমনা চেঙ মরুশিং অদু খুন্দুনা চারিঙৈদো নিংথৌ তুকাওবনা লমখুম্ব অদু ফারগা পোন অমদা হাপচিন্দুনা থমলে। অহিং অমদা নিংথৌগী মমঙদা শক্লেন্বীনা হায়রম্মী, 'হে নিংথৌ হুংশিবা, ঐগী থৱাইনা ওনবা লমখুম্ব অদু কনামতা থঙহন-উইহন্দনা হুমিং তরেংনি থম্বিয়ু। তরেংনি শুবা হুমিক্তা মী ওন্দুনা ইচা নিংথৌ য়োকপা ঙম্ব্া য়েংগে।'

অস্থমনা পোন্দা ফাদুনা থমলিবা লমখুম্ব অদু তুকাওবগী মচাম্নুপা পিকলিবা নিংথৌ মচা অদুনা য়ামনা ঙকনা, হৱাওনা হুমিং খুদিংগী য়েংই। পোন মনুংদা থমলিবা লমখুম্ব অদুনা নিংথৌমচাগী মিৎপান্দগী করিগুম্বা মতমদম্ব মিৎশাং কারিবদু মচিন্না চিক্লুনা লৌথোকই। লমখুম্বনা অস্থন্না তৌবসি উবদা চাইশ্রাদি য়ামনা শাউনিংলে। নোংমদি নিংথৌ তুকাওবদু মনাই-মশল ময়ামগা লোয়ননা শাদানবা চৎল্লিঙৈদো চাইশ্রানা লমখুম্ব অদু হাংতোকলগা চগেম পোমথোকলে। নিংথৌনা শাদানবদগী হল্লকগা লমখুম্ব অদু কদাইদা লৈম্লে হংবদা চাইশ্রানা খুমখি, 'লমখুম্ব অদুনা মচিন্না ইচা নিংথৌগী মমিক্তা তুহৎলি অদুনা ইচাগী মমিং তাঙবা তারে মসিগী উচেক অসি লৈরবদি হায়দুনা চগেম পোমথোকপ্রে।' মসি তাবদা নিংথৌদু য়াম্না শাউরে অদুবু মপাল থোকনা শাউবদি য়াগ্রদুনা তুমিন্না লৈরে, চগেম পোম্বদুদি শুকচা চাউ হায়বা য়াখিদ্রে। নিংথৌগী য়েনশাং শরুক চগেম পোম্বদু হৈদোকখিবা মফম অদুদগী লমখুম্বগী মরু-মরাংশিং অদুদগী হৈনৌ পাম্বী অমা হোগৎলক্লে। মতমগী মতুংইন্না হৈনৌ পাম্বী অদুদগী হৈনৌ অমা পাল্লে। নোংমা নিংথৌগী শজিকলোই পাঙল অদুনা হৈনৌ পাম্বী অদুগী মথোঙদা শজিক ফাল্লিঙৈদো উথক্তা পাল্লিবা হৈনৌ অদু উরে, মদু উবদা মহাক হৈনৌ অদু চানিংমনগ্রদুনা চাইশ্রাদগী অমতা চাজক্নগে হায়না নিদুনা হৈনৌ অমা হেক্লুনা মমুমদা পুপ্লে। মমুম হেক য়োবগা শজিকলোই অদু নিংথৌ তুকাওবনা কোত্থংদা অমুকহন্না কৌখৎপ্লে। মহাক্না হেকচরকপা হৈনৌ অদু চেঙফুদা চেঙ মরক্তা ফুমজিন্দুনা কোত্থংদগী হল্লকগা চারগে হায়দুনা লোৎশিন্দুনা থনমলে।

মথংগী হুমিক্তা পাঙল শজিকলোই অদুনা ঙরাং মানা থমখিবা হৈনৌ অদু নিংশিংলক্লুনা থায়রগা চাগে হায়দুনা থাঙ কোইথি থিরুরে। কোইথি থিবদা ইমুংদা থাঙ অমতা থিবা ফংদ্রে। মথংগী হুমিক্তনা থাঙ অদু থিবা ফংলে মদু পায়রগা হৈনৌ অদু

থিবদা ফংঙ্রে। মতৌ অস্থমনা নোংমনা থাঙ লৈরা হৈ লৈতা, নোংমনা হৈ লৈরা থাঙ লৈতা তৌদুনা হৌথিবনা হুমিং অরেংনি তাদাকপ্রে। অরেংনি তুবগী হুমিত্তা হৈনেৌ অদুনা মশক-মতৌ ফজরবী হুপী অমা ওনদুনা থোরকলে। নিপামি তুবা হুমিত্তা পাঙল শজিকলোই অদুনা শজিক ফানবা চৎপ্রবদা হুপী অদুনা তুমিন্না থোরক্লগা মহাককী চাক-ঈশিং থোংদোকপিরে, মপোৎ-মচৈ মফমচানা লোইশিন্দুনা থম্বিরগা মহাকনা কাচিন অমদা তুমিন্না লোত্তুনা লৈরে। শজিকলোই অদুনা মহাককী ইমুংদা থোকলিবা ময়ামসি হুমিং হুমনি চুপনা থঙননবা হোৎনবদা করিগুম্বা অমতা থঙবা ঙমদ্রে; কৈরোই-লৈকাইগী য়ুমথংনবদা হংবদস্থ কনামতনা থঙই হায়দ্রে। কনাগুম্বা লাই ফত্তবনা মহাকপু মাঙহন-তাকহনগে হায়না শীল্লকলিত্রা হায়না চিংনরদুনা মহাক থঙদদি থঙদোকলগে হায়না লেপলে। নোংমদি শজিক ফানবা চৎপগী মঙংদা ময়ুমদগী থোকপ্রগা য়ুম অদুগী কাচিন অমদা কনামতনা উররোইদবা মফমদা মহাক লোৎতুনা লৈরে। পাঙল শজিক-লোইদু শজিক ফানবা চৎপ্রবনি হায়না খল্লদুনা হুপী অদু হুতিগী মতৌওম্না থোরক্লগা চাক-ঈশিং থোংবিনবা মপোৎ-মচৈ লোইশিনবিনবা থোরক্লে। হুপী অসিনা মতৌ অস্থম্না থোরকপসি উবদা পাঙল শজিকলোই অদু মহাকনা লোৎলিবা মফম অদুদগী হুপী অদুগী থুদাং পায়দুনা ফাননবা থোরকলে। মহাককী থুদাং পায়দুনা ফাগে তৌরবদা হুপী অদুনা হায়রকই, 'ইপু শজিকলোই, ঐহাক শল্লেখীনি।' পাঙল শজিক ফানবদুনা ইঙক ঙকলদুনা লৈরিংঙদা হুপী অদুনা হৈনৌ অদুদগী মহাকনা হুপী অমা ওল্লকপগী বারী অদু মথং মথং লীদুনা তাহল্লে। হুপী অসিগী মচিন্দগী বারী পূম্নমক অসি তারবদা পাঙল শজিকলোই অদু নিংথৌ তুকাওবগী মনাক্তা কোক্তংদা চৎতুনা শিৎ শিৎনা লীক্লরে। বারী অসি তারবদা নিংথৌনা পাঙল শজিকলোইগী ময়ুমদগী শল্লেখীদু কোক্তংদা মহাককী মনাক্তা পুথৎলকনবা মী থাপ্লে। কোক্তংদা শল্লেখী য়ৌরকলবদা নিংথৌনা মীয়াম পূম্নমক তানবা হায়রকই, 'করম্বনা ঐগী অশেংবা হুপীনো, করম্বনা অশেংবা শল্লেখীনো হায়বসি ঐহাক থঙদোকনিংলে। মরম অসিনা ঐগী হুপী অনীমক অসি মখুৎতা থাঙ অমমম পায়হল্লগা য়ান্নহল্লসি। থাঙনা য়ান্নবা অসিদা শিহৌদবা অদু শল্লেখী অশেংবনি হায়বা থঙনরসি।' অস্থম তৌদুনা হুপী অনী অদু মখুৎতা থাঙ অমমম পায়হল্লগা চাইননবা শেমশাহল্লে। চাইশ্রানা মখুৎতা পায়রিবা থাঙ অদুনা শল্লেখীদা অহানবদা য়াল্লে। চাইশ্রানা য়ানবা থাঙ অদুনা শল্লেখীদা করিস্থ চঙদে। শল্লেখীনা মখুৎতা থাঙ অদু পায়রগা মহাককী মতাঙ থোকলদুনা চাইশ্রাদা য়ানবদা চাইশ্রাদু মকক অনী থোকনা তারে। অসিগী মতুংদা শল্লেখীনা নিংথৌ তুকাওবগা পায়দুনা মচাহুপাদু য়োকতুনা হংতাইনা পানথি অদুগা মবুক ফংতবী মীগী মাঙনবতা শীনবি, মশাগী ওইজবদা থনবি চাইশ্রানা মরালনা মপোৎ কাদুনা মতিক ওকপা চৈরাক ফংখি।

## পেবেৎকী ৱারী

থাইনা মমাংঙৈদা পেবেৎ অমথক অপিকপা মচা তরেৎখক্তা লোয়ননা উমং অমদা লৈরম্মী। অপিকপা মচাশিং অদু চাউনবা য়োকলগা মখোয়বু পাইবা তম্বিদুনা মহৈ মহৈ মচিঞ্জাক খিজদুনা হিংবা ঙম্মনবা পেবেৎ অদুনা কন্না হোৎনজৈ। মনাক অদুদগী হায়দা শা-ঙা চাদ্রে লম্বোইবে হায়বা হৌদোং লম্বোইবা হন্থবা অমসু লৈরম্মী। শা-ঙা চাদ্রে লম্বোইবে হায়না তৌশিন্নরবসু হৌদোং লম্বোইবদু পেবেৎ মচাশিং অদু উবদা মতিক কুৎ কুৎ য়োৎলম্মী। পেবেৎ মচাশিংগী নৌরবা, থোৎলবা শদোংশিং অদু কন্নবা মতমদা অমুক্তং চাবা ফংগনি হায়বগী তাঙ্গা অসি ঙাইদুনা মহাক মতম পুম্নমক লেলম্মী। ঙতি ঙমিৎ খুদিংগী চুম্না চৎথোরকপা শারদুনা মহাকনা মখুৎনা মালা পরেং অমা পায়রদুনা মথাদা লৈঙাং শঙবা লম্বোইবগী ফিজেং শেৎলদুনা মকোক্তা লম্বোইবগী টুপি অমা উপলদুনা পেবেৎকী ময়ুমদা হেক হেক কোয়থোরকই।

নোংমসু মহাক্না হৌনবী ফিরোলশিং অদু শেৎলদুনা মখুত্তা মালা অমা য়াল্লদুনা মচিন্দগী 'কিংকরমালা, কিংকরমালা' হায়না শোল্লদুনা পেবেৎকী ময়ুমদা লাক্লগা হৌদোং লম্বোইবনা পেবেৎপু কৌরকই। হৌদোং লম্বোইবগী খোঞ্জেল তাবদা পেবেৎ থোরকই। হৌদোং লম্বোইবনা হংলকই, 'পেবেৎ, পেবেৎ' !!

> পেবেৎনা য়াম্না নোম্লুকনা খুমলকই, 'অগো য়ো ইকুংঙো।'
> হৌদোং লম্বোইবনা হংলকই, 'ঐগী ইশক অসি কয়া য়াম্না ফজৈ?'
> পেবেৎনা খুমলকই, 'ঈশিং পুল অথনবা, ফো শংবাই অচোনবা,
> ঙারি পরেং অচুম্বমুক ফজৈ ইকুংঙো।'

মসি তাবদা হৌদোং লম্বোইবদু হন্না ওরে, মথ্বাই হুংঙাইরদুনা মঙক অদু হাইর হাইরদুনা 'কিংকরমালা, কিংকরমালা' হায়না মচিন্দা শোল্ল শোল্লদুনা চৎখ্রে। হৌদোং লম্বোইবদু চৎখ্রবদা পেবেৎ মমাদুনা পিকলিবা মচাশিং অদুদা হায়রকই, 'য়েংঙু ইচাশা হৌদোং লম্বোইবসি য়াম্না ফত্তবনি, চেকশিনগদবনি। মহাক্না নখোয়বু ফাদুনা চাগদবনী অশোয়বা থিদুনতা লৈরিবনি। ইমাগী অচেংবা, অশোয়বা হেক উবদা মহাক্না নখোয়বু ফাদুনা চাগদৌরিবনি। অদুনা নতু-নমান খিঙদোক-তুনা লাংদোন অমদগী লাংদোন অমদা, তৌরা অমদগী তৌরা অমদা লান্না পাইবা

তন্থু মহাক্না নখোয়বু তাৱদুনা ফাবা ভমদনবা। নখোয়না লাংদোন অমদগী লাংদোন অমদা, তৌরা অমদগী অমদা নপা নতোম্মতা হেক পাইজবা ভবদা ইমানা মঙোন্দা অচুম অচুম্বদু হায়বিগনি। মসি ভমজি ফাওবদি, ইমানা মঙোন্দা ওইদবা হায়শিন্নদুনা নমথাক তৌশিন্নদুনা উৎ চাইদুনা লেন্নিবনি।' অসি হায়দুনা পেবেৎ মমা অদুনা মচাশিং অদুবু হুতি হুমিং খুদিংগী পাইবা তখী।

মথংগী হুমিং অমদা হৌদোং লম্বোইবদু লম্বোইবগী ফিজেৎ অদু শেৎলদুনা মথুক্তা মালা পায়থদুনা মচিন্দগী 'কিংকরমালা, কিংকরমালা' হায়না শোল্লদুনা পেবেৎকী ময়ুমদা লাকলগা কৌরকই। পেবেৎস্থ মহৌশাগুম্না খুমলকই, 'অয়ো য়ো ইকুডো।'

'ঐগী ইশকসি কয়ামুক ফজ্জ পেবেৎ।' হৌদোং লম্বোইবনা হংলকই। হায়গীগুম্না পেবেৎ মমানা খুমলকই, 'ঈশিং পুল অথনবা, কৌ শংবাই অচোনবা, ঙাঁর পঙ্গেং অচুম্বমুক ফজে, ইকুডো।' হন্দকমুকস্থ হৌদোং লম্বোইবদু পেবেৎ মমাগী পাউখুম অদুদা পেল্লে, মথাই হুংঙাইরদুনা মঙক অদু হাইর হাইরদুনা মচিন্দগী 'কিংকরমালা, কিংকরমালা,' হায়না শোল্লদুনা ময়ুমদা হনগ্রে। মপুক্কিংবদি মহাক পেনগ্রে; পেবেং মমা অসি শিংঙিদা, মরাল পীশিনবা য়াবা অশোয়বা অমতা থেংনদে হায়না হুংঙাইতনা খন খন্দুনা চৎখি। মরক অসিদা পেবেৎ মমানা মচাশিং অদু হুতি হুমিং খুদিংগী মহৌশাগুম্না লাংদোন অমদগী লাংদোন অমদা, তৌরা অমদগী তৌরা অমদা পাইবা কন্না তম্বিরি। পেবেৎ মচাশিং অদু অস্থম মমানা হুতি হুমিং খুদিংগী তমিশানক-পত্নদা য়াম্না নিংথিনা পাইবা হৈরে। মমা য়াঙদনা মখোয় মশা মশা মতোমতনা পাইজবা ভমলে। মচাশিং অদুনা মতৌ অস্থমনা নিংথিনা পাইবা অসি উরবদা পেবেৎ মমানা নোংমদি মচাশিং য়েংলগা হায়রকই, 'ইচাশা, হৌদোং লম্বোইবশিনা হৌজিক্তি নখোযবু কাদুনা চাবা ভমলরোই। হন্দকমুক মহাক্না লাকপদদি মহাক্না হংলকপদা ইমানা তৌশিন্নদুনা খুমবসি তোকলগে। অশেংবদুদা হাক্কগে। অদুনা মহাক্না নখোয়বু ইমানা অশেংবদু খুত্তদুদা শাউদুনা ফারগা চাগে তৌরকপদা ইমানা ইচাশা শ্বা হায়রক্কে মসি তাবদা নখোয় পাইদুনা চৎগ্রো।'

মথংদা অমুক হৌদোং লম্বোইবদু হায়রগুম্না লাকুনা পেবেৎতা কৌরবে। ঙসিদি পেবেৎতু শাউনা লৈগ্রে, মতিক চাবা পাউখুম পীরগে হায়না শেমশাদুনা লৈরে। হৌদোং লম্বোইবনা হংলকই, 'পেবেৎ ঐগী ইশক অসি কয়া য়াম্না ফজে।'

পেবেৎনা হায়রকই, 'হৌদোং লম্বোইবা অপঙবা, নঙনা ঐঙোন্দা করিগীদমক্তা নঙগী নশক অসি কয়া য়াম্না ফজবগে হংলিবসি করিগীনো? হৌদোং লম্বোইবনা ফজববু হৌদোং লম্বোইবমুক ফজবস্থ ঙাইদনা।'

মনি হায়রগা পেবেৎ মমা অদুনা মচাশিং অদুদা পাইখিনবা 'ইচাশা খা' হায়না লাউরকই। মমানা পাইখিনবা 'খা' হেক হায়রকপদা পেবেৎ মচাশিং অদু মুং পাইরে। অদুবু পেবেৎ মচা ইতোন তোনবা তরেংগুবা অদুদি পিকমনবদগী পাক হেক পাইবা ঙমদদুনা লৈহৌরে। হৌদোং লম্বোইবদু পেবেৎ মামাগী থওইদবা মহাকপু লল্লবা পাউখুম অদুদা শাউদুনা লৈরিঙৈদা পেবেৎ মচা ইতোন তোনবদুনা পাইবা ঙমদনা লৈবদু উবদা মহাকপু ফারগা চায়গে হায়না তৌরে। মচা অতোনবদু হৌদোং লম্বোইবনা চাগদবগী তৌরকপদা পেবেৎ মমানা হায়রকই, 'হৌদোং লম্বোইবা ইবুংঙো, নঙনা ঐগী ইচা খোমদোনবু চাগে হায়রবদি অদুম্না চাবদি হাউররোই। ঊশিংদা শেংনা ইকুজখোকপিরো মশাদো, মতুদা পকলিবা অমোৎ-অকাই, অমাং অশোইশিং অদু শেংনা চামখোক্নুনা ইকুজখোকপিরগা নখুবাক্তা হাপতুনা ফুংশাদা ভাইহাক য়াইহল্লু। ফুংশাদা য়াইহন্দুনা মতু-মমান খিং খিং লাউরবা মতমদা নখুবাক্তা তরেৎলক হন্না লংখৎলু। অদুম তৌরবদি নঙনা মহাকপু চাবদা য়াম্না হাউগনি।'

পেবেৎ মমানা হায়রিবশিং অদু ইশোয় শোইদনা হৌদোং লম্বোইবদুনা তৌরে। মহাক পেবেৎ মচা অদু চানিংবনদি মতিল অর অর তারে। পেবেৎ মচা খোমদোন অদু ইকু-মাইখজবিদুনা মশাগী, মতুদগী পকলবা অমোৎ-অকাইশিং অদু শেংনা চামখোকপিরবদুদদি মশা অদু খিং খিং লাউরে। হৌদোং লম্বোইবনা মখুবাক্তা লদুনা পেবেৎ মচা খোমদোন অদু মথং মথং তরেৎলক হন্না লংখৎলে। মখুবাক্তা লংখৎতুনা শামহনবদা তরেৎলক গুবদা পেবেৎ মচা খোমদোন অদুনা হৌদোং লম্বোইবগী মখুবাক্তা মখি পেৎ লাউনা চিংশিল্লগা পাইদুনা চৎল্লে। হৌদোং লম্বোইবনা ফাবা ঙমহৌদ্রে। হৌদোং লম্বোইবদু য়াম্না শাউনিংলে, অদুবু করিস্থ তৌফম থঙদ্রদুনা মখুবাক্তা ফামদোকললমলিবা পেবেৎ মচা খোমদোনগী অমাংবদু মরৈনা শৎ লেকশিনল্লে। মরৈনা শৎ লেকশিনবদা অমাঙবা অদু য়াম্না হাউরমলে অমসুং মখুবাক্তা পকহৌবা থরদু মরৈনা লেকনা লেকনা হায়রকই, 'মথীমকনা অমুক হাউরবসিদা মশাদি করি হাযকুনি।'

## গুরু থনবা

থায়না মমাংঙৈদা তুপা অমগা তুপী অমগা লৈরম্মী। মথোয় অনী অসি মতৈ-মনাওনি। নোংমদি তুপী অসিনা মাগী তুপাদা হায়রকই, 'ইবুংঙো নঙগী গুরু কনানো? নঙগী ওঝা গুরু হায়বদো লৈত্রা? তুপা ওইবা হায়বসিদি ওঝা গুরু থিজিনদুনা পুন্সিংগী রাম্বী থিগদবনি।' তুপানা খুমলকই, 'তুপী, নঙগী বাসি ঐবু য়াম্না ইকাইরে। ঐদি গুরু হায়বদো মশক থঙদে, অদুবু নঙনা হায়রবনিনা ঐ গুরু থনবা ঙসিদগী চৎলগনি।' অসি হায়দুনা তুমিৎ অদুগী তুমিদাং অদু মমুমদা হনজিল্লকতদুনা গুরু থিবা চৎখ্রে। মতম অদু মাগী তুপী অদু মশা বাই শংঙমদে। মমুম অদুদা মাগী মপুরোইবা হল্লক্কৎবদা মতোমতা লৈহৌবা তারম্মী। মতম থরা লৈরগা তুপী অদু কুম থা শুরদুনা মচা তুপা অমা পোকলম্মী। মপা মাওদনা বানা মমানা মচা তুপা অদুবু চাউননবা য়োকচখি। মপুরোইবা লৈত্রবদা মচাগী থনবদা কনা অতোপ্পগী অতৈগী রাথল চঙখিদ্রে।

মাইকৈ অমরোমদনা মাগী তুপা অদুনা অসুম চৎলকপনা লৈপাক কয়া কয়া লানদুনা লাক্লবা ফাওবদা মানা অপাম্বা গুরু হায়বদো ফংবা কৌবা লৈত্রে। মথরায় তংডাইতনা অসুম লাকপনা খংহৌদনা মশা মউ ফরবা অহল ওইরবা তুপা অমা লৌবুক্তা থবক শুদুনা লৈরম্বা থেংনরে। অহল ওইরবা তুপা অদুবু উরবদা তুপা অসিনা অহল ওইরবা তুপা অসিমক মাগী গুরু ওইবদা মতিক চারে হায়না থনখি। রাথল অসিনা লমজিংদুনা অহল অদুগী মনাক্তা চংশিল্লক্লদুনা হায়রকই, 'বাজি ঐবু করিগুম্বা অমতা হংজগে।' অহল অদুনা খুমলকই, 'করি ওইরবনো ইবুংঙো? হংঙু য়ানি।' তুপা অদুনা হায়রকই, 'বাজি ঙসিদগী বাজিবু ননাই ঐগী গুরু হায়বদো ওইজরগে।' অহল অদুনা 'ইবুংঙো নঙনা ঐবু গুরুনি হায়না থল্লিবা অদু ঐগীদি লাইবক য়াম্না ফবনি। অদুবু ঐদি করিস্ত থঙদবা পঙলবা গুরু অমগী মতিক মগুন করিমতা য়াওদবা মীচম অমনি। অদুনা নঙনা মতিক চাবা অফবা গুরু অমা থিদুনা থল্লুবনা হেন্না ইবুংঙোগী কান্নবা ওইগনি' হায়রকই। তুপানা অমুক হায়রকই, 'বাজি, ঐগীদি মতিক চারবা গুরুনি হায়না থনজরদুনা বাজিবু সেবা তৌদুনা ঙসিদগী বাজিগী নাক্তা লৈজরগে।' তুপাসিগী বাসি তারবদা অহল ওইরবা তুপা অসিনা হায়রকই, 'ফরে ইবুংঙো নঙনা নথরাইনা পামজবা ওইরবদি

ঙসিদগী ঐগী নাক্তা লৈতুনা গুরুগী সেবা হায়বদো ফংজরো।' অসুম তৌনা হুপা অসি মথৱাই হুংঙাইরতুনা গুরুগী সেবা তৌতুনা চহি কয়া লেপ্লকলে। অতুক কুইবা শাংলবা চহি কয়া লৈরকলবা ফাওবদা নোংমতসু গুরুগী মফমদগী পাউতাক অমতা তাবা ফংলমদে করিগুম্বা অমতা তম্বিরকপা থেংনদে। অতুবু গুরুগী সেবাদি নিংথিনা তৌজরম্মী।

চহি ২০ মুক হৌখ্রে। নোংমদি গুরু ওইরবা অহল অদুনা হুপা অদুগী সেবাদা পেল্লতুনা হায়রকই, 'হুপা নঙ ঐবু নঙগী গুরুনি হায়না খনদুনা ঐগী সেবাদা থরায় য়াওনা তৌরবনিনা ইপা য়াম্না হুংঙাইরে। অদুবু ঐনা নঙোন্দা মতিক চাবা অফবা পাউতাক করিস্ু পীনিংঙাই লৈতে। ঐনা পীগদবা পাউতাক হায়ববু অতৈ করিস্ু লৈতে। পাউতাক অহুমথক্তদি পীগেকো। পাউতাকশিং অদুদি অহানবদা, হুপী-অঙাং তুমদ্রিমখৈ তুমলোইদবনি। অনিশুবদা, মশক খঙদবী হুপীগা করিগুম্বদা চংমিন্নরোইদবনি। অহুমশুবা পাউতাকনা, মী অমা হাৎকে হায়না নবুক্লিংদা চপ ফুংনা থম্লবদি ৱাখল অহুমলক খনথগদবনি।' গুরু অসিনা পাউতাক অহুমসি হুপা অদুদা তাকপিরকথি। গুরুগী পাউতাক ফংজরবদা হুপা অদু ময়ুম মায়কৈ পাংলকলে গুরুগী মফমদা হৌনবী খুরুম-খাজংবা তৌরল্লগা।

লম্বীদা অসুম লাকপদা লৈপাক অমদা যৌরকলে। হুমিৎ তারক্লতুনা খুঙ্গং অমদা চংশিনদুনা অহিং অদু য়াইরেকফম থিরকই। মনাক নকপা য়ুম অমদা থুংলরে। য়ুম অদুদা হন্থবী অমগা মচান্থপা অমগা মখোয় অনীতমক লৈরম্মী। হন্থবী অদুদি কপ্পুনা লৈরম্মী। মচান্থপাদুস্ু মথৱাই হুঙাইতনা মমাবু য়েংদুনা লৈরম্মী। মতমদুদা হুপা অদুনা চংশিল্লকতুনা হংলকই, 'ইমা করি তৌরবগে? অশি-অনা য়াওবরা নখোয় অনি কপ্লিববু?' হন্থবীনা খুমলকই, 'ইবুংঙো অশি-অনা কনাস্ু য়াওদে। ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী ৱারী নঙ তাদ্রিব্রা?' হুপা অদুনা মখা তারকই, 'করি ৱারীনো ইমা? অমুক্তা লিবীয়ু।' হন্থবীনা ৱারী লিখরকই। 'তারো ইবুংঙো ইমা ইচানা কপ্লিবগী মরমদি করিস্ু নৎতে। ঐখোযগী লৈবাক অসিদা হুপা পাখঙ হায়বদো অমতা লৈত্রবনি। নিংথৌগী মজা ইবেম্মা ৱাজকুমারী অমথক লৈয়ে, মহাক অসি অপাম্বা বর অমা খনদুনা লুহোংঙে। অদুবু নোংঙানবদা বর ওইরিবা হুপা অদু শিদুনা লৈরমলে। মতমদুদা মজা ইবেম্মা অদু লুপ্রাবী ওইবা য়াদে হায়দুনা অপাম্বা বর অমমুক খনদুনা লুহোংঙে। মহাকস্ু নোংঙাল্লকপদা শিদুনা লৈরমলে। পাউ অসি লৈবাক শিনবা থুংনা তানরবদা মীয়াম পুম্বা ঙক্লরে। অসুম তৌনা ৱাজকুমারী অদুগী বর ওইবদা লৈবাক অসিগী নহা পাখঙ পুম্নমক পালি ওইনা তাশিল্লক্লে। পালি অসি ঐগী অমতা পোকচবা ইচাহুপা অসিগী তারে।

অতুনা হয়েং নোং হেক ঙানবদা ঐগী ইচা নুপা অসিস্থ নিংথৌগী ময়া ইবুংঙো ওইতুনা মথংগী নোংঙাল্লকপদদি শোইদনা শিরগদবনি। অতুগী ইমানা খরাই রাতুনা চাদবা মখৈ কপ্তুনা লৈরমলিবনি।' রারী অসি হন্থবীগী মচিন্দগী তাবদা নুপা অদুনা হায়রকই, 'ইমা মতুগীদমক্তা করিমতা রাবিরুস্থ। ঙসি অহিং অসিমতা ইমাগী য়ুমসিদা লেকচখিগে। অতুগা হয়েংগী বর অসি ননাই ঐ লাইবক য়েংজরুগে।' শকথঙদবা নুপা অসিগী রাসি তাববদা হন্থবী মমা অদু য়াম্না হরাউরতুনা চাক্কা হাউনা পীজতুনা নুপা অতুবু হরাউ হরাউ নুংদাং মথোয়গী য়ুমদা লৈহল্লে।

নোংঙাল্লবদা বরগী পালি থোক্লবদা নুপা অদু নিংথৌগী মচানুপী অতুগী বর ওইনবা কোন্নংদা চংখ্রে। লুহোংতুনা নুপা অদু নিংথৌগী মমাক ওইখ্রে। নুমিৎ তাখিতুনা নুমিদাংগী চাবা-থকপা লোইরতুনা ফমুংদা চঙনতুনা তুম্ন-ল্পিননরে। রাজকুমারী অতুস্থ তুমখ্রে। মতম অদু ফাওবা নুপা অংদি তুমলমদে, মরমদি গুরুনা তাকপিখিবা 'নুপী অঙাং তুমদ্রিমখৈ তুমলোইদবনি' হায়বা রাকমতু নিংশিংতুনা লৈরে। মীচিক মীবা ওখোল তাখিদ্রে। মতম অতুদা নুপা অতুনা করি তৌতুনা রাজকুমারী অতুগী বব ওইরিবা মী খুদিংমকনা নোংঙানবদা হেক হেক শিরিবনো হায়বা রাখল অসি খন্দুনা লৈরম্মী। মহাক্না অস্থমনা খন্দুনা লৈরিঙৈদা নিংথৌগী মজা ইবেম্মগী মনাতোন্দগী লিল অমা থোরকপা নুপা অতুনা উরম্মী। নুপা অতুনা খল্লি, শিত্রিবা নুপা খুদিংমক মনিগী লিল অসিনা চিকতুনা লৈখিদবনি। লিল অসি হাৎতোকতবা য়াদ্রে হায়তুনা থাঙ অমা পাযতুনা লিল অতুবু ককতুনা হাৎতোকলে। অস্থম তৌরিঙৈদা নোং ঙাল্লরুতুনা নুপা অতু হোউগৎলক্লে। নিংথৌগী মচা ইবেম্মগী বর শিদ্রে হাযবসি লৈপাক শীনবা থুংনা মীয়াম তিন্না রা রা ঙাংনতুনা হরাউনরে। নিংথৌনা হরাউরতুনা মমাকনিপাদা মাগী লৈবাক তংখাই অমা পীতুনা মতম খরা নুঙাইনা লৈরে। মতম খরা লৈরগা নোংমা নুপা অতুনা মকু ইবুংঙো নিংথৌদা হংগৎলকই 'ইকু মহারাজ, ননাই ঐহাক মতম য়াম্না কুইরে ইরৈবাক থাদোকতুনা লাকপা। অতুনা মতম খরদদি ইরৈবাক্তা চৎচরুখিগে।' মকু ইবুংঙো নিংথৌনা য়াবিরতুনা মহাক মরৈবাক য়েনবা লাকই। লম্বী অতুদা শাংলবা লমহাং অমা লান্দুনা চৎপা তারম্মী। নুংশাস্থ য়াম্না শারম্মী, উরুম অমদা ঙাইহাক পোৎথারগা চংকে খন্দুনা পোৎথারিঙৈদা নুগী মৌনহা অমা পোৎয়োম মচা অমা পুরতুনা লাকলম্মী। মফম অতুদা য়োরক্লগা মৌনহা অতুনা নুপা অতুদা হায়রকই, 'তাদা লম্বী লমশাং অসি খরা চৎমিন্নসি, ইতোমতা চৎপা কিজরে।' ফরে ফরে হায়তুনা মখোয় অনী চৎমিন্নরগা নুপা অসিনা গুরুগী পাউতাক খুদক অতুমক্তদা নিংশিংলক্তুনা হায়রকই, 'ইবেম্মা খরা খরা চৎখৎলম্মু, ইবুং মপাল অমুক্তা থোকলকখিগে।' অসি

হায়রুনা নুপী অদু লাপথোকখিবা ঙাইহনা য়েংহুনা লৈরে। মতম অদুদা নুপা অমথক শগোল তোংলহুনা মখুৎত্রা নীচৈ অমা পায়হনা লাকপা উরম্মী। মহাক্কী মনাক য়ৌরবদা শগোল তোংবা নুপা অদুনা হংলকই, 'মরুপ, নম্বী অসিদা নুপী মৌনহা অমথক চংখিবগা উবিহৌবরা?' নুপা অদুনা উম্মহৌদে হায়না খুমবদগী শগোল তোংবা নুপা অদু শগোল য়াংনা থৌহনা নুপী অদুনা চংত্রিবা মায়গৈদা তাল্লখি। মহাকনা অমুম তুংদগী চংখংলকপদা শগোল তোংবা নুপা অদুনা নুপী মৌনহা অদুবু মু মুহুনা লম্বীদা পুরকপহু উখি। মহু উবদা নুপা অসিনা খল্লি, 'শিরমগনিদা চংমিন্নরম্মবদি। গুরুগী পাউতাক কয়াদা চুমগ্রবনো?' নুপী অসি নুপা অসিগী মতু ওইরবা তাই করিগুম্বা মরমদগী খংনহুনা মপামদা চেল্লকপা ওইরমগনি। নুপী অসিনা হায়বা য়াহুনা ঐনা পুন্না চংমিন্নরম্নবদি ঐ অরেম্বদা চোপলমগনিদা।'

অমুম লাকহুনা মরৈবাক য়ৌরে। মাগী অংগংবা মযুম অদু মতমকুইনা থাদোকউরবনিনা শকক্ম য়াম্না ওম্লহুনা খঙবা ঙমদ্রে। অদুবু খোংনাং অমদি লেঙদনা শকক্ম কায়দনা মথোয়গী কোনথোং ময়াদা হৌহুনা লৈহৌবহু থেংনবদগা নীংশিংহুনা মযুম মশক খঙহুনা চঙলকখি। মতমহুদা নুমিৎ তাখিহুনা থামমবা মতমনি। মুমহু ইচিক চিকলম্মী। মী লৈত্রবোই নিংঙি। অমুম চঙশিললকপনা শুমাং য়োরক্লবদদি অহোবা ফকলাং, ব্রাচেংকী থোঙ অহোবদা য়েংখিবদা ফুঙ্গাদা নুপা, অমনা মনঙ্গল ওনশিন্দুনা মৈ য়াইরি অহুগা নুপী অমনা চাক থোঙলি হায়বসি নুপা অসিনা উই। মহাক্না নুপা অসিনা মহাক্না লংফৈদা চংত্রিঙৈদা মাগী নুপী অদুবু লৌহুনা লৈরবনি হায়না থন্দুনা লৈরিবা নুপা অদুবু হাংকে হায়হুনা মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা নিংত্রে। হাংলগে হায়হুনা মখুৎতা অথোবা খুংলাই পায়হুনা মাঙ্গোল কাখংলক্লে। মতমহুদা নুপাহুনা গুরুগী পাউতাক খংনিং নিংশিংলকখি। 'মী অমা হাংপা তারবদি অহুমলক থনৃথগদবনি' হায়বসি। হন্দোক্লগা ঙাইহাক থনৃথরুই, অদুবু হাংলগে হায়না চপয়ুংনা মবুক্লিংদা থল্লহুনা অমুক চংশিললকই। অদুবু গুরুগী পাউতাক অদু অমুক নিংশিংহুনা অমুকম্ হনৃথহুনা হন্দোক্লগা ব্রাখল থন্দুনা ফম্মী। অমুম তৌনা ব্রাখল থন্দুনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরিঙৈদা চাক থোংলিবী নুপী অহুনা হায়বা তারকই, 'ইকুঙো নঙগী নপা অহুদি নঙ পোকত্রিঙৈ থা ৩।৪ ব্রাংলিঙৈদগী ইমাবু হন্দোকহুনা য়ুম অসি থাদোকহুনা চংখিবা চহি ২০ মুক হেললক্লবনি। অদুবু ঙসি ফাওবা শিবা চঙবগী করিগুম্বা ঈ-পাউ অমতা তাদ্রবনি। নঙগী নপা অদু হিংলমথিগদ্রা, হিংলম্ন-রোইদ্রা হায়বসি খঙবা ঙমদ্রে। ইমানা নঙবু য়েংহুনা অব্রাবা কয়াসি থাঙহুনা লাক্লবনি।' মমানা মচানুপাদা হায়বা ব্রাসি হেক তাবা মতমদা নুপা অদুনা মখুৎতা পায়রম্বা খুংলাই অদু থাদয়ম্নগা প্রপ প্রপ চংশিললক্কুনা 'থোঙ হাংদোকউ ঐ লাক্লে নুপী'

হায়রকই। খোনজেলসি হেক তাবদা মচাম্নুপাহুনা খোঙ হাংদোকই। মাগী মুপী অহুবু হেক উবমক্কদা মখোঙ পায়হুনা 'ইমা ঐ লানথ্রে ঐগী রাখল ওগ্রথে, ঐবু ডাকপীয়ু, মুপী ওইবগী অশেংবা সতী ধর্ম কায়দবী ইমানি নঙদি' হায়হুনা থুরুমগে তৌরে। মুপী অহুনা মাগী মুপানি হায়বা থঙলবদা 'ইবুংঙো তৌহৈদে ননাই মুবীগী খোঙ পায়বা' অসি হায়হুনা মপুরোইববু কোনথৎলগা মচারোমদা ওনশিল্লকতুনা হায়রকই, 'ইবুংঙো নঙবু পোকপা নপা হায়বদো অসিনি।' অস্নুম হায়না তাকতুনা মপা মচা কোয়হনা শকথঙনৈ। অস্নুম তৌনা গুরুগী পাউতাকতু অচুম্বা থঙলহুনা মমা মচা মপা মখোয় অহুম য়াম্না মুংঙাইনা পুন্সি লেনথি।

## লফুমতোন

লুপ্তাবী অমগী মচা নিপা অমা লৈরম্মী। মমিংদি লফুমতোন কৌই। মমা লুপ্তাবীনা মাবু চাউননবা য়োকখি। মানা চাউরক্কবা মতমদা 'ইবুংঙো, নঙগী নপান্না নঙগী নরন তান্নু' হায়না মমানা হায়খি । রাসি তারবদা লফুমতোননা খোই অমা পুরগা তুরেন্দা খোই চোপখি। লাইগী নোংদম্না থম্বাল অমা খোই অতুদা থুররে। মানা থম্বালবু পুতুনা ময়ুমদা লাকই। 'ইমা ঐনা খোই চোপলুববু ভাদি থুদেনে থম্বাল অমা থুইএ অসি সেংবিয়ু' হায়তুনা মমাগী মখুৎতা থম্বালতু পীখি। 'ইবুংঙো থম্বাল অসি নিংথৌদা কৎলুসি', অসি হায়তুনা মমানা থম্বাল অতু নিংথৌদা কৎখি। নিংথৌনা মানা পুরকলিবা থম্বাল অসিগী মপান্বী পুরকউ হায়খি। 'ঙসিদগীনা হুমিৎ হুমনি অসিগী মতুংদা নৎত্রবদি লৈবাকসিগী রাংমদা নমা নচা তানথোক্কনি' অকনবা য়াথং অসি নিংথৌনা তৌখি। চিঙৈনা হুপীসি ময়ুমদা হল্লক্লগা 'ইবুংঙো, নঙনা পুরকলিবা থম্বালদো ঙসিদগীনা হুমিৎ হুমনিগী মতুংদা থম্বালগী মপান্বী পীয়ু নত্রবদি লৈবাক্কী রাংমদা তানথোক্কনি হায়না নিংথৌনা হায়রে' হায়রকই। মমাগী রাসি তাবদা 'ইমা, ঐ চৎলে, ঈশ্বর নিঙবীরম্মু' হায়রল্লগা লফুমতোন চৎখ্রে। মমাঙ পাংনা চৎখি। থরা চৎলকলবা কান্দা নিংথৌগী মচাহুপী শবীরৈমা হায়না কৌবী অমা মাগী মতা ময়ামগা পুখ্রি অমগী মপান্দা ইরুজতুনা লৈরম্বা থেংনরে। লফুমতোন্না প্রপ প্রপ লাকপদা নিংথৌগী মচাহুপীনা 'অসিদা চৎলিবা হুপাসে মঙোন্দা ঐ লৈরগদবনি, নৎত্রবদি ঐ য়ারোই' হায়তুনা মতা ময়ামদা হায়খি। হুপী মচা ময়ামতুনা খুদকতা লফুমতোনবু ফারে। 'হায় ইবুংঙো নিংথৌগী মচাহুপীনা নঙগী সেবা তৌজরগে হায়রেনে' অসি হায়তুনা মখোয় ময়াম্না লফুমতোনবু কোক্সুদা পুশিনখ্রে। নিংথৌনা হায়রকই, 'করিনো? মীবু নথোয়না ফাতুনা পুরকলিবসে?' কন্যা ময়ামতুনা খুমলকই, 'পাবুং মহারাজ, নচা ইবেম্মনা মাগী মপুরোইবা ওইগনি ফাও চায়দনা ফাবনি।' রাসি তাবদা নিংথৌনা 'ফরে ইচানা পামলবদি' হায়তুনা দান তৌখ্রে। অসিগী তুংদা মহাক্না ভাগ্যরৈমা কৌবী নিংথৌগী মচাহুপী অতোপ্পা অমসু লুহোংতুনা লৌরে। অতুগী তুংদা লফুমতোননা হায়, 'ইবেম্মা, নঙসি দান ওইনা ঐনা ফংঙে, নঙ লৈরমথো ঐদি নিংথৌগী দন্দিনা লাকপনি। ঐহাক থুনা হল্লক্কনি' অসি হায়তুনা লফুমতোন চৎখ্রে। লফুমতোন্না থরা চৎলগা নিংথৌগী মচাহুপী খুম্বরৈমা হায়না কৌবী অমমুক থেংনৈ।

'ইকুঙো নহাকসে ঐগী ইপুরোইবা ওইজগে' হায়দুনা খুম্বৈমনা লফ্‌মতোনবু ফাখি। খুদক অদুমক্তদা মপা নিংথৌনা দান তৌখি। দান ফংলবা মতুংদা লফ্‌মতোননা হায়জরকই, 'ইকু মহারাজ, ননাই ঐদি নিংথৌগী দন্দিনা লাকপনি। সনাগী থম্বাল মপাম্বী থিজরকপনি।' অসি তাবদা নিংথৌনা 'ইকুঙো আদগী উরিবা পুম্বি অসিদা হৌরিবনি নঙনা থিরিবা সনা থম্বাল মপাম্বীদুদি' হায়দুনা মফমদু তাকখি। লফ্‌মতোননা চিঙৈনা লাকই। থম্বালগী মপাম্বী থেংনরে। থম্বালগী মপাম্বী ফুকলম-দাইদা মানা হায়জখি, 'মোৎলবা পেৎলবা, কল্লবা, লৈপাক্তগী হৌরকপা থম্বাল নঙনা লৈথোম পকতবগুম ঈশিং পকতবগুম ঐগী অরাবা কোকচগে ঈশ্বরগী দয়ানি।' অসি হায়দুনা পুম্বিদা কুমথরগা থম্বালগী মপাম্বীদো ফুকপ্রে। থম্বাল পাম্বীদু পুরগা মহাক হল্লকই। খুম্বৈমগী মমুমদা চঙখি, মহাকপু পুদুনা হল্লকই। ঙাম্বৈমগী মমুমদা চৎখি, ঙাম্বৈমবু পুদুনা হল্লকই। অমুক লাকপনা শবীরৈমগী মমুমদা চঙখি, মহাকপু পুদুনা হল্লকই। হায়রিবী মুপী অদুমসি লোয়নদুনা লফ্‌মতোননা হল্লকপনা মমুম যৌরে। মমাদা হায়জখি, 'ইমা, ঐ য়োৎজরকলে থম্বালগী মপাম্বী পুজরক্লে, নিংথৌদা কৎপিরুরো।' মমাদু ৱাসি তাবদা হুংঙাইরে। অমুক হায়রকই মমানা, ইবুংঙো, মশক ফজরবী মুপী মচা অদুম অসি কনা কনানো? কদাইদগীনো?' ৱাসি তাবদা মুপী অদুমদু চঙশিল্লকলগা মনেমগী মখোঙ পায়দুনা থুরুমখি অমতং লুম্ব্রাশিংদা চল্লবী লফ্‌মতোনগী মমানা হুংঙাইবগা লোয়ননা মমৌ অদুমদু তরাম্না কৌশিনবিখি। অদুম তৌনা মথংদা লুখ্রাবী থম্বালগী মপাম্বী পুদুনা কোন্নুংদা কারকই। থম্বালগী মপাম্বী নিংথৌদা কৎখি। নিংথৌনা হুংঙাইবগা লোয়ননা পুম্বিদা থম্বালগী মপাম্বীদো যতন তৌনা থাপ্রে। অসিগী তুংদা পুকচেল পিক্লবা থম্মোই কল্লবা নিংথৌনা মনাই-মশনগী মরাদগী লফ্‌মতোনগী মুপী অদুমসি মাগী মহারানী ওইগে হায়না খল্লকই। নোংমগী মুমিৎতা নিংথৌনা মনাই থারকদুনা লফ্‌মতোনবু কৌখৎখি। নিংথৌনা হায়, 'লফ্‌মতোন, ঐগী মাঙদা তেংপাক মরকসিদনে হঙাম মরু পোংমা হৈদোক্কনি। হয়েংগী মুমিৎতা হঙাম মরুদো শংবাই অনিসিদা অমতা চিংথদনা খন্দনা থনমদ্রবদি অরাবা চৈরাক পিগনি। নিংথৌগী ৱাথং তাবদা লফমতোনদো যাম্না হুংঙাইতনা মমুমদা হল্লকই। মাগী অরাবা মতৌসি মাগী মুপী খম্বৈমনা উই। 'ইকুংঙো কোন্নুংদা লেংথৎলুরগা যাম্না হুংঙাইতনা লাকপবু করম্না হুংঙাইতবা লৈবিবগে?' ৱাসি তাবদা লফ্‌মতোননা হায়রকই, 'ইবেম্মা নিংথৌগী ৱাথং অমা ঐঙোন্দা পীরকই। তেংপাক মবক্তা হঙাম মরু পোংমা হৈদোক্কনি। হয়েংগী নোং ঙাল্লকপদা শংবাই অসি থন্না চিংথদনা লোইনা থরম্ম নংত্রবদি নিংথৌগী দন্দি পীগনি হায়রি। অসিগী ৱাসি তাবদা খম্বৈমনা হায়জরকই, 'ইকুংঙো মতুগীদমক্তি

ৱাবিরক্ত, ননাইনা থূনজগনি। ঈশ্বরগী নোংদম কয়া কনবা তুংদাংগী থেঙলকলবা কান্দা খুম্নুরৈমনা মপান থোকলগা মপা নিংথৌবু কৌদুনা হায়জরকই, 'ননাই ঐহাক্তী খুম্ন লিশিং অমা থাবিরকউ।' মচাম্নুপীগী পাউ অসি নিংথৌনা তাখি। খুদক অদুদা মপা নিংথৌনা খুম্ন লিশিং অমা থাররকই। খুম্নুরৈমগী মফমদা মখোয় লাকচরে হায়না পাউ তন্নরে। ৱাসি তাবদা খুম্নুরৈমনা হায়, 'নখোয় ময়াম চৎলো কোম্নগী মমাংথংবা তেংপাক মরকসিদা হঙ্গাম মরু ময়াম চাইথায়দুনা লৈরমগনি। অমতা ৱাৎতবা খূল্লম্মু। অদুগী মতুংদা নখোয় য়ুমদা হনগো।' তৌগদবা থবক অসি থঙলদুনা খুম্ন ময়ামদো পাইখ্রে। তেংপাক মরক্তা তাৱিবা হঙ্গাম মরু ময়ামদো খুম্নশিং অদুনা অমতা ৱাৎতবমথৈ খূল্লম্মি অদুগা মখোয় ময়ামদো চৎখ্রে। নোংঙাল্লকপা মতমদা নিংথৌনা হঙ্গাম মরুদু কমদৌরি য়েংঙু হায়দুনা মনাই থাখিদুনা য়েংহল্লি। নিংথৌগী মনাইনা য়েংল্লুরগা পাউ হংগৎলি, 'ঐজ্ঞা হঙ্গাম মরুসিদি ঙরাংদগী ঙসিনা হেন্না শংবায় চোন্না লৈরমমে।' নিংথৌ তুজুং-মানজুংডি 'আই তৌবা ঙম্মীনা লফুমতোন। মাগী শক্তিসিদি করিনো' হায়দুনা ৱাখল তৌখি। অমুক হন্না মনাই থাদুনা লফুমতোনবু কৌখৎলি। মহাক য়ৌরক্লগা নিংথৌনা হায়, লফুমতোন, পুন্নিসিদা ফৌ শংবায় অনি চৈথায়দুনা হৈথগনি। হয়েংগী নোংঙানবদা লোইনা খূল্লম্মু।' লফুমতোন হল্লক্লে ময়ুমদা মহাক মথ্বাই ৱাই। কনানা উই। ঙাম্নুরৈমনা। 'ইবুংঙো সনাকোম্নং কান্নরগা তুংঙাইতনা লেংঙকপবু করম্না দন্দি তারবগে?' হংজরকই। ৱাসি তাবদা লফুমতোননা হায়রকই, 'ইবেম্মা পুন্নিদা ফৌ শংবায় অসি চাহথায়দুনা হৈথগনি। হয়েংগী নেংঙাল্লকপদা লোয়না খূল্লম্মু হায়দুনা দন্দি পীৱে। অসি তাবদা ঙাম্নুরৈমনা হায়জরকই, 'ইবুংঙো অদুগীদমক্তা ৱাবিরুত্ন। ননাই ঐনা লোইনা থনজগনি।' তুংদাংগী থেংলকলবা কান্দা ঙাম্নুরৈমনা মপাল থোকলগা মপা নিংথৌ কৌদুনা ঙাম্ন ৫০০ দং থারকতবা য়াদে হায়জখ্রে। নিংথৌনা মচাগী পাউ অদু তাবদা ঙাম্ন ৫০০ থারকই। থেংলবা অহিংদা ঙাম্ন ৫০০ সে লাকএ। ঙাম্নশিংদুনা থুংলরগা হায়, 'ঐখোয় লাকচরে, ইমা ইবেম্মা।' ঙাম্নুরৈমনা হায়, 'নখোয় চৎলো। নিংথৌগী পুন্নি মন্নুংদা ফৌ শংবায় অমা হৈথরমগনি মরু অমা মাঙবা য়ারোই লোইনা খূল্লম্মু। অদুগা নখোয় য়ুমদা চৎখ্রো।' ঙাম্ন ৫০০ না নিংথৌগী পুন্নিদা কুমথখ্রে। ঈশিং মন্নুংদগী ফৌদো থূনগৎলগা থনম্মী; অদুগা চৎখ্রে। নোংঙাল্লকপদা নিংথৌনা করম তৌরে হংলকই, 'মহারাজ ইবুংঙো ফৌদি হান্নদগী অমুক চেন্নদুগ লৈরম্মী' মনাইনা খুমখি। নিংথৌনা অকিবগা লোয়ননা ৱাখল তৌখি। অমুক হন্দুনা লফুমতোনবু কৌখৎলি। নিংথৌনা হায়খি, 'লফুমতোন, নিংথৌ ঐগী শুমাং ময়াসিদা মৈগী কুন্দ অমা তৌরিসিগী মৈন্নুংসিদা নঙ চোংথগদবনি।' য়াথংসি ফংলবদা য়াম্না তুংঙাইতবগা লোয়ননা লফুমতোন ময়ুমদা

হল্লকই, মহু কনানা উই ? শবীরৈমনা উই। 'ইবুংঙো কোম্ংদা কাক্কগা করম্বা অরাবা ফংলবগে' হংজরকই। 'ইবেম্মা নিংথৌগী শুমাং ময়াইদা মৈগী কুন্দ অমা তৌরে শীং অকংবা ঘী থাউ হাপলে, অদুগা ঐবু চোংথো হায়রি।' রাসি তাবদা শবীরৈমনা হায়জরকই, 'ইবুংঙো মহুগীদমক্তি থোইনা রাবিরুগম্থ মহুদি ননাইনা পাঙথোকচগনি।' অসি হায়দনা লৈম্রে। হুংদাংগী থেঙ্লক্লবা কান্দা শবীরৈমনা মপান থোকম্রে। মমায় মমাং ওন্দুনা মপা নিংথৌবু কৌদুনা হায়জরকই, 'ইপানিংথৌ শবী চহুম থাবিরকউ।' মচাগী রা তাবদা নিংথৌনা শবী চহুম থারকই। শবী ময়াম য়েৌরক্লগা হংলকই, 'ইতা ইবেম্মা ঐথোয় লাকচরে। মরম হায়বিরসি।' অসি তাবদা শবীরৈমনা শবী চহুমসে ইমুংদা পুশিনম্রে হায়রকই 'ফংগা ময়াদগী নথোয় ময়াম্মা নিপা অমনা লেপ্তুনা চৎপা য়াননবা মথুল অমা অদুম হুৎম্রো অদুগা নিংথৌগী শুমাং ময়াইদা মৈগী কুন্দ তৌরিবদো অদুগী মথা থংবা নাকন্দা ফাওহল্লু।' অসি হায়দুনা শবী ময়ামসিনা অদুম হুৎলকপনা নিংথৌগী শুমাং ময়াইদা তৌরিবা মৈগী কুন্দগী মথাথংবা নাকন্দা ফাওম্রে। শীং ময়ামগী মরক্তা শবী ময়ামসে ফাওগৎলগা মমুমদা হনম্রে। নোং ঙাল্লে ; চাবা-থকপা পূম্নমক লোইম্রে। হুংথিলগী মতম য়ৌরক্লদুনা লক্ষ্মণতোন কোম্ংদা চৎলগে হায়দুনা শেমশারে। মতম অদুদা শবীরৈমনা হায়, 'ইবুংঙো কন্দবু ৭রক কোযরগা মথা থংবা নাকন্দা চোংথবিয়ু। অদুগা নিপা অমা লেপতুনা চৎপা য়াবা লম্বী অমা লৈরমগনি। অদুনা অদুম লাকপনা ঐথোয়গী ইমুংসিদা অদুম ফাওগৎপিরকপা য়াগনি।' লক্ষ্মণতোন মমাগী মথোঙ পায়দুনা ভক্তি তৌজরম্মী। মমানা হাযখি, 'ইবুংঙো শাউরুম্থ, লাল্লুম্থ ঈশ্বরগী রুপা লাক্কনি।' মমানা মঙ্গল পিবীখি। অসিদগী লাকপনা কোম্ং য়ৌরক্লে। নিংথৌনা হায়রকই, 'লক্ষ্মণতোন, হুংদাংরাই ওইরক্লে। মৈম্ংদা চোংথো।' অসি তারবদা লক্ষ্মণতোননা মথুৎ লোৎম্রে য়েৎ ওইননা ৭লক কোয়রে মৈগী কুন্দদু ঈশ্বরগী নামবু শোল্লগা মথা থংবা নাকন্দা অরাং ওল্লা লেপ্লগা মৈকৌবা লাইগী মফমদা হায়জরকই, 'মৈকৌবা লাই ইবুংঙো, নঙগী থৌজাল্লি।' মসি হায়রম্লগা চোংথম্রে। মথাথংবা নাকন্দা হুৎলিবা অদুদা তাম্রে। লক্ষ্মণতোন লেপ্লি লৈম্ংদা মৈ কৌবা লাইবু থূরুমজরকই, 'ইবুংঙো ধর্ম্ম বিচার তৌবিয়ু মৈকৌবা ঈশ্বর নঙনা' অসি হায়ম্লরগা মমায় মথা ওন্দুনা লাক্লে। মানা হুৎলিবা মতুংইম্মা লাকপদা মাগী ফুঙ্গা ময়াদা ফাওগৎলক্লে। মতম অসি হুংদাং ওইরক্লে। শবীরৈমনা শক্তিগী মন্ত্রনা শবীগী মথুন্দো লোয়না মেনম্রে। হুপী অহুম্মা তৌফম থোকপা সেবা তৌরে। লক্ষ্মণতোননা ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা পোথাদুনা লৈম্রে। মতমহুদা নিংথৌনা হরাওবা হুংঙাইবগা লোয়ননা মনাই ময়ামদা য়াথং পীখি। 'লক্ষ্মণতোন শিরবনি কুন্দদো মেনশিল্লো।' মেনবা লোইম্রে। মনাইশিংদা য়াথং পীরকই 'চৎলো

লফ্ মতোনগী মুপী অহুমদু পুথৎলকউ। কোনুংদা মহারাণী হাপ্লিগনি হায়মু।' অসি হায়রক্লা' নিংথৌগী মনাই অহুম থুদক অহুদা য়ৌরকই। লফ্ মতোনগী মমুম য়ৌবদা থোক্ত পোৌরোন লোয়রে। মনাই অহুমগী মরকগী অমনা হায়রকই, 'হাই, মুপী অহুম থোক্ত হাংডু। নথোয়গী নপুরোইবদি লৈত্রবনি। নথোয় অহুম নিংথৌনা মহারাণী হাপ্লিগনি কৌরুচো হায়দুনা লাকপনি' ৱাডাংসি তাবদা লফ্ মতোন ফমুংদগী ঈশ্বর নিংদুনা হোৌগৎলকই। করিমত্তা হায়দনা হায়রকই, 'নিংথৌগী মনাই। ধর্মগী মমাংদা অধর্ম চত্তবা হায়বসে থরা ৱানা থোকপনি। ধর্মনা লেঙদবা উপাম্নি, চৎলো কোত্নংদা নিংথৌদা ৱাহৈসি হায়দনা হঙ্গৎলুচো।' নিপা অহুমসি কিখ্রে। পম্লমদনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা চৎখ্রে। ওসাইগী লফ্ মতোননা হায়রকপা ৱাহৈদু কাযদনা নিংথৌদা তমলুরে। নিংথৌনা থনথি, 'লান্দবা মীগী মকমদা নিংথৌনি হায়দুনা ঐনা কায়রুবদগী অসিগুম্না অধর্মসে ঐ ঘৎত্তিবনি।' অসি থন্দুনা নিংথৌনা লফ্ মতোনবু য়াম্না ইকাইখুম্নদনা চান্নবা মরূপ অমগী পান্দমগুম্না মরূপ শান্নখি। অনীগুবা নিংথৌগুম্না লফ্ মতোন ঈশ্বরগী কৃপাদগী য়েক্লবা লৈত্তনা মাগী মুপী সতী অহুমগী গুণনা লৈথা তাবা লৈতনা গুরুগী সেবা ওইখি।

# অম্নবাবু

মমাংঙৈদা তম্নবাবু কৌবা নিপা অমা লৈরম্মী। মমা লুপ্পাবীনি। নোংমগী হুমিক্তা মমানা হায়খি, ‘ইবুংঙো, নঙগী নপাঙ্গল চাউরক্লে হৌজিক্তি থবক থব্রা নোম্মু।’ মমাগী ৱাসি তাবদা মানা হায়রকই, ‘ইমা ঐ থবক শুগে লুপা থরদদি পীয়ু।’ মমানা হায়, ‘ইমাদি কদায়দগী লৌরুগনি ইবুংঙো? পৈশা অমত্তা লৈতে ইমাদা।’ মচানা অমুক হায়রকই, ‘ইমা মামদগী লৌরুচো।’ মমানা চৎখ্রে মৌপ্‌াগী ময়ুমদা। মৌপ্‌ানা হায়রকই, ‘ইচে, করি হায়গদবা লৈবগে ইচেনা লাকপবু?’ মচেনা হায়রকই, ‘নঙগী নমাক নিপাদো লংফৈ চৎতুনা থবক শুরুগনি থরচ লৈতে, শেল থব্রা পীয়ু হায়রি। নঙগী শেল লৈরবদি ইচেদা থব্রা পীয়ু।’ মৌপ্‌ানা পুরো হায়দুনা লুপা ৫ পী মচেদা। মহাক লুপা ৫ অদু পুদুনা লাক্লে, মচাগী মখুত্তা পীরে লুপা ৫ দো। মমানা পীবা লুপা ৫ দো পুরগা তম্নবাবু লংফৈ চৎকনি হায়দুনা চৎখ্রে। থব্রা চৎলগা ওন্‌থোকপনি শন শেনবা অঙাং ময়াম্না উচি অমা ফারগা মনাতোন হুক্তোক্লগা লংনা পুনশিন্দুনা চিংদুনা শাম্নরম্বা থেংনক্লে। তম্নবাবুনা মদু উবদা উচিদু থাদোকউ হায়রম্মী। শনশেন-নহাশিংনা খুমলকই, ‘করম্বা নিপানো হাই, নঙনা চৎকদোবদো চৎথো নথো লৈব্রা?’ তম্নবাবুনা হায়, ‘ফরে অদু ওইরবদি উচিদো ঐঙোন্দা পীরো, মমল লুপা অমা পীগে।’ ময়ামদু হরাউরে, লুপা অমা পীদুনা উচিদো মানা পুদুনা চৎখ্রে। থব্রা চৎলগা তম্নবাবুনা ‘উচি নঙগী নথব্রাই ঐনা কনবীরবনি’ হায়দুনা থাদোকপিরম্লে।

উচিনা হায়রকই, ‘ঙাইথো নিপা, নঙনা ঐবু কম্নবনিনা নঙগী লমন শিংবা ঐ ঙমদ্রে। হয়েং মতম অমদা নঙনা অৱাবা তারক্লবদা ঐবু কৌরকউ। নঙগী লমন শিংগে’ অসি হায়রম্লগা উচিদু চৎখ্রে। তম্নবাবুসু চৎখ্রে। থব্রা চৎলগা শন ইরোই শেনবা ময়াম লৈরম্মী। মথোয়না মতমদুদা শনম্বা অমা ফারগা মথোঙদা থৌরীনা পুম্নগা চিংদুনা শাম্নরম্মী। মদু উবদা তম্নবাবুনা হায়, ‘ঙাইথো, শনম্বা অদু থাদোকউ।’ অঙাং ময়ামদুনা হায়রকই, ‘ঐথোয় ময়াম্না শাম্নবনি। নঙোন্দা কৈদোরোই।’ শনশেন-নহাগী ৱাঙাং তাবদা তম্নবাবুনা হায়, ‘শনম্বা অদু ঐঙোন্দা পীরো মমল লুপা অমা পীগে।’ য়ানরদুনা মমল লুপা অমা পীরগা শনম্বা অদো লৌরে। শনম্বা অদু পুদুনা লাক্লগা শনম্বা অদুদা মানা থব্রা চৎলগা হায়রকই, ‘শনম্বা নঙ লৈহোরো।’ অসি হায়রগা থাদোকই। শনম্বনা হায়রকই, ‘মরুপ ঐগী

থৱাইসে নঙনা কল্লবনিনা হয়েং মতম অমদা ঐন। লমন শিংগে নঙ ঐবু কৌরকউকো।' অসি হায়রল্লগা শনম্বা চৎল্লে। তল্লবাবুস্থ অতুম চৎখি। থরা চৎলগা শগোল ময়াম শেনবা অঙাং থরা নৈরম্মী। মক্কম অতুদা থোং মচা অমস্থ চেল্লি। শোরাক্ক অমস্থ থুম্মী। শোরাক্ক অতুদা লাইরেল অমা চংল্লে। অঙাং ময়ামতুনা লাইরেন্দ্ ফারগা মথয়াংতা থৌরিনা পুনশিল্লগা কোইচিং চিংতুনা শাম্নরম্মী। তল্লবাবুনা উরতুনা, 'নখোয়না তৌরিবা লাইরেন্দু থাদোকউ,' হায়রম্মী। অঙাং ময়ামা য়াদে। 'অতু ওইরবদি লাইরেন্দু ঐভোন্দা পীরো' মমল লুপা অমা পীরগে হায়রতুনা পীরমলগা পুতুনা লাক্লে। থরা চৎলগা মানা হায়রকই, 'লাইরেন নঙ নৈহৌরো' লাইরেন্না হায়রকই, 'মরুপ, ঐ নঙবু থাদোকপা ঙম্লোই। ঐগী থৱাইসে নঙনা কনবিরবনি। লাইরেন নিংথৌ হায়বা ঐগী ইপাদো মাগী মনাক্তা চৎসি, মাগী মনাক য়ৌরগা হান্না ৱাশকহল্লু। মাগী তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অহুম শীবনি অমা পীয়ু হায়য়ু। ঐস্থ ৱাশক্কে, ইমৈ অসিনা শাখি ওইসনু ঐ নঙবু চারোই ঐগী য়াতুংদা চোংশিল্লো ইতাও।' লাইরেনগী ময়াদা তল্লবাবু চোংশিল্লে, লাইরেন্না উগ্নগা পুগ্রে। লাইরেন নিংথৌগী ময়ুম য়ৌবদা 'ইতাও চোংথোরকও ইয়াদগী' হায়রতুনা তল্লবাবু লাইরেনগী ময়াদগী চোংথোরক্লে। লাইরেন নিংথৌনা উবদা হরাউরে, 'হুংঙাইরেদা ইচা পোক-পগী মী চাবা তারেদো' হায়রকই। লাইরেন মচানা হায়রকই, 'পাবুং, ইতাউসে চাবগী মহুত্তা ঐবু চাথোকপিরো, ঐসে শিরুরবনি ইতাউসিনা ঐসে কনবিরকপনে।' 'লাউ লাউ ইবুংঙো ইচাগী মথৱাই কনবীবগী নঙনা পাম্বা পোৎ অমা নিয়ু। ইপানা থঙলুগ্রে শাউগনু। নঙনা পাম্বা পোৎ পীগনি,' লাইরেন নিংথৌনা হায়রকই। ৱাতু তাবদা তল্লবাবুনা হায়রকই, 'লাইরেন নিংথৌ, অহানবদা ৱাশকপীয়ু।' লাইরেন্না ৱাশকল্লে মমৈ চিক্কুনা মানা নিবা অতুতা পীগনি হায়তুনা। তল্লবাবুনা হায়রকই, 'তম্ফা খুদোপ য়াইওইবদো অমতা পীবিয়ু।' ৱাশক্কী মতুংইল্লতুনা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা পীগ্রে লাইরেন নিংথৌনা তল্লবাবুদা। অমুকহন্না লাইরেন মচাগী ময়াদা তল্লবাবু চোংশিনগ্রে। মখোয় অনী লাকপনা হান্নগী মফমদু য়ৌরে। য়ৌবগা লাই-রেন মচানা তল্লবাবুবু ময়াদগী চোংথোরক্লো হায়বদগী মহাক চোংথোরক্লে। 'হয়েং অৱাবা তারক্লবা মতমদা ইতাউ নঙ ঐবু কৌরকউকো' অস্থম হায়নরগা লাইরেন ময়ুমদা চঙল্লে। হুমিৎ তাগ্রে মতমদো তল্লবাবুস্থ ময়ুমদা হল্লক্লে। ময়ুম য়ৌরমদাইদা তল্লবাবুনা হায় তম্ফা খুদোপ য়াইওইবদা, 'লুপা থাউ অমতা থোকউ।' মতমতুদা লুপা থাউ অমা থোকই। লুপা থাউ অতুমা পুরগা ময়ুমদা চঙল্লে। মমাদা লুপা থাউ অতু পী। মমানা হংই, 'কদাইদগী লুপানো ইবুংঙো?' থোকখিবা ঙসাইগী ৱারী ময়ামদো মমাদা লীরে তল্লবাবুনা। মমানা হায়, 'ঈশ্বর মানা পীবনিকো

ইকুপ্তো। জীব অমা কল্লুবগী ঈশ্বরনা পীবনি।' মমাদু হরাউরে। মসিগী মতুংদা মমা-মচা চাক-ঈশিং চারগা তুমখ্রে। থেঙলক্লবা কান্দা তম্লবাবু হৌগৎলকই। তম্মা খুদোপ য়াইওইবদো পাম্মহুনা অথেঙবদা মানা হায়রকই, 'মুমজাউ কা মরি, মমাং শঙ্গোই কা অহুম, অরাং শঙ্গোই কা অহুম, মথা শঙ্গোই কা অহুম অসিদা থোকপিয়ু তম্মা খুদোপ য়াইওইবা।' তম্মা খুদোপকী শক্তিনা হায়রিবদো লোইনা থোকখ্রে। নোং ঙাম্লে। তৌরম্লিবদু উবদা মমাদু ঙক্লে, য়াম্মনু হরাউরে।

মতম থরা লৈবক্লগা নোংমা তম্লবাবুনা মমাদা হায়, 'ইমা নিংথৌগী মচাম্নুপীদু হায়রুচো।' মমানা চৎপ্রগা নিংথৌদা হঙ্গৎলুই মচাম্নুপী অদু মহাক্কী মচাম্নুপা তম্লবাবুগী মুপী ওইনা পীবিয়ু হায়না। নিংথৌনা থম্লি, 'তম্লবাবুগী মমানা হায়রিবসে মতিক চাই। নিংথৌ ঐগী ইচাবু মচাদা পীয়ু হায়রম্মীবসি ফরে, মাগী মতিক মগুণ য়েংগে।' অদুদগী হায়রকই, ইবেম্মা নিংথৌ ঐগী ইচাবু নঙনা হায়ররবনিনা ফৈ, ঐগী ইরাইবক্লা তমখিবনি। ইচাম্নুপীসে নমৌ ওইনবা ঐ পীগেকো। হয়েং নোংঙানবদগীনা হুমিং থোরকপদা নিংথৌ ঐগী কোম্নুংগী মমাঙদা পুন্ত্রি মরি থরো থম্বাল শাংপা, নিংথৌ ঐগী শনথোঙদগীনা নঙগী শনথোঙ ফাওবা লম্বী চাউনা থোনবা সোরোক্কী নাক-য়েৎতা হৈ-লৈ য়াম্না হোৌবা নঙগী য়ুমগী মমাঙদা পুন্ত্রি মরি মসি পূম্নমক অসি শেমদুনা অমত্তা চিথদনা থম্বা ঙম্রবদি ফৈ, ঙমদবা থোক্লবদি লাইগী চৈরাক থরা ফংবা তারে।' লুত্তাবী মথূৎ লোম্নরগা 'স্না য়াথং কুপানি' হায়রম্মগা চৎখ্রে। নিংথৌনা হায়রিবা রারম পূম্নমক্তো মচাদা লোইনা তমখ্রে। 'ইমা রাবিক্লস্থ' অসিতা মহায়থি তম্লবাবুনা। খেঙলবা অহিংগী মতমদা নিংথৌগী শনথোঙদগী মাগী শনথোঙ ফাওবা সোরোক থোনখ্রে। পুন্ত্রি মরি মরি পুন্ত্রি নিপাল তৌদুনা মফমচানা থমখ্রে, হৈ-লৈ লোইনা শুনা হৌখ্রে। নোংঙাম্লকপদা নিংথৌনা পূম্নমক অসি উবদা ঙকই। ঙম্মোইদৌবনিদা খন্দুনা হায়থিবনি অদুবু পূম্নমক পাঙথোক্লম্লে। ঈশ্বরগী নোংদম্মা অমদি ধর্মনীতি কায়দবা নিংথৌনা মচাম্নুপীবু তম্লবাবুদা দান তৌথি। মম্নুম মশাগী রাশক ঙাক্তুনা অউনপোৎকা লোয়নবা মতিকচাবা বরনি হায়না মচাম্নুপীবু দান তৌখ্রে। মম্নুম তৌনা নিংথৌগী মচাম্নুপীদু তম্লবাবুগী মুপী ওইদুনা মতম থরা লৈরক্লে। নিংথৌগী মচাম্নুপীদুগা মন্ত্রীগী মচানিপাগা অনীসি য়াম্না নুংশিনথি। মন্ত্রীগী মচাসিনা নোংমদি তাঞ্জা চাবা অমদা হংথি, 'ইবেম্মা, তম্লবাবুগী তৌবা ঙম্বা শক্তিসে করি লৈ।' তম্মা খুদোপ য়াইওইবগী রাদু পল্লে মদু তুমিম্না পুথোরক্লবা হায়রে। মন্ত্রীগী মচানা হায়বদো নিংথৌগী মচাম্নুপীদুনা য়াখ্রে। অহিং থেঙলবা কান্দা তম্লবাবুগী মথূত্তগী তম্মা খুদোপ্তো লৌথোক্লগা মহাক য়ুমগী মপান্দা থোক্লকই। মপান্দা মন্ত্রীগী মচা ঙাইহুনা লৈরম্মী। অনীদু পূম্না চৎখ্রে। নোংঙাম্লক্লে। তম্লবাবুনা

মাগী ফুপী নিংথৌগী মচা ইবেম্মহ্ন লৈরম্মদ্রবদা কোক্সং য়ৌথ্রে। 'অহিংদা নচা ইবেম্মা লৈরমদ্রে' হায়না নিংথৌদা হংগৎলুরে। নিংথৌনা ৱা হায়রকই, 'ইবুংঙো ঐগী ইচানি হায়রবস্থ ঐগীদি দান তৌগ্রে নঙগী ওইগ্রবনি নঙনা থোকপা থিরো। মাগী মরালগী মতুংইন্না থিবা ফংলগা মাবু বিচার তৌসি।' অস্নুম্না ঙাঙনরুগা তল্লবাবু মহ্মমদা হল্লক্রে। মানা স্থম লাকপদা মমাংঙৈগী থোকথিবা থৌদোকশিংহ্ন নিংশিং-লকই। নিংশিংলুবদগী মানা হায়রকই, 'ইতাউ উচি থৌরকউ।' উচি লাকই, শনম্বা কৌই, শনম্বা লাকই। লাইরেন কৌই, লাইরেন লাকই। মাগী মরুপ মতম অমদা মহাক্না কনবিথিবা মথোয় অহুমসি পুল্লক্রবদা মাগী ফুপী ওইরবা নিংথৌগী মচাহ্নপী অমা মাঙখ্রে মথোয় অহুম্না থরা থিম্নু হায়রে। তল্লবাবুগী ৱাসি তাবদা অহুম অসিনা নিংথৌগী মচাহ্নপীবু থিরকই। উচিনা চঙহুনা থিবা য়াবা মথৈ থিরক্রে। মথোয় অহুম্না হায়রকই, 'ইতাউ ঐথোয়না থিবা য়াবা মথৈ থিরে ফংদ্রে। মমাঙগী সরবোর পুখ্রি মহ্নং সিমতংদি থিদ্রি।' অসি হায়হুনা শনম্বহ্ন পুখ্রি মহ্নংদা চোংথখ্রে। মতমহুদা পুখ্রি মহ্নংদা য়ুম অমা শারহুনা নিংথৌগী মচা-হ্নপীসিগা মন্ত্রীগী মচাসিগা লৈরম্নে। শনম্বা ঈশিংদগী কাওগৎলক্রে অহুগা পুখ্রিহুগী মহ্নংদা লৈহৌরে হায়না তল্লরে। ৱাসি তারবদা উচিহ্ন অমুক ঈশিং মহ্নংদা চোংথখ্রে। উচি অহুনা ঈশিং মহ্নং যৌরগা য়ুময়াইদা কাহু কারন হেক চেল্লুই। 'আ য়ুম অমা লৈরকৌবনিনা উচিগাস্থ চংঙক্রে হে' অসি হায়দনা মন্ত্রীমচা অমস্থং নিংথৌগী মচাহ্নপী অনীহ্ন নোকই। থঙহৌদনা মরালগী মপোৎ ফারহুনা মথোয় অনী তুমখ্রে। মথোয় অনীনা তুমগ্রবদা উচিনা নিংথৌগী মচাহ্নপীগী মখুত্তা শিরিবা তম্ফা খুদোপ্পো থরা থরা চিক্কুনা পুথোবক্রে ঈশিংগী মপাল্লোমদা। মমৈদা ঈশিং মথক্তা খুদোপ পুরহুনা কাওগৎলক্রে। তম্ফা খুদোপ্পো তল্লবাবুদা পীরে উচিনা। ঈশিং মহ্নংদা নিংথৌগী মচাহ্নপীগা মন্ত্রীগী মচাগা অনীনা মীকপ থোরকপদো পুংমম মমহুনা লৈরম্মী। নিংথৌগী মচাহ্নপীনা 'ঐনা তৌজবা কর্ম্মনা ঐনা ফংজবনিদো। খুদোপকী মঙাল্না ঙানবনি হৌজিক্তি ঐনা তৌগদবসি করিনো?' হায়হুনা অৱাবা ওইখ্রে। মথোয় অনীগী লৈফম থঙলবদা তল্লবাবুনা কোহ্নংদা চৎহুনা নিংথৌদা হংগৎলুরে। নিংথৌনা মথোয় অনীমকপু ফাহুনা পুরকউ হায়না য়াথং পীথি। তল্লবাবুনা লাক্লগা মাগী মরুপ লাইরেন্দা মথোয় অনীবু ফাহুনা পুরকউ হায়থি। লাইরেম্না মায়ানা শাবা য়ুমদো পুল্লপ থুদেক্লগা ফুপী নিপা অনীহ্ন পুথৎলক্লগা তল্লবাবুদা পীথি। তল্লবাবুনা মথোয় অনীবু কোহ্নংদা পুখি। মথোয় অনীবু উরবদা নিংথৌন হায়খি, 'ইবুংঙো মসি মচৎ ফত্তবা ফুপীনি। নঙগী সেবা তৌবা মতিক চাদে

মহাকপু থাইনরো, থাদোকপ্রো।' অসি হায়দুনা মন্ত্রীগী মচাদা মচাম্নপী তম্নবাবুগী ওইরুববী অদুবু পীথোকপ্রে। মরাল লৈতবা তম্নবাবুদনা ধর্ম্ম লৈবা, অচুম্বা তৌবা নিংথৌনা মহাক্কী ইতোন তোনবী মচাম্নপীবু মতিকচাবা অঙং-অউন চাম চামনা খুজিং ওইনা তম্নদুনা লুহোংদুনা দান তৌরে। ধর্ম্মনীতি অমসুং রাজনীতি অনীমকপু কায়দনা ডাক্কুনা পূম্না চৎপা ওম্বা নিংথৌবু লৈবাক মীয়াম্না থাগৎনথি। নিংথৌগী মচাম্নপী অতোম্বী অদুগা পান্নদুনা তম্নবাবুনা মচানিপা ম্নপী ধারা পান্দুনা লৈবাক অদুগী অনীশুবা নিংথৌগুম্না মতুং অদুদা লুংডাইনা পানখি।

# মহৈ তম্বা

নিংথৌ মচা অমগা মন্ত্রী মচা অমগা মহৈ তম্বা চংমিন্নৈ ॥ মন্ত্রী মচাসিনা নিংথৌ মচাসিদগী মহৈ হৈবা হেন্লি। নোংমদি উ অমগী মখোঙদা হুংশা শারে হায়দুনা মখোয় অনী অসি উরুমদা পোথাই। থংহৌদনা কাক অমা থোংই। মতমদুদা মন্ত্রী মচাসিনা হাগথি, 'ইতাউ, হৌজিক কাক থোংখ্রিবসে মরোল করি হায়রিবনো?' নিংথৌ মচানা হায়, 'কাকসিগী মরোলসে ইতাও, ঐ খঙদে' মন্ত্রী মচাসিনা হাযরকই, 'ঐদি মরোল খঙই। অদুদি ইতাও ঐ হায়গেকো। ঐখোয় অনীনা ফল্লিবা মফম অসিদা করিগুম্বা অমদি শোয়দনা থোক্লগনি হায়রিবনি মরোল অসি।' ঋাসি হায়রবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা মফম অদুদা মী অমা সংস্কার তৌররে। মদু উবদা নিংথৌ মচানা থল্লি, 'আই' ঐঙোন্দগী মন্ত্রী মচানা মহৈ হৈবা হেল্লিনা' ঋাদি ঙাঙদে, তুমিন্না লৈখি। মখোয অনীসি ঋা থন্নরকই। মতম কুইরে মখোয অনীনা লৈরক্লিবসে মরৈবাক্তা হল্লসি, অসি হায়দুনা লাকপদা নিংথৌ মচাদুগী মথ্বায়দু য়াম্না হুংঙাইত্রে মন্ত্রীগী মচানা মহৈ হেনবদুদা। মতম থরা চংলক্রবা মতুংদা নোংমগী হুমিত্তা মন্ত্রীগী মচাদুনা মাঙদা চংলি নিংথৌ মচাদুনা তুংদা চংলি, খঙহৌদনা নিংথৌ মচানা মশম পায়রগা থুংলায় থাঙ্গংতুনা মন্ত্রীগী মচাবু হাংলগে হায়না তৌরে। মদু উবদা মন্ত্রীগী মচানা হায়রকই, 'ইতাউ, নঙনা নথুক্তা থংলায পায়রগা ঐবু হাৎকে হায়না নিংলিবদো ঐ চিংনদে হাংলু, অদুবু নঙগী নখুৎতা করিগুম্বা চিঠি অমতংদি ঐ পীগেকো। পীগদৌরিবা চিঠিদু ঐবু পোকপা ইপা মন্ত্রীদা পীবিয়ু। অসি হায়রগা 'গুঃ প্রঃ সৈথঃ' হায়বা অসিতমক ইরগা চিঠিনি হায়দুনা পীরে। মখোয় অনীসে অসি হায়নরগা খুদক অদুদা নিংথৌ মচানা মন্ত্রী মচাবু হাংখি।

অস্তুম তৌনা নিংথৌ মচা মথন্তা মরৈবাক্তা হল্লক্লে। লমথাংদা চিঠি অদু মানা পাদুনা য়েংবদা ময়েক্তি পাবা থোকই অর্থদি খঙখিদে। অদুবু মানা চিঠিদু পুরগা লাকপসিনা মরৈবাক য়োরকই। নিংথৌ মচা লাকই হায়বা পাউদি তাবদা নিংথৌনা মচাবু হরাও-তরাম্না লৌশিনবীখি। মতুংদুদা নিংথৌনা হংই, 'ইবুংঙো, মন্ত্রীগী মচা নতাওদি কদাইদা লৈহৌরে?' মসি তাবদা নিংথৌগী মচানা খুম্মী, 'পাবুং মহারাজ, ইতাউদো মাগা ঐগা লম্বী কায়নবসে ঙসি নোংমা নিনি ওরে, অদুবু ঙসি হয়েংসিমক্তদি ইতাউদু য়োরক্লগনি।' অসি হায়রগা মহাক্না পুরকপা

চিঠিছ নিংথৌদা পীথি। নিংথৌনা হংই, 'ইকুঙো শিফি কদায়দগী চিঠিনো ?' নিংথৌ মচানা হায়, 'পাবুং মহারাজ, ইতাউনা পীরকপা চিঠিনি।' অতুদগী নিংথৌনা চিঠি অদু পায়শিনখ্রে। মতম খরা লৈরগা মন্ত্রী য়ৌরক্লে। মহাক্না হায়খি, 'ইকুঙো যুবরাজ, নতাউদি কদাইদা লৈহৌরে ?' বাসি তাবদা নিংথৌ মচানা হায়রকই, 'পাবুং মন্ত্রী, ইতাউদু করিগুম্বা অমদগী ইতাউগা ঐগা ঙসি নোংমা নিনিসি কায়নরক্লে। অদুবু ঙসি হয়েংসি ময়ৌরক্লগনি।' খুদক অদুদা নিংথৌনা মন্ত্রীগী মখুত্তা চিঠি অদু পীথি। খুদক অদুদা মন্ত্রীনা চিঠিদু পারকই। 'ওঃ প্রঃ সৈথঃ' পাবদি থোকই অর্থদি থোক্তে। মসিদা মন্ত্রীদু চুংঙাইখিদে। সনাগী কোম্পাক অমদা, 'ওঃ প্রঃ সৈথঃ' হায়বা শ্লোক অসি ইশিল্লগা মন্ত্রীনা শ্লোক অসিগী অর্থ হনবা ঙম্বা নিংথৌদা মহাক্কী লৈবাক্কী নিংথৌনা লোইপোৎ কাগনি ঙমত্রগনা নিংথৌ অদুনা মহাক্কী লৈবাক্কী নিংথৌদা লোইপোৎ কাগনি অসি হায়দুনা দেশ দেশ খুদিংদা কোয়না অস্নম চৎলি, কনামতম্ম ঙমখিদে। মন্ত্রীনা হায়রিবা অর্থ অসি হন্নবা অস্নম লাকপনা ভাংঘ কৌবা ব্রাহ্মণ অমা থেংনরে। মহাক লাইরিক য়াম্না হৈ, অদুক য়াম্নদি হৈরবদা মাবু পোকপা মপানা নোংমগী মঙুদা মরাইবক্তা খোঙপাক্না ৭। ৭ লক কাওই। মহাক অদু শাউদে। নোংমদি মাগী পক্কন্নান মচা ময়াম্না ইকোয় কোয়না ফম্লগা ভাংঘ হায়বা ব্রাহ্মণ অসিনা ময়ায়দা ফমদুনা ময়ামদু লাইরিক তম্বিরম্মী। মাবু পোকপা গুরুদেবনা খঙহৌদনা চঙশিঙ্কলগা মাগী মরাইবক্তা খোঙপাক্না কাওররে। মদু উবদা ব্রাহ্মণ মচাদো শাউরদুনা মখুত্তা খুৎলাই অমা পায়রগা চৎখ্রে। মানা খল্লি, 'হোরেল হুমিৎ তারবা কান্দা ঐ চঙগে, য়ুমসিদা পাবুংনা হুমিদাংগী প্রসাদ কংবা লোইরগা খুং শেংগে হায়দুনা মপাল থোরকপদা ঐনা পায়রিবা খুৎলায় অসিনা পাবুংবু হাৎকে।' অসি খল্লদুনা মহাক বন্দা চৎখ্রে।

হুমিদাং ওইরক্লে। ব্রাহ্মণ অহনদুগা মমা ব্রাহ্মণীদুগা ফুঙ্গা বাংম বাংমদা কপ্পী। ব্রাহ্মণনুপীদুনা হায়রকই, 'ইচাদো হল্লিরকত্রেদো, মাগী পক্কন্নান মচা ময়ামদুগী মমাঙদা খন্না ইকাইখ্রমাল্লে।' বাড় তাবদা ব্রাহ্মণ অহল অদুনা খুম্লকই ; 'ইবেম্মা প্রিয়ে, ব্রাহ্মণী, ঐস্ন খঙডিনহে, ঐগী ইচাদো মাবু তাকপিনবা ওঝা লৈত্রবনিনে, মাদনা তাকপিরবনি মী কয়াদা, অতবু ঐনা নোংমদা খোঙপাক্না ৭লক কাওবসে হৈবদুদা হৈসত্ন, খঙবদুদা খঙসত্ন হায়দুনা মাবু ঐনা তৌরিবনি।' ঙাঙনরিবা বাফমদু ব্রাহ্মণ মচাদুনা মখুত্তা খুৎলাই পায়রগা মনিংথোঙদা লুমদুনা লৈবদা তারে। বাহ্ হেক তাবদা 'হি : ' ঐনা লাক্লিবা অসি লালবনি' হায়দুনা মঙক্তা ফি য়েৎলগা ইমুংদা চঙলকই। মতমদুদা ব্রাহ্মণ মচা মপাগী মথোঙ পায়দুনা খুরম্লগা হায়জরকই, 'পাবুং

ননাই ঐহাক্তি ইপা হাৎকে হায়তুনা ৱাশকলুরে, মসিগী দোষ কোকপিয়ু।' ৱাসি তাবদা ব্রাহ্মণনা হায়ররকই, 'ইবুংঙো নঙনা ইপাবু হাৎকে হায়তুনা ৱাশকলুরবনিনা মতুগী দোষতি কোকপা ওয়রোই। অতুবুনে ইপাননে নঙগীদমক্তা হায়তুনা দোষ কোক্লবা হায়তুনা তাক্লিবসি মুয়া ইয়ু। অৱাংথংবদা লৈরিবী ব্রাহ্মণহুবী কন্যা অসিগী মমুমদা নঙ চৎলো। শঙ্গোলদনে চঙংঙ হায়রগা শণগী মঙকশমদা হুক্লিবা থৌরীদু লৌথোকও। অদুগা নঙগী নঙকশমদা হুকচিল্লো। লুখাক লাদা পকপা চাক্ অদু থুন্দুনা নঙ চাও। চহি অমা অমুয়া লৈয়ু। অদুগা ইপাবু হাৎকে হায়তুনা ৱাশকলুবগী দোষ অদু নঙ শোয়দনা কোকনি।' অসিগী মতুংদা ব্রাহ্মণ মচাদু চৎপ্রে। ওংঘ হায়বা ব্রাহ্মণ মচাসিনা চৎপ্রগা কন্যা অদুগী অপোকপা ব্রাহ্মণ মন্ত্রীদা হায়ররকই, 'ঐঙ্গাগী শঙ্গোন্দা ননাই ঐহাকসি লুখাকলাদা পকপা চাক্ চাতুনা চহি অমতং লৈজগে।' ৱাসিবু তাবদা মন্ত্রী ব্রাহ্মণ অতুনা হায়ররকই, 'ইবুংঙো মরম করিগীনো ?' ব্রাহ্মণ মচানা হায়, 'ননাই ঐহাক ইপা হাৎকনি হায়তুনা ৱাশকলুরে, ৱাশক অতুগী দোষ কোক্লবনি।' অসি হায়রম্লগা ব্রাহ্মণ মচাদু শঙ্গোলদা চৎপ্রে। তৌইগুম্বসুং মন্ত্রী ব্রাহ্মণনা মচানুপী কন্যাদা হায়, 'ইবেম্মা, করম্না লুখাকলাদা পকপা চাকপু পীজগদগে ? চাক শরুক মরি থোক্লা থায়দোকউ, শরুক অমনা শঙ্গোনদা লৈরিবা ব্রাহ্মণ মচাসিদা থিন্নুচো।' মপা ব্রাহ্মণ মন্ত্রীগী ৱা মতুং ইন্না মচানুপীনা চাক্ অদু থিনখি। অসুম তৌতুনা লৈরে। মতম অতুমক্তদা স্নাগী কোম্পাক্তা 'ওঃ প্রঃ সৈথঃ' ইতুনা পুররিবা মন্ত্রীদো থুংলরে মফমতুদা। কোনুংদা চঙপ্লগা মানা হায়ররকই, 'মহারাজ ইবুংঙো 'ওঃ প্রঃ সৈথঃ' হায়রিবা ৱাহৈসিগী অর্থ হনবিয়ু। অর্থ অসি হনবা ঙম্মীরবদি ঐগী নিংথৌনা মহারাজদা লোইপোৎ কাগনি। করিগুম্বা ঙমদ্রবদি মহারাজনা থঙনা বিচার তৌবিয়ু।' ৱাসি তাবদা নিংথৌনা হায়খি, 'দরবার ময়ায়দা, ব্রাহ্মণ মন্ত্রী, হয়েংগী সুমিৎ ফুংবা কান্দা হায়রিবা শ্লোক অসিগী অর্থ হন্নু। ঙমদ্রবদি ব্রাহ্মণ মন্ত্রীনা ইরৈবাক থাদোক্নুনা চৎখিগদবনি।' নিংথৌগী ৱাসি তাবদা ব্রাহ্মণ মন্ত্রী মথাই ৱারে। লাইরিক ময়েক পাবদি থোকই। অর্থদি থঙদ্রে। চৎপ্রে মমুমদা, ৱাখিবনা চাগবি থকনি হায়বা থঙদ্রে। মমুম য়ৌরগা ব্রাহ্মণীনা হংলকই, 'ঠাকুর ইবুংঙো, স্না কোনুংদা লেঙলুরগা য়াম্না ফুংভাইতনা হনবিরকপসিবু নিংথৌগী করম্বা দন্দিবু ফংবগে ?' 'ইবেম্মা ব্রাহ্মণী, ওম্মোকপনি! দেশ অমদগী মন্ত্রী অমনা 'ওঃ প্রঃ সৈথ' হায়বা শ্লোক অমা পুরকই। মসিবু হয়েংগী সুমিত্তা অর্থ হন্নু ঙমদ্রবদি ইরৈবাক থাদোক্নুনা চৎপ্রো হায়বা নিংথৌগী দন্দি ফংপ্রেনে' হায়ররকই। ব্রাহ্মণ মন্ত্রীগী মচিন্দগী ৱাসি তাবদা মথোয় তুমিন তুমিন লৈনখি। ব্রাহ্মণহুবী কন্যাদো মতম্না থেংজিন্নবদা শঙ্গোন্দা লৈরিবা ব্রাহ্মণ মচাদুগী

চানবা চন্না থিনগনি হায়রম্রে। কাউদি কাউদ্রবস্থ ইকাইবদগী চাক্ থিনবা ঙমদ্রে। অস্নুম্না নৈরিঙৈ মতমসিদা ব্রাহ্মণ মন্ত্রীদুনা হায়রকই, 'আ ইবেম্মা, ঐখোয়দি চাবু চারবস্থ চাবু চাদ্রবস্থ য়াম্না লাইদ্রে। শঙ্গোম্দা লৈরিবা ব্রাহ্মণ মচাদুগী চাক্ থিন্নুচো।' অসি তাবদা ব্রাহ্মণী কন্যানা চাক্ থিনগে হায়দুনা প্রপ প্রপ লাকই। মদু উবদা ব্রাহ্মণ মচাদুনা হংলকই, 'আ ইবেম্মা, নঙনা পুরক্লিবা চাকতো ঐ চাররোই।' মহাক্কী অশাউবা মতৌদু উবদা ব্রাহ্মণী কন্যানা হায়, 'ইবুংঙো শাউবিগম্ভ ঙসিসে ঐগী পাবুং মন্ত্রীদো নিংথৌগী দন্দি ফংলে। অদুনা মতম থরা থেঙদোকপ্লে।' ব্রাহ্মণম্নুবীদুগী ৱাদু তাবদা ব্রাহ্মণ মচানা হংলকই, 'ইবেম্মা করিগীনি হায়বগে ?' ইবুংঙো দেশ অমদগী মন্ত্রী অমননে 'ওঃ প্রঃ সৈথঃ' হায়বা লাইরিক ময়েক অমা পুরক্লমী অদুগী অর্থ হন্নু হায়মাল্লে। অর্থ হনবা ঙমদ্রবদি নৈবাক অসি থাদোক্কনা চংথিগদবনি হায়না দন্দি পীবীরে। অদুগী ৱানদুনা য়াম্না হুংঙাইনদ্রে।' ৱাসি তাবদা ব্রাহ্মণ মচানা হায়রকঈ, 'ইবেম্মা চাকতু থনমখো চংগ্রো ইমুংদা, পাবুংদা হঙ্গংলু প্রসাদি ফংলগা শঙ্গোল্লোমদা লেঙথোকপিরকউ হায়বিয়ু, শ্লোক অদুগী অর্থ-গীদমক্তা ৱাবিরুদু হায়য়ু' অসি হায়দুনা ব্রাহ্মণম্নবী কন্যাদো ইমুংদা চংপ্রগা. হায়রুরে, 'পাবুংবু করিগুম্বা অমতা হঙ্গংচগে। প্রসাদি ফংলগা শঙ্গোল্লোমদা ঙাইহাক্তা লেঙ-থোকপিরকউ হায়য়ে, শ্লোক অদুগী অর্থগীদমক্তদি ৱাবিরুদু হায়হৌই।' ৱা অসি তাবদা, 'আই চুম্মীনা মাদি য়াম্না লাইরিক হৈবা ব্রাহ্মণনি' হায়না থল্লদুনা প্রসাদ ফংলে ব্রাহ্মণদো প্রসাদি ফংলগা শঙ্গোল্লোমদা চংগ্রে। মাবু উবদা ব্রাহ্মণ মচানা হায়রকই, এক্তা 'ওঃ প্রঃ সৈথঃ' হায়বসিগী অর্থদি হয়েং দরবার ময়ায়দা হেক্তা হায়বিয়ু 'মন্ত্রী নঙগী অর্থসে ঐদি হনবু হন্নিংদেদা। ঐগী পরুৱান মচা অমা য়াওরি মাবু হলহনগে অসিতা হায়বিয়ু ননাই ঐহাক হগ্গগ।' অসি হায়নরবা মতুংদা মথোয় অনী হুংঙাইনরে।

নোংঙাল্লগা ৱাজ দরবারদা মীয়াম চোম্না তিল্লক্লে। মতমদুদা ব্রাহ্মণ মন্ত্রীনা মাগী শঙ্গোম্দা লৈরিবা মপা হাংকে হায়দুনা ৱাশকল্লুবা ব্রাহ্মণ মচাদু ফি অমনবা অমা শেংহল্লগা অমনবা অমা ইলহল্লগা লাইথুংনা পূম্নবা মশা অদু কুপশিনবগা লোয়ননা পুদুনা ৱাজ দরবার য়োৱক্লে। মতমদুদা নিংথৌনা হায়রকই, 'ব্রাহ্মণ মন্ত্রী, শ্লোক্কী অর্থ হায়য়ু, মতম য়োরে।' ব্রাহ্মণ মন্ত্রীনা দরবার ময়ায়দা হায়খি, 'মন্ত্রী নঙগী 'ওঃ প্রঃ সৈথঃ' হায়রিবা অসিগী অর্থসিদি ঐদি হায়বু হায়নিংদেদা, ঐগী পরুৱান মচা অমা য়াওরি, মাবু হায়হনগে।' অসি হায়রদুনা ব্রাহ্মণ মন্ত্রী অদুনা মপাগী দোঘনা লাইথুং পরুবা ব্রাহ্মণ মচাদু ৱাজ দরবারদা পুশিল্লক্লে। দরবার ময়ায় য়োৱবদা ঙাংঘ হায়না কৌবা ব্রাহ্মণ মচানা হায়রকই, 'হে মন্ত্রী, নঙনা পুরক্লিবা লাইরিক অসিগী অর্থদি অসিনি। নিংথৌগী মচা অমগা মন্ত্রীগী মচা অমগা মহৈ তম্মীনৈ।

মহৈ হৈবদি মন্ত্রী মচানা হেন্নি অতুগী মংঙাইতজুনা নিংথৌ মচানা মখুত্তা থৃংলায় পায়জুনা মন্ত্রী মচানিবু হাৎলগে হায়জুনা তৌরকই। মতমতুদা মন্ত্রী মচানা হায়খি, ইতাউ ঐগী ইপা মন্ত্রীজুনা থঙহৌদবা পোৎ অমা লৈহৌয়ে, মসিদদি পীবিয়ু নঙনা হয়েং থুম য়ৌরগা হায়জুনা 'ওঃ প্রঃ সৈথ' হায়রিবা চিঠি অসি ইরগা পীখি। মসিগী অর্থদি পাবুং মন্ত্রী বনগী মনুংদা নিংথৌগী মচানা হাৎজুনা ঐ শিরবনি হায়বসে পাবুংনা থঙবিয়ো হায়বা রাহৈনি।' অসি হেক হায়বদা ভাংঘ হায়বা ব্রাহ্মণ মচাদো মপা হাৎকে রাশকপগী লাইথুং ময়ামদো লোইনা কোকপ্রে। অদুক য়াম্বা রাজ দরবারদা তিল্লিবা মীয়াম পূম্নমক্কো লোইনা ঙকুখি। মন্ত্রীগী মচাবু শিরে হায়বা পাউ অসে তাবদা রাজ দরবার ময়াইদা 'হা-ইবুংঙো, ইপাগী প্রাণগা মান্নরবা নঙবু লৈত্রবা? ইপাবু করম তৌনা লৈগদগে?' অসি হায়জুনা মপা অদু কপখি। মতাংসিদা 'ওঃ প্রঃ সৈথ:' গী অর্থ লোইরে। ব্রাহ্মণ মন্ত্রী অদুগা মীরৈবাক্কগী লাকপা ভাংঘ মন্ত্রীগা মথোয় অনী মরূপ শান্নখি। নিংথৌ অনীগী লোইপোৎ লৌনখি। ভাংঘ হায়না কৌবা ব্রাহ্মণ মচাদা রাজ দরবারদা মন্ত্রী ব্রাহ্মণগী মচাতুপী কন্যাবু দান তৌখি অমুম তৌনা অরাবা কয়াবু কোক্কুনা ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা লৈখি।

# লাইরমচা ( মরিং কুন্দা রারী )

মমাংদুদো খুল অমদা হন্নবা অমগা পাথং অমগা লৈরম্মী। পাথং অদুগী মফিং লাইরমচা কৌই। নোংময়া অমুক অহনবদা মহাক্না তুরেল মপান্দা কোয়রক্লদা ঈশিংদা লৈ অমা তাউথরকপা উরম্মী। লৈ অদু মহাক্না খুলগা পুরক্লম্মী। অদুগা হন্নবা অদুদা করি লৈবো হায়না হংলম্মী। হন্নবা অদুনা মঙোন্দা হায়রম্মী, 'ইও ইবুংঙো, নঙনা লৈ অসিবু মশক খঙনিংলবদি হয়েং ঙন্তানা মফিং থোক্লিদুনী মমাংদা তুরেল মপান্দা চংলগা লুমদুনা লৈকচো। মফম অদুদা সোরারেন্দগী লৈশাবী অনীথক ঈক্লজবা ফুল্লকনি। মথোয়না ঈকজরিদুদো মথোয়গী ফিশিং অদু পুরগা ঐগী ইনাক্তা চেল্লকউ। মথোয়না ফিশিং অদু পীরগো হায়না লাউরক্লবদি মথোয়দা হন্না থক য়েংঙদুনু, পংচেন্দা চেল্লকউ। করিগুম্বা নঙনা হন্না য়েংলুরবদি লমথাংদা নহাক শোরদনা শিগনি।'

হন্নবগী পাউত্তাক মতুংইন্না লাইরমচানা ঙন্না মফিং থোক্লিদুদো হৌগংলগা তুরেল মপান্দা চংতুনা সোরারেনগী লৈশাবী অনী অদু লাকপা ঙাইদুনা লুমদুনা লৈরে। মফিং হেক থোরকপগা মশক-মতৌ ফজরবী সোরারেনগী লৈশাবী অনীথক সনাবুল অমমম পায়দুনা তুরেন্দা কুমথরক্লম্মী। ঈশিং মপাল য়োরগা মথোয়গী মশাদা শেংলক্লিবা মফি-মরোলশিং অদু থনম্মগা ঈশিংদা চোংথদুনা ইরোইদুনা শাররম্মী। তান্না অসিদা লাইরমচানা লোন্না লাক্নুনা মথোয়গী মফি-মরোলশিং অদু পুদুনা চেনখিরম্মী। লৈশাবী অনীদুনা তুংলোমদগী 'ঐথোয়গী ফিনে, থম্বিরম্মু, থম্বিরম্মু' হায়না লাউরকপদুদা হন্না য়েংথোকলুদুনা লাইরমচা অদু লম্বীদা বাম্বদুনা তুরিদুদো হন্নবা অদু লাক্নুনা মহাকপু হিংগৎহল্লম্মী।

থংনবা মমিত্তা লাইরমচা অমুকহন্না তুরেল মপান্দা চংতুনা সোরারেনগী লৈশাবী অনীদু লাকপা ঙাইরম্মী। মহাক্না লোন্না লৈরাইদা লৈরিদুদো লৈশাবী অনীদু সনাবুল অমমম পায়রদুনা তুরেন্দা কুমথরক্লম্মী অমসুং মফি-মরোলশিং অদু লৈরাইদা থনম্নগা ঈশিংদা চোংথদুনা ইরোইরম্মী। লাইরমচানা লোন্না লাক্লগা মথোয়গী ফি অদু তাপ পায়রক্লগা চেনখি। হন্দকমুক্তি মথোয় অনীনা ফমা লাউদুনসু লাইরমচাদু হন্না শুকয়েং য়েংলুদ্রে। মহাক্না হন্নবা অদুগী মনাক তান্না লাক্লগা হন্নবদুদা মহাক্না পুরক্লিবা ফিদু পীরে। ঙাইহাক লৈরগা সোরারেনগী লৈশাবী অনীদুসু হন্নবা অদুগী মনাক্তা

লাক্তুনা মখোয়গী ফিশিং অদু পীবিরো হায়রম্মী। হয়বা অদুনা হায়রম্মী, 'ইশুশা, নখোয়না ফি অসি পাম্লবদি নখোয় অনীগী মরক্তগী অমদি লাইরমচাগী ফুপী ওইগদবনি। অদু য়াত্রবদি নখোয়গী ফি অসি ফংলরোই।' অসি তাবদা লৈশাবী অনী অদুগী মরক্তা অমনা অমদা 'নঙ লৈয়ু, নঙ লৈয়ু' ইন্নরম্মী। মমৈথংদা ফি অদু মনাউহুপীদুগী ওইবনা মহাক লাইরমচাগী ফুপী ওইনা লৈহৌবা য়ারে। মচে অদুনা চৎলমদাইদা মনাউফুপীদা চৈস্ত অমা পীরগা হায়রম্মী 'ইবেম্মা, হয়েং নঙনা অরাবা তাববা মতমদা চৈস্ত অসি হুৎ হুৎ হাইরগা ইচেগী নাক্তা/লাকউ। নহাক্কী নত্তে ঐনা পাংবিগনি।' মসি হায়রগা মহাক হনস্লে।

কুইদে, খুল অদুদা লাইরমচাগী ফুপীগী মশক-মতৌ শুমহৎনা ফজবা অদুগী মরমদা ফুপীশিংগী মরক্তা চিবোন চিবোন ঙাংনরকপদগী খুলগী ফুপা-নহা পুম্নমক তানরক্তুনা মখোয়গী নিংথৌগী ফুপী ওইনা পীরসি হায়না লেপ্পরম্মী। খুন্দিমদুনা খন্নবদা মী থরনা হায়রম্মী, 'ফুপী অসিদি লাইরমচাগী ফুপী ওইরবনি, মসিবু মতৌ কররম্বা নিংথৌগী ফুপী ওইবা য়াগদগে?' য়েৎপমখে য়েৎনরগা মমৈথংদা লাইরমচাগী হুইগা খুল অদুদা লৈবা মী অমগী হুই অমগা চিরুহনবদা, করিগুম্বদা মাগী হুইনা ঙম্বা থোক্লগা ফুপী অসি লাইরমচাগী অদুম ওইজবা, অদুগা অতোপ্পগী হুইনা ঙম্বা থোক্লগা নিংথৌগী ফুপী ওইনা মাগী ফুপীসি লৌবা হায়না ময়াম লেপ্পরে। ময়াম্মা য়ানরবা রাকম অসি লাইরমচাদস্থ থঙহনপ্লে। পাউ অসি তাবদা য়াম্মা মথ্বাই হুংঙাইতনা লাইরমচানা ময়ুমদা হল্লকপদা মাগী ফুপীনা মরম হংলম্মী। মহাক্কী ফুপীনা মরম খঙলবদা ফুপী অদুনা নহান মচেনা পীরম্বা চৈস্ত অদু হাইর-হাইরদুনা সোরারেন্দা মচেগী মনাক্তা চৎতুনা ৱারী পুম্নমক তমলুরে। মচেনা খুলগী হুই অদুগা চিরুহন্নবনি হায়দুনা হুই মানবা কৈ মচা য়াংগংবা অমা পীরক্তুনা মদু পুরগা মহাক হল্লক্ম্মী। নোংঙাল্লগা লাইরমচাগী হুইগা অতোপ্পা অমদুগী হুইগা চিরুহনবদা লাইরমচাগী হুইনা ঙন্নে। মথংদা খুলগী মীশিং অদুনা য়েন অমুক কাউনহনসি হায়রে। মহাক্কীদি কাউনহন্নবা য়েন লৈজদবনা মথ্বাই য়াম্না ৱানা মন্নুমদা হল্লক্ম্মী। মহাক্কী ফুপীদা তম্নবদা ফুপী অদুনা অহিং অদুমক্তদা সোরারেন্দা মচেগী মনাক্তা চৈ অদু হাইর-হাইরদুনা চৎথিরম্মী। সোরারেন্দগী মচেনা য়েন মানবা উমাইবী অমা পীরক্তুনা পুতুনা লাক্লে। নোংঙাল্লগা য়েন কাউনহনবদা অহানবদা খুলগী য়েনবা অচৌবদুনা লাইরমচাগী য়েন অদুবু য়াম্না লাকচনা তৌরম্মী। মমৈথংদা লাইরমচাগী উমাইবী অদুনা মচিন্না চিক্তুনা য়েন অদু উথক্তা পুথৎপ্রগা শেৎ শেৎতুনা চাথোকপ্লে।

খুলগী মীয়াম অদু কমদৌনা লাইরমচাবু মায়থীবা পীসিগে হায়না খুন্দিম্নরে, ফৌ শংবাই অমগা লৈঙোই শংবাই অমগা তোৎশিন্নরগা মদুদগী ফৌ মরু অমত্তা

রাক্তবরথৈ খুলহৎলসি হায়না লেপ্পরে। লাইরমচাদা পাউ অসি পীপ্রে। লাইরমচা রাবনা মকোক্তা মখুৎ হাপ্লে, হুংঙাইতবদা হায়নিংঙাই লৈত্রে, রানা রানা ময়ুমদা হল্লক্লে। মহাক্কী রাবগী মতৌদু উবদা মাগী মুপীনা করি তৌরবগে হায়না হন্না হন্না হংলক্লবদা মমৈথংদা মরম অদু হায়রে। 'অদুগীদমক্তা ওইরবদি করিমতা রাবিরুস্ত, ঐনা থোকপা তৌজগে, হুংঙাইনা পোথাদুনা লৈবিয়ু।' মহাক্কী মুপীনা হায়রম্মী। মহাক সোরারেন্দা মচেগী মনাক্তা চৎপ্রে অদুগা মক্কম অদুদগী খুদু তুমা অমা পুরদুনা লাক্লে। নোংঙাল্লগা খুদু অনীদুনা লৈঙোই য়ানশিল্লবা ফো মরুশিং অদু খুল্লম্মী। খুদু অনীদুনা খুন্দুনা হাপচিল্লগা ফো মরুশিং অদু শুরবরা য়েংবিয়ু হায়না খুলগী মীশিংদা হায়রুবদা মখোয় ইঙক ঙক্লখি।

অমুক হন্না খুন্দিন্নরে। করিগুম্বা পাম্বৈ অমত্তনা লাইরমচাবু মায়থীবা পীবা ঙম্নরোই হায়না ময়ামদু লেপ্পরে। মহাক হাৎপা নত্তনদি মাগী মুপীবু নিংথৌগী মুপী ওইহনবা য়াররোই থন্নরদুনা ময়াম অদুনা কোম অমা তৌরগা লাইরমচাবু মঙ্গুংদুদা ফুমজিল্লগা মথক্তা শীং শীজিন্দুনা মৈ থারগা হাৎলসি হায়না লেপ্পরে। লাইরমচাবু কৌরগা মহাকপু কোম মঙ্গুংদা ফুমজিল্লগা মথক্তা শীং শীজিন্দুনা মৈ থাদুনা হাৎলগা মহাক্কী মুপীবু নিংথৌগী মুপী ওইনা লৌরগনি হায়না থঙহল্লে। লাইরমচাদু রাবনা কপ্প কপ্পদুনা ময়ুমদা হনখি, ময়ুমদা মাগী মুপীনা করি তৌরবগে হংবা ফাওবা খুমখিদ্রে। মহাক্কী মুপীনা হংমনবনা থাঙবা ঙমদ্রদুনা মমৈথংদা মহাক্না খুমখি, 'হয়েং ঐ শিরগনি, কোম মঙ্গুংদা ঐবু ফুম্নগা মথক্তা শীং শীজিন্দুনা মৈ থারগা ঐবু হাৎলগনি, অদুগা নঙবুনা নিংথৌগী ওইহল্লগনি খুলগী মীশিংনা।' মহাক্কী মুপীনা হায়রকই, 'অদুগী ওইরবদি করিমত্তা রাবিরুস্ত, হুংঙাইনা পোথাদুনা লৈবিয়ু, ঐনা থোকপা তৌজগে।' মসি হায়দুনা মপুরোইববু মহাক্না থেমজিল্লম্মী। অহিং অদুদা মচেনা পীরম্বা চৈশু অদু হাইর-হাইরদুনা মহাক সোরারেন্দা মচেগী মনাক্তা যৌপ্রে। মচেদা রারম অদু তম্লবদা মচেনা শবৌ অনীথক পীরক্তুনা পুদুনা লাক্লে। শবৌ অনী অদুনা লাইরমচাগী তুম্ফম কাদগী মহাক হাৎনবা তৌরিবা কোম অদু ফাওবা মখুল অমা হুৎহল্লম্মী।

নোংঙাল্লে, খুল অদু ইরাং লাঙলে, লাইরমচাদি ঙসি শিরনি, য়েংঙ্সি হায়নদুনা খুলগী মুপী অঙাং, হন্ত-হন্না পুম্নমক থোরক্লে। মতাং অসিদা লাইরমচাস্ন খুলগী পাথং থরনা পুরদুনা লাক্লে। খুলগী য়াথং মতুংইন্না লাইরমচা কোম অদুদা চোংথক্লে। ময়াম অদনা কোম মঙ্গুংদা শীং থাদদুনা মৈ থাবা হৌরক্লে। মৈদু অকিবা ফংনা চাকথৎলক্লে। লাইরমচাদি কোম অদুদগী মাগী ফমুং ফাওবা হুৎলিবা মখুল অদুদা

ফাওরোক্ত্না চংলগা মহুমদা ফমদুনা হুংভাইনা হিদাক থক্ত্না লৈখোরে। লাইরমচা শিরবনিনা মাগী ফুপী লৌকরো হায়না খুলগী পাখং থরা মহুমদা থারে। মখোয়না লাইরমচা অদু মহুমদা ফমদুনা হুংভাইনা হিদাক থক্ত্না লৈরম্মা উবদা থাজনরে। অমুক হন্না অতোপ্পা কাওবু অমমুক থারে। মখোয়নসু হনজগা লাইরমচাদি শিত্রে, মহুমদা হিদাক থক্ত্না লৈহৌই হায়না তম্লে। ময়াম অদু অমুকহন্না খুদ্দিম্রে। লাইরমচাবু হাংপা ওইখোক্রে, হায়না লেপ্লে, মরম অসিনা লাইরমচাগী মহক্তা মখোয়গী নিংথৌ অদুবু হাংলগা মহাকী মহক্তা লাইরমচাবু নিংথৌ হাপ্ত্না মহাক হুংভাইনা পানখি।

# হাইমোং অমসুং হাইশিং

থায়না মমাংঙৈদা হাইমোং অমসুং হাইশিং কৌবা মচিন-মনাউ অনীথক লৈরম্মী। মপানা শিরমদাইদা মখোয় অনীগীদমক্তনি হায়দুনা শন্দং অহুমথক থম্বিরম্মী। মদু মখোয় অনী চপ মান্নবা য়েন্নৌ তাকপিরম্মী। মপানা হায়রম্বগী মতুংইন্না নোংমদি শন্দং অদু য়েম্থোক্লরসি হায়নরে মখোয় অনী। মনাউ অতোনবা অদুনা হায়রে, 'তাদ, শন্দং মচা অনীসিদি অমমম য়েন্নরসি অদুগা মপী অসিমদি ইপানা থম্নবনি য়োম্থোকপসু ফত্তরে, হাংতোকপসু মুংঙাইত্রে মসিদি হিংনা অদুম য়েন্নরসি, তাদনা অহলনি মকোক্লোমথংবা শরুকসি লৌবিরো অদুগা ঐনা মথুললোম থংবা শরুক অসি লৌরগে।' মনাউগী ৱাসিদা ময়াম্বা হাইমোংনা থুম্লকই, 'চুম্মীদা কয়াদা ফজত্ররবনো পোং য়েনবা হায়বসিমক্তবু ময়াম্বা অহল ওইবনা মকোক লৌবা, অদুগা মনাউ ওইবা অঙাংনা মমৈগী শরুক লৌবা হায়বসে থায়নঙৈ ইপা-ইপু হাক্তকগী চৎনরকপা ৱাফম্নি।' হাইমোংনা মনাউবু থাগৎখি। হাইশিংনা মথা তানা হায়রকই, 'তাদ, শন্দং মপী অসিনা চারিবা থক্লিবা মথৈদি তাদগী শরুক্নি অদুগা মথি মমুং শেংদোক-খোত্তোকপগী শরুক্না ননাউ ঐগীনি।' মনাউনা হায়রিবসি চুম্মী হায়দুনা মখোয় অনী য়ানদুনা ৱা লেপ্পরে। অস্থম তৌনা শন্দং অদু য়েন্নরে।

শন্দং য়েন্নরবা মতুং থরা লৈরগা নোংমদি শন্দং মপী অদুনা মীগী লৌকুক্তা কুমদুনা ফৌ য়াম্না চাথোক্তুনা নৈথায়দুনা য়াম্না থিনা মাঙ-তাকহল্লুরে। মদু উবদা লৌপু অদুনা য়াম্না শাউরদুনা শন্দং অদুবু ফাবগা থুল, লৈকায়, শাগৈনচিংবা মী খোমদুনা তানদুনা চে ইদুনা নিংথৌদা ৱাকথলে। নিংথৌনা মচিন-মনাউ অনী কৌথৎতুনা শন্দং মপু অদু কনানো হংবদা মচিন-মনাউ মখোয় অনী তিন্নবা শন্দংনি হায়না থুম্লে। অদু ওইরবদি নখোয় মচিন-মনাউ অনীনা লৌ চাবা অসিগী মমল কোংগদবনি হায়না নিংথৌনা হায়রে। ৱায়েল অদু তাবদা মনাউনিপা হাইশিংনা হায়রকই, 'শন্দং অসি ঐখোয় ইচিন-ইনাউ অনী য়েন্নরবনি। মকোকথংবা শরুক্না তাদগীনি, মমৈথংবা শরুক্না ঐগীনি। তাদগী মকোকথংবা শরুক্না চাক্তবনিনা লৌ চাবগী দায় অসি ঐগী তাদগীনি। তাদনা মমল কোংগদবনি। অদুগা ঐগীদি মথি-মমুং মথুন্দগী খোকপদু শেংদোক-খোত্তোকপা অসিনা লোইরে।' মনাউগী ৱাসি তাবদা নিংথৌনা ময়াম্বা হাইমোংদা হংই, 'হাইমোং, নঙগী ননাউ হাইশিংনা

হায়রিবসি অচুম্বা ?' হাইমোংনা মনাউনা হায়রিবদু অচুম্বনি হায়রে। নিংথৌনা অদু ওইরবদি হাইমোংগী শন্দং মকোক্লা চাবনিনা কোপোৎ ১০ কোংবা তারে হায়দুনা ময়াম্বা হাইমোংনা কোপোৎ ১০ কোংলে। অদুনা শন্দং অদুদি হাৎলগা য়েন্নরে। থ্রিমথৈদি হিংনা য়েন্নবদি য়ারয়োইদবনিনা শন্দং অসিনা মীবা অদুম্বক তারগনি হায়দুনা শন্দং অদু হাৎতোক্লগা য়েন্নরো হায়দুনা নিংথৌনা হায়রে। নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না শন্দং অদু হাৎলগা মচিন-মনাউ য়েন্নরে। হাৎতোক্লবা শন্দংগী শা অদু য়েন্নবদা হাইশিংনা হায়রে, 'তাদ, ঙরাং ঐগী মঙদা ইমা-ইপা লাক্কুনা শন্দং মপী অদুদি ঐ:থোয়না লোইরম্বা শন্দংনি অদুনা মদুগী শাদোংশিং অদু পীয়ু হায়রম্মী। মঙদা ইপা-ইমা লাক্কুনা হায়রম্বনিনা শাদোংশিং অদু তাদগী শরুক্কগী থরা পীয়ু, মঙদা মথোয়না হায়রম্বদু থুংহন্নবা।' ময়াম্বা হাইমোংনা মাগী শরুক্কগী থরা পীরে মনাউদা। অদুবু মনাউ হাইশিংনা মদুনস্থ ওক্তে থরগা পীথো হায়দুনা ময়াম্বদগী লৌথি। অস্থম তৌদুনা মনাউ হাইশিংনা হায়রিবমথৈ মপা মমানা হায়বনি হায়দুনা শাদোং অদু লোইনা পীখ্রে। লেমহৌরিবা হায়ববু মকোক অদুমতা মঙাইরে। মকোক অদুস্থ মপা-মমানা পীয়ু হায়রে হায়দুনা হাইশিংনা ময়াম্বা হাইমোংদগী মকোক অদুস্থ লৌরে।

মতৌ অস্থম তৌনা ময়াম্বা হাইমোংগী শন্দংগী শরুক্কী শা মথৈ লোইনা মমা মপানা নিররে হায়দুনা হাইশিংদা পীথোকখ্রে। নোংমদি হাইমোংনা মনাউ হাইশিংগীদা চংলুবদা মমা মপানা পীয়ু হায়দুনা পুখিবা শন্দং মকোক অদু মনাউগীদা লৈরম্বা থেঙনরে। মদু উবদা হাইমোংনা মনাউদা হংই, 'ইনাউ, শন্দং মকোক অসিদি মসিদা লৈরিবসি করিগীনো ? ইপা-ইমানা নিবনি হায়বদায় ? মথোয়দা পীথিগদবনি হায়রগা করিগীনো মসিদা লৈরিবসি ?' মনাউ হাইশিংনা থুম্মী, 'মকোক অসিমদি পুবা ঙমদ্রে হায়দুনা ইপা-ইমানা থনম্বনি।' মদুস্থ হাইমোংনা অদুম থাজরে। মতৌ অস্থমা মবুক শেংদবা, লৌশিং ফত্তবা, মশাগীতা ওইজবা থিবা, থনবা হাইশিংনা ময়াম্বা পোকমিন্নবা মবুক শেংবা, ওইজবা কয়া থন্দবা অদুগী ফংফম থোকপা চাকথুং শরুক অদু ফাওবা লোইনা লৌথি। মশাগীতা ওইজবা থনবা মী হায়বসিদি অতোপ্পা মীগী থন্দে, মীগী শরুক ফাওবা ঙম্নবদি মুন্দুনা লৌই।

# অপঙবা বিংনম

বিংনম কৌবা অপঙবা হুপা অমা লৈরম্মী। মহাক অসি পঙবদা হায়নিংঙাই লৈতে। কয়ামুক য়াম্না পঙবগে হায়ববু হুপী থিদুনা মমুম-মকৈ পানগনি হায়বা ফাওবা থঙদে। অদুবু য়াম্না হৈ-শিংলবী হুপী অমনদি বিংনমবু পাম্বদুনা মহাক্কা লুহোংলে। হুপী অসিনা অপঙবা মপুরোইবনি হায়দুনা তাকপী-তম্বীবা য়াবা কয়ামকম হুমিং খুদিংগী য়ারী তৌদুনা হেক হেক তাকপী। মতম খরা লৈরগা মখোয় অনীগী মচানুপা অমা পোক্লে। থা মঙা তরুক শুরবা মতমদা মচানুপা অদু শিরে মরাইবক থীবদগী। অশিবা মচা অদু লোইশিন্নুরো হায়দুনা বিংনমদা হায়রে মাগী হুপীনা। অশিবা অঙাং অদু ফি অমনা য়োমশিল্লগা মদুগী মথক্তা ফক অমনা অমুক য়োমশিল্লুনা বিংনমনা পুরদুনা চৎলে। লম্বীদা অসুম চৎপদা ঙসাইগী ফক্না য়োম্লিবা অঙাং অদু লিংথদুনা লম্বীদা তাহোরে। মদু বিংনমনদি থঙদে। . পোৎলোইফম যৌরদুনা কোম তৌদুনা অশিবা অঙাং অদু মোংফমগী কোম অদুদা হাপ্লদুনা ফুমজিনলে। ফুম্বা লোইরদুনা বিংনম মমুমদা হল্লক্লে।

লম্বীদা অসুম লাকপদা বিংনমনা ঙসাইগী লিংথদুনা তাহোবা অঙাং অদু থেংনরে। মদু উবদা 'মী অতৈদি মচা শিরগা লম্বীদা হেক্তা পংহুন্দা হুন্দোক-নবোইরে' হায়না বিংনমনা খল্লি। মানা পুরকপদা তাহোবা অশিবা মচা অদুনি হায়বদি মহাক থঙদে।

মমুম য়ৌরবদা মাগী হুপী অদুনা মচা শিথিবা অদুদা মথাই হুংঙাইত্রদুনা কপ্তুনা লৈরম্মী। মাগী হুপী অদুনা কপ্লদু উবদা বিংনমনা হায়রকই, 'হায় হুপী, করিগী কপ্লিবনো? মীদি মচা শিরবসু লম্বীদা পংহুন্দা হুন্দোকই। কপকসু তোক্লো।' মসি হায়দুনা মহাক্না মতুবু থেমলম্মী। মসি তাবদা মাগী হুপী অসিনা হায়রিবা অসিবু করিনো অচুম্বনে হায়না খল্লি। হুপা থিবগা লোইননা পাথৎতুনা মাগী হুপা বিংনমনা হায়রিবদু করিনো থঙনবা হুপী অদু চৎলে। লম্বীদা অসুম লাকপদা অশিবা অঙাং অদু তারম্বা থেংনরে। তারম্লিবা অশিবা অঙাং অদু মখোয়গী মচানি হায়বা থঙলে। মচা তাহোবা ফাওবা থঙদ্রিবা হুপা অসিবু করম তৌগনি হায়না খনবদা য়াম্না য়ারে। মমুমদা প্রপ প্রপ লাক্তুনা মতৈ-মনাও চঙদুনা মচা অশিবা অদুবু অমুক হন্না খুল্লুরগা ফুমজিনথি।

নোংমা অমদি বিংনমদা মাগী মুপী অসিনা হায়রে, 'ইকুভো ঐখোয় য়ায়া নঙভে চানিংঙাই থকনিংঙাই কন্নিমতা লৈত্রে। অদুনা নঙ কারবার তৌদুনা ললোন-ইতিক তৌদুনা লাইবক য়েংঙো' অসি হায়দুনা মাগী মুপীনা পোলাং অনীদা খোইদিং, পান, মাইরেমচিংবা পিক থন্না হাপ্লগা পাবোং লাক্লগা মরেংবান্দা থোন্দুনা মমুমদগী পোংতু য়োনবা খোরক্লে বিংনম। অসুম চৎপদা শাংনা চৎলকপদা ব্রাক্লে হায়দুনা মরেংবান ওইথংবদা পুন্নিবা পাবোং অদু অমুক শিনগে তৌবদা মরেংবান ওইথংবদদি শিন্দদুনা চংলিবা লম্বী অদুগী য়েং ওই অদুদমক য়েংলগা পোং অদু ওইথংবা নাকন্দদা লৈননবা হোৎনবদা মমাই লৈথোরক্কুনা মমুমলোমদা অদুম লাক্লে। মশানা তৌরিবদুদি বিংনমদি মমুমদা হক্লে হায়বসি থঙদে। লেঙবান শিন্দুনা অদুম চংলিবনি হায়দুনা অদুম চৎপদা মমুমদা থুংলরে। বিংনমদি মদু মমুম্নি হায়বসি থঙদে। অতোপ্পা মীগী মুম অমদা থুংবনি হায়না থন্দুনা লৈরম্লিবা মুপী অদুদা হায়ব্লকই, 'ইচল মুমিং খরা থেংল্রে। অদুনা নঙগী মুমদা ঐ ঙসি অহিং অসিদদি পনখিগে।' বিংনমগী ব্রাসি তাবদা মাগী মুপী মানদি মশক থঙব্রবীদুনা লৈবিখো, পনবিখো হায়দুনা চাক্-ঈশিং পীজ-পিথক তৌদুনা অহিংদুমা লৈহল্লে। নোং ঙাল্লদুনা অমুক্তা চাক্-ঈশিং থোংবা লোইরদুনা অমুক পীজরগা ব্রারী-ব্রাতাই শানরগা অমুক চৎহনগ্রে। মদু ফাওবদা মমুম্নি মাগী মুপীনি হায়বসি বিংনমদি থঙদে। মুপী অদুনদি পূম্নমক থঙভি।

বিংনমনা খরা চৎগ্রবা মতুংদা মাগী মুপী অদুনা মপুরোইবা অদু মাঙবা তারে হায়দুনা তাম্লদুনা ফাক্লরে। মমুমদা পুরক্লগা হংঙি, 'মুপা মুম অসি কনাগী মুম মাল্লি?' 'মুম অসি ঐগী মুমগা মাল্লে' বিংনমনা খুম্মী। 'ঐদি কনা মাল্লি?' মাগী মুপীনা অমুক হংলকই। 'নঙসু ঐগী মুপীগা মাল্লে' বিংনমনা খুল্লকই। 'অদু ওইরবদি মুম অসি নঙগী নমুমনি ঐসিনা নঙগী মুপীনি অদুনা নঙ য়ুমদগী চৎপিগ্রগদু কদাইদা চৎকে হায়না তৌরিবনো?' হায়না মাগী মুপীনা হংলে। বিংনমনা খুল্লকই 'করি? মুমসিবু ঐগী মুম? নঙবুসু ঐগী মুপীনি হায়বা? নচিন থিবা ব্রা করিগী ঙাওলিবনো?' অসি হায়রগা শাউদুনা বিংনম চৎকে তৌই। অদুদগী মাগী মুপীনা হায়ল্লকই, অদু ওইরবদি মুপা নঙনা তৌবা পূম্নমক অদু হায়রো। লম্বীদা লাকপদদি মুপা নঙ পোংথাবরা?' বিংনমনা খুম্মী, 'পোংতি পোথাদে। ব্রারে হায়দুনা লেংবান্দি শিল্লি পোং পুবদু।' 'অদু ওইরবদি মুপা নঙনা তৌবা পোং পুদুনা চৎপা মফম অসিদা য়োরকপা ফাওবদা তৌরকপা পূম্নমক অদু অমুক হন্না ঐগী মাঙদা তৌরো।' মাগী মুপীনা হায়বা মতুংইন্না বিংনমনা মহাক্না পোং অদু লুল্লে হায়দুনা মরেংবান শিন্নবা তৌবদা লেংবানদদি শিন্দদুনা লম্বীদুগী য়েং ওইদমক ওহোক্লগা হায়না

লাকখিবা লৰী অত্থদা অমূক হন্নক্তনা ঙসাইগী মাগী ময়ুম অত্থদা অমুক থুংলবা অত্থমক হল্লা তোৱে। মতু উবদা হুপী অত্থনা হায়ৱে, 'অসিনি হুপা চুম্নবরা ? নম্মুগি হায়বসে ?' মহাক্কী হুপীনা তাকপিবদগী বিংনমনা মশাগী অপঙবা মতৌ অতু থঙবা ঙম্লে। মহাক্কী হুপীনা তাক্লবতদা বিংনমনা অচুম্বতু থঙবা ঙমখি। অপঙবা হায়বসিদি ৱা ঙাঙতুনা পাউতাক পীবনা কান্নবা ফংদে। থবক্না, থুদম্না উংতুনা তাক্লবতদা থঙখি।

## তোকপগা য়েনবাগী লান

য়েনবী অমথক্না মচাময়াম চেন্দুনা কোইপু পুদুনা মচাশিংবু মচিক্লাক পীজে। নোংমদি তোকপনা থেংনদুনা য়েনবীদা হংঙি, 'ইবেন ঙসিদি নখোয় কদাইদা লেকনি?' য়েনবীনা খুম্মী, 'রাপন্দা লেকনি।' তোকপদুনা লেকফম খঙলবদি অহিংদা ফাদুনা চাগদবগী তৌরিবনি হায়বা খঙলদুনা য়েনবী অদুনা মচিন্না অমা হায়রগা লেকপনা অতোপ্পা মফম অমদা হেক্তা লেকই। হুমিৎতুসু রাপন্দা লেকনি হায়রগা য়েঙ্গোন্দা লেক্লে। নোংমা অমসু তোকপনা য়েনবীদা য়াম্না খঙনিংনা হংই, 'ইবেন, ঙসিদি নখোয় কদাইদা লেকনি?' য়েনবীনা হুমিৎ অদুসু 'য়েঙ্গোন্দা লেকনি' হায়না খুমদি খুন্নগা রাপন্দা লেক্লে। অসুম তৌনা তোকপনা হংবদনা অমা খুম লেকপনা অতোপ্পা মফম অমদা হেক হেক লেকপদগী অহিংদা তোকপনা কোইথি থিবদা য়েনবীগা মচাগা অসি তোকপা অসিনা অমুক্তা থেংনদ্রে। তোকপনা মপুক্লিংদা য়াম্না লাকচনা তৌই হায়দুনা হুংভাইদ্রে। অমুক্কংদি হায়দুনা শীংদুনা লৈরে। নোংমসু তোকপনা য়েনবীদা হংই, 'ইবেন, ঙসিদি কদাইদা লেকনি?' 'য়েঙ্গোন্দা লেকনি' হায়না য়েনবীনা খুম্মী। অদুবু তোকপনা চিংনদুনা অহিংদা য়েঙ্গোন্দা থিবগী মহুত্তা রাপল ময়াদা লুমদুনা লৈরে। য়েনবীনা রাপন্দা লেকপা চঙলকপদদি তোকপনা লুমদুনা লৈরম্বদগী য়েনবীগা মচা অয়াম্বগা লোইনা ফাদুনা চাথোকখ্রে। য়েনবা ওইগদবা য়েন্নাউ অমথক্কংদি রারক্তা চঙথিবদগী তোকপনা ফাদুনা চাবা ঙমহোদ্রে। অসুম তৌদুনা য়েন্নাউ অদু চাউদুনা য়েনবা মপুং ফাবা অমা ওইরে।

য়েনবানা মচিন-মনাউ অমদি মমাবু তোকপনা ফাদুনা চাথিবগী মংশং তানগে তোকপগা লান তৌরগে হায়দুনা থৌরাং তৌরগা খুন খুনগী লম্বীদা লাকই। মহাক্না অসুম লাকপদা লম্বীদা য়েক্মা হংই, 'ইপু কদাইদা চৎলিবনো?' 'তোকপগা লান থেংনবা চৎলিবনি' হায়না য়েনবানা খুম্মী। অদু ওইরবদি মাসু তোকপা লান থেংনবা চৎকে হায়দুনা চৎলে। খরা চৎলগা খোই মহুম অমা থেংনদুনা হংলকই। 'য়েনবা কদাইদা চৎলিবনো?' য়েনবানা তোকপা লান্দাবা চৎলিবনি হায়বদগী অদু ওইরবদি মখোয়সু লান অদু য়াওজগে হায়দুনা য়েনবাগী মতুং ইন্নদুনা খোইশিংদো লাক্লে। খরা অমুক চৎলগা য়েনথি অমা অমা থেঙনদুনা হংলকই, 'ইপু কদাইদা চৎপনো?' 'তোকপগা লাম্ভেংনবা চৎপনি' হায়না য়েনবানা খুন্নবদা মাসু চৎকে

হায়দুনা চংলে। মখংদা পোরি মচা অমা থেংনদুনা মাহু তোকপগী লান চংকে হায়দুনা মতুং ইন্নরে। থরা অমুক চংলগা উতুপ থেংনদুনা মাহু লান অহু চংকে হায়দুনা লাক্লে। থরা অমুক চংলগা চেগপ লাং অমা থেংনৈ। মাহু তোকপগী লান অদুদা চংকে হায়দুনা য়াওরে। মথোয় ময়াম অসি য়েনবানা লুচিংদুনা লাকপসিনা তোকপগী মহুৎদা অহিংদা থুংলরে। তোকপদু নিংতাইদনা ফুমদুনা লৈরমী। য়েনবানা লাম্বোং লাললম লোইনা শীন্দুনা হায়রকই, 'য়েক্রুম নঙনা ফুন্নাদা লৈয়ু। তোকপনা হোরেন মৈ কাম্বা মতমদা পোকথাইদুনা মমিত্তা উৎ চঙহন্নু। থোই নথোয়না থুং হায়বা ঈশিং থগা পুন্দা লৈয়ু। তোকপনা মমাই তাবা চংলকপদা চিকউ। য়েম্বি নঙনা ফান্দা লৈয়ু। তোকপনা থোইনা চিকপদগী ফান্দা তকপদা নঙনা তৈথিল্লু, পোরি মচা নঙনা ফক্লাংদা লৈয়ু। হোরেন তোকপনা মথুং য়েম্বি তৈথোকপদা নঙনা মথুংতু লেনথংলু। উতুপ নঙনা থোঙজিন্দা লৈদুনা তোকপনা চেম্বোরকপদা পংথাদা থাজিল্লু। চেগপ লাং নঙনা য়ুমগী যাত্রা মথোঙগী অহোবা অসিদা ডাইদুনা লৈয়ু। হোরেন তোকপনা প্রপ প্রপ চেন্নক্কুনা চঙলকপদা চপশিল্লু। অসি হায়দুনা য়েনবাগী লাম্বোং শীনবা লোইরদুনা য়ুমথক্তা কাথংতুনা য়াওলেন্দা তোংলগা 'কেক্রে কে তোকপা লান্দাসে' হায়না হৌনা থোংলুরে। য়েনবাগী উশিত্তবা মতৌ অদুদা তোকপদু শাউবনা মৈ হৌখ্রে। য়েনবা হাৎকে হায়দুনা ফমুংদগী ফুক হোগৎতুনা ফুন্নাদা মৈ কাম্বদা য়েক্রুমা পোকথাইদুনা মমিত্তা উৎ ময়াম চঙলে। ঈশিংদা মমাই তাগে হায়দুনা থুংহামপুন্দা লুপশিল্লুবদা থোই ময়াম্না চিক্কুনা য়োন্নে। থোইনা চিকপদু নামন্দুনা ফান্দা থোই কেনখিনবা থেংথবদা য়েম্বি অমুক লৈরমদুনা য়েম্বি ডাক্কা তৈশিল্লে। তৈরিবা য়েম্বিদু কেনখিনবা হায়দুনা ফক্লাংদা তকলুবদা মহুদসু থাঙ মচা অমা লৈরমদুনা মথুংতু লেনথংতুনা ঈ থোক্লে। করিনো তৌরিবসিদি হায়দুনা মপান্দা চেম্বোন্নগে শিবা তারে হায়দুনা থোঙদা চেম্বোরকপদা উতুপ্পা পোপ পোপ থায়ক্লে। শিবা তারে হায়দুনা যাত্রা মথোঙদা লৈরিবা অহোবা অদুদা চেম্বোক্লে হায়দুনা চেনশিল্লুবদা চেগপ লাংনা মকোক্কু চপতুনা মশাগা মকোক্কা তোঙান তোঙান্না তাদুনা লৈরে। য়েনবানা কুমথরক্কুনা তোকপগী মকোক্কু পুরক্কুনা মথোয় লোইনা য়েনবানা লান ডম্লে, য়েনবানা লান ডম্লে হায়দুনা হন্নাউনা লাউদুনা মহুৎদা হন্নখ্রে। মতৌ অসুম তৌদুনা য়েন্বানা মচিন-মনাউ অমদি মমা হাৎখিবগী মশাং তানখি।

লিংজেনবু মাম্নরবদি অশোনবা তন্নানা অকনবা অমবু লায়না নমহৎপা ঙমী।

# কৈণ্ডইবগী ঈশিং

মমাংঙৈদা চীংগী অৱাংবা খুন্নং অমদা লৈবা হুপা অমগা হুপী অমগা মতৈ-মনাও য়াম্না ইণ্ডনা চিন্না পাঙ্গম্মী। মখোয় অনী চঙজনা চাউরবা পাম অমা শেমজদুনা মহু য়াম্দুনা মৌ-চেং, মনা-মশিং য়াম্না থাজনা হোৎনরম্মী। চীংগী অৱাংবা মফম অদুদা পাম অদু য়ানবদা মখোয় য়াম্না য়াম্মী, অদুবু মখোয়গী পাম অদুদগী মনাক নকপা মফম অদুবাইদা ঈশিং ফংলমদে। ঈশিংদি ফংদ্রে অদুবু খৌদি খোয়াংঙি, অমুক্তা হেন্না হুপা অদুগী হুপী অদুদি ঈশিং থিরুগে হায়বদা হুপা অদুনা অহানবদা য়াদে। হুপা অদু মহাক্কী হুপী অদুবু য়াম্না চুংশিনা, নুনা তৌরম্মী, হুপী অদু অশোয়-অভাম থোকথিগত্রা হায়না চিংনদুনা মহাক্না ঈশিং থিবা চৎহল্লিদে। মহাক্কী হুপীবু নেংলগা মহাক্না হায়রকই, 'য়েংঙু হুপী, ঐখোয়গী পাম অসিদগী মথাক্লোমদা চৎলগা লৈরিবা কোম অসিদা লৈরিবা ঈশিং অসিদি থকপা য়াদে। মসিগী ঈশিং অসি থক্লবদি মী অদু তাইবং মীওইবা তোক্কনা কৈ ওগ্নি। অদুনা নহাক খোয়াংনা থাওবা তাই।' মহাক্কী হুপী অদুনা মুন্না তারে, অদুবু খোয়াংবনা থাওবা ভজদুনা মহাক্না মহাক্কী হুপানা কোম অদুদা লৈরিবা ঈশিং অদু নত্তনা অতৈ মফমদা লৈরবা ঈশিংতমক থকে, কোম অদুগী ঈশিংদি থক্লোই, মহাক অমুক্তদি থিরুগে হায়রে। মহাক্কী হুপানসু য়ারদুনা হুপী অদু ঈশিং থিবা চৎখ্রে, হুপা অদুনা পাম অদুদা মতোমতা থবক তৌদনা লৈহৌরে।

হুপী অদুনা অসুম চৎ চৎতুনা থিবদা ঈশিং লৈবা মফম অমত্তা থেংনখ্রে, কৈ ওগ্নি হায়রিবা কোম অদুতমক ঈশিং লৈবা থেংনরে। মমৈথংদা থাওবা ভমত্রদুনা মহাক কোম অদুদগী ঈশিং অদু খোয়াংবা কোক্লবা থক্লে। ঈশিং থক্লবা মতুংদা শামদা থবক তৌহৌরিবা মাগী হুপাগী মনাক্তা হন্নক্রে অমসুং হুপাদুদা অতোপ্পা মফমদগী ঈশিং থক্লকই, কোম অদুদগী থকলক্তে হায়শিন্নরগা থবক তৌবা য়াওরে। মখোয় অনী পূন্না থবক অসুম তমিন্নমিন্নৈদা হুপী মশাদা কৈ ওইরকপগী খুদম থন্না উৎপা হৌরকই। মহাক্কী মমাঙদা হৃক্লিংনচিংবা পাইবা উবদা মহাক্না কৈগী মতোঙ্গা মমানা ফাদুনা চাথোকই, মশাদা হাকচবন চিংবা ফাওরকপদা কৈণ্ডা মশাদু থোৎলকই। মশাগী শাওংদদি থোইনা কৈ ওরকপগী অহোংবা উবা ফংদে। হুপা অদুনা মাগী হুপীগী অসিগুম্বা হোৎলক্লিবা মতৌ অসি উরগা মহাক কৈ ওগ্নি হায়বা কোম

অতুগী ঈশৈং শোয়দনা থকনুবনি হায়বসি থজলে। অতুবু কয়িস্থ তৌকম থজদে, ময়মদি হৌগ্রবা, লোইগ্রবা থবক অতু অমুক চুমথোক্লবা য়াদে। মহাক্কী মুপীনস্থ মুপা অতুবু য়াম্না হুংশিন্নবী, কিম্ব কিন্নবী অমস্থং মহাক্কী মুপাদা লৌনম তৌকন্নিবা অতুগীদমক্তা মহাক হুংঙাইতবা পোক্লে।

হুংখিলগী মতমদা পাম য়ানবা লোইরঙ্গনা মথোয় অনী ময়ুমদা হল্লকই হুম্বিং তান্নমদাইদা। ময়ুমদা মচাশিংনা মপা মমা অনীবু ঙাইরুনা লৈরম্মী, মথোয়বু মমানা হল্লক্লগা চাক-ঈশিং থোংহনা পীজে। মচাশিং অতুবু মকম চাবা য়েংহনা তেক্ত-কায়দনা শুম্বিঙ্গনা তুমহল্লে, মপুরোইবা অতুবুস্থ কমুংদা তুমহল্লে। মথোয় ময়াম অসি তুম-হিপ্পগ্রবদা মুপী অসি মতোমতা ময়ুমদগী মপাল থোয়ল্লগা অহিং অতুদা কৈওগ্গা কোয়চৎ চৎতুনা চানবা শা-উচেক থিবা চৎলি। কৈ ওনবা কোমগী ঈশিং অতু থকনুবনা মহাক কৈ ওইরে অতুবু মচাশিং অমস্থং মপুরোইববুদি হুংশিবনিনা ময়ুম থাদোকতুনা কৈ ওল্লগা চৎখিবস্থ ঙমদা মতৌ অস্থন্না অমুক-হুংখিলনা মীগী মতৌ লৌ, অহিংদনা কৈগী মতৌ লৌতুনা মপুক্সি অতু য়ানা লেপ্লম্মী। অহিং অহিংদা কৈওইদুনা কোয়চৎ চত্তুনা শা-উচেক থিবা চৎপদা মহাক্লা কারকপ্পা শা-উচেক অতু মহাক্লা চাবা য়াবা চারগা মচাশিং অমস্থং মপুরোইবগী শরুকস্থ হেক হেক পুরক্তুনা মথোয়গী ময়ুম অতুগী মচি অমদা থনম্মী। নোংমদি কৈওইবীনা মী অমা হাৎতুনা চাথোকস্থরে, মী অতুগী মশাগী শরুক থল্লা মচাশিং অমস্থং মপুরোইবগীদমক মহাক্লা পুরক্তুনা মথোয়গী য়ুমগী মাঙ্গোন্দা থনল্লে। অমুক হৌগৎলকপদা মতু উরম্বদা থেংনরুবদা ময়াম অতু ইপা পাথৎনল্লে।

মতৌ অস্থন্না কোম অতুগী ঈশিং অতু মপুরোইবনা থকস্থ হায়না থাদা য়াদবদগী থকনুবনা মুপী অতু কৈ ওন্দুনা মচা-মস্ত পূন্নমক থাদোকতুনা চৎখিবস্থ ঙমদা, তাইবংমী মপুং ফানা ওইবস্থ ঙমদা হুংঙাইতনা লৈখি। কৈ ওলহনবা কোম অসিগী ঈশিং অসি মতুংদা কনাগুম্বা মী অতৌনা অমুক থক্তুনা মুপী অসিগুম্বা মরাইবক থীদনবগীদমক শন্দংগী মচিনা মেনশিনখি। মেনশিল্লবা মঙ্কুদা চাউরবা নুং অহমথক কোম অতু মশক থঙননবা অমস্থং মী চঙনদনবা অকোয়বদা য়ুংখি। ঙসি ফাওবদা নুং অসিস্থ লৈরি, মকম অসিস্থ লৈরি।

# মীগী হৌরককম

থাম্বনা ময়াংঙৈদা জিলি মোসিয়ো কৌবী হুপী অমা লৈরম্মী। মহাক্না নোংমা হুংশিং কল্লা শীৎপা অপাকপা চীংদোন অমদা হিপ্তুনা পোথারিঙৈদা থাখংবা মাই-কৈদগী লৈচিন মপৈ অমা পাইরক্লম্মী। লৈচিন অদুনা অসুম পাইশিল্লক্তুনা মহাকপু ডাইহাক্তং পুংকুপ কুপশিল্লগা মাডক্লে। হুমিং অসিদগী হৌনা মোসিয়ো অদু কুম-থা লেপখি। মতমগী মতুংইন্না মহাক্না ওল্লা হায়বদি নাই, ওখে হায়বদি কৈ অমসুং অলিহু হায়বদি মী হায়না কৌবা মচাহুপা অহুম পোকখি।

মচাহুপা অহুম অসি মমানা য়োকপিতুনা অমসুং য়াম্না লুনা চান্না শেন্নবিতুনা মমাগা চাউরক-শাংলক্লবা মতম ফাওবা লৈমিন্নরে। মখোয় অহুম অসিগী মরক্তগী খ্বাইদগী ইতোন তোনবা মচাহুপা অলিহুবুনা মমানা খ্বাইদগী হেন্না লুনা তৌরম্মী। মমা অসি চহী য়ামশিল্লক্তুনা অহল ওইশিল্লক্লে, শোক্তিল্লক্লে। মচিন-মনাউ অহুম অসিনা মমানা শোক্তিলকপদা কর্মদোনা মমাবু য়োক-থাংকসিগে হায়না থন্নরম্মী। মমৈথংদা মখোয় অমমমগী মন্নুমদা মমা অসি নোংমা নোংমা লৈহল্লসি অদুগা মমাবু লুনা হুংশিনা য়োক্নরসি হায়না মখোয় অহুম য়ানরে। অদুবু মচাহুপা অহল ওব্নাগা লৈমিন্নবা হুমিত্তা মমা অসি লাইহৌ কল্লা হৌদ্নবা হেক্তা নাই অমসুং য়াম্না ব্রাই। মচাহুপা অনীশুবা ওখেগা লৈমিন্নবা হুমিং অদুদসু মমা অসি মশাদা ইহৈ হৈনিংবা পোক্লমদে অমসুং ইপা পাথংলম্মী। মচাহুপা অহুমশুবা অতোনবা অলিহুগা লৈমিন্নবা হুমিত্তদি হব্রাও হব্রাও লৈ অমসুং মচাহুপানসু মমাবু য়াম্না লুনা শেন্নতুনা থম্মী। মমা অসি মচাহুপা অতোম্বা অলিহু মীগী মনাক্তা লৈরগা শিংংলম্মী অমসুং মচাহুপানসু মদু পামজরম্মী। মমানা পান্নিবসি থুংননবা অলিহুনা হু হাপ্নবা মোরোক থব্নগী মতেংনা মমাবু থব্রা হেন্না থুজিন্না শিহন্নবা উপায় অমা পুথোক্লে অসিগুম্বা ডাঙলবা শারবা মোরোক থুবাম অমা মহাক্না ঈশিংদা ফুংলে। ঈশিংদা ফুংলবা মোরোক মহী অদু মমাদা পিথক্লে। অদুবু অঙকপদি মোরোক মহীদু থব্লগা মমাদু শিবগী মহুত্তা হেন্নতুম মশা ফগাৎলক্লে।

মচাহুপাদা মমানা মোরোক মহীদু লৈরবদি থব্লগা থকখিগে পীথো হায়রম্মী, অদুবকপু হান্নমা মশা অদু শোল্লবনিনা মহাক মশা তিং তিং লাউনা কনবদি ভমগ্রে অমসুং মতমগী মতুংইন্না শিন্নমদাই য়োৎক্লে। শিন্নমদাই য়োৎক্লবদা মচাহুপা অদুদা

মহাক হেক শিবগা লোন্না, তুমিন্না ফুমজিল্লু, মাগী মোংফম মথক অদুদা ফুদা ওইনা মৈ হৌরগা চাক্ থোংঙ্ হায়না হায়রম্মী।

মমা অসি মরাইবক ফবা হুমিং অমদা মচাহুপা অ:তোম্বা অলিয়ুগা লৈমিন্নবা মতমদা শিরে। হেক শিবগা অলিয়ুনা মমাগী অশিবা হকচাং অদু মমানা তাক-পিরম্বা মতুংইন্না ফুমজিল্লে। মসি লোইবগা মাগী য়ুমগী অকোয়বদা মহাক্না মী ফুম্ফম মোংফম মানবা অতৈ অতৈ মোংফম কয়ামুক অমম্ তৌথোক্তুনা শেম্লে। হুমিদাংবাইদা মচাহুপা য়াইমা ওথে হায়বদি কৈ অদুম্ মযুমদা হল্লক্লে। মমা অদু লৈরমদবতুদা মহাক হুংঙাইল্লে অমসুং কোয়চৎ চৎতুনা মমাগী অশিবা মপা অদু থিবা হৌরক্লে। মহাক মমাগী অশিবা হকচাং ফুমফম মোংফম অদু য়াম্না থঙনিংলম্মী। ময়াম্বা অহল ওবা হায়বদি লাইনা মমাগী মরমদা রাক্ররম্ হায়না থেমজিনখি। অদুবু মহাক্না মমাগী অশিবা হকচাং অদু য়ুমগী কাচিন কোয়া ফাওবদা কোইথি থিরম্মী। মমৈথংদা, ময়াম্বা অহল ওবা লাইনা মনাউমুপা য়াইমা ওথে কৈগী মঙকশমদা মাগী মথুংনা নানখি। মসিগী হুমিত্তগী হৌনা কৈনা মঙক অসি হাইদুনা য়েৎ-ওই অমসুং মতুংলোমদা য়েংবা ঙমখিদে। হুমিং অসিদগী হৌনা কৈগী মঙক অসি শরূ অমতমক পানখি অমসুং মমাং নত্তনা য়েৎ-ওই অমসুং মতুংলোমদা য়েংগে হায়ব্রবদি মপা পুন্নমক অসি পুন্নে লৈথোকত্রবদি য়াখিদ্রে। ওথেনা মমাগী অশিবা হকচাং অদু অমুকহন্না থিখিদ্রে। মচিন-মনাউ অহুম অদু মমা শিখিবগী অরাবদু থাডদুনা লৈখি। মমা শিবা হায়বসি মথোয়না থিংবা ঙম্বা পোৎ নত্তে হায়বদু মথোয়না থঙখি অমসুং মমা য়াওদ্রবদি মথোয় অহুমম্ পুন্না লৈমিন্নবা য়াররোই হায়না থন্নরে। মথোয় অহুম পুন্না ফম্মিন্নদুনা কদাই কদাইদা লৈসিগে হায়না থন্নবা হৌরে অমসুং তোঙান তোঙানবা মফমদা লৈবা হৌখি।

তাইবংপান অসিদা লৈম্বিবা থ্বাইদগী তাঙবা মফম অদু মথোয় অহুমক পান্নম্মী। মথোয় অহুমক্না থ্বাইদগী অমনম্ অমনম্ পাম্বা মফমদি তম্পাক্কী লম অসিনি। কনানা কদাইদা লৈগদগে হায়বসি মথোয় মশেল লেপ্পবা ঙমদ্রবদা মমৈথংদা লমজেল তান্নরগা অথোইবদুনা তম্পাক্কী লমদা লৈনরসি হায়না লেপ্পরে। চাঝ্লোফি কোবা অথাপ্পা লম অমদা চৈ অমা মতোম্দা নাপী চবুন অমা কিশিন্দুনা য়ুংলে। মথোয়না লমজেল তান্নবদা পায়গদৌরিবা লমথুংফম অদু মসিনা ওইনরে। চৈ অসিগী মতোম্দা থেংলিবা নাপী চবুন অদু হান্না পায়বা ঙম্বা অদুনা অ:থোইবা শরুরসি হায়না য়ানরে। লমজেল অদু অকক্নবা মফম অমদগী থারে অদুগা ওথে কৈনা থোইরে। ওন্না লাই অমসুং মনাউ অতোম্বা অলিয়ু মী অনীমক য়াম্না নীংবা কায়রে, অদুনা অমুক্তা হন্না লমজেন অদু তান্নখিসি হায়রে। ওথেম্ য়াম্লে। ওন্না লাইনা লমজেন অসি

মনাউ ইতোন তোনবা অলিয়ু-মীবু থোইহল্লিংথি, মহাক মশানা লমজেন অসি থোইনিংবদু লৈরমদে। মহাক্না মনাউ হুপা অতোম্বদা লমজেন থোইবা শক্তে হায়র-বদি লিক্ং অমগা তেন অমগা শারগা পায়যু অদুগা লোত্তুনা লুমতুনা লৈরগা চৈ মতোম্বা পুল্লিবা নাপী চবুন অদু কাপ্পু হায়না তাকপীরে। অলিয়ুনা ময়াম্বা অহল ওগ্নানা হায়বা মতুংইন্না তৌতুনা লমজেন অসি থোইবা শক্তে। মসিগী মনা ওইনা মহাক্না মালেম অসিগী মঙ্গংদগী থ্বাইদগী ফবা নম অদু ফংথি। মনাউহুপা ৱাইমা ওথে কৈনা উমং-ৱামংদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈবা অমসুং ময়াম্বা অহল ওগ্না-লাইনা অভম্বা চৌগী শৃক্লবা লোকচুং অসিদা লৈবা হায়না যানরে।

মচিন-মনাউ অহুম অসি মাগী মাগী লৈফমদা চৎনবা মতম য়ৌরক্লে। ময়াম্বা অহল ওগ্না লাইনা অহোবদগী হৌনা মনাউহুপা অতোম্বা অলিয়ু মীগা মরুদুনা থৎন-চৈনবা তৌবা পাল্লমদে। অদুবু অলিয়ু মীনা মহাকপু মমিংনা উবদি পাল্লমদে। মহাক্না মাগী লৈফম চৎলমদাইদা মীগী মমিং অসি কযা য়াম্না থৌবগে হায়বদু য়েংনিংথি। মহাক্না অথাপ্পা মফম অদুদা লোৎতুনা লৈরগা মীদা মহাকপু উবা ঙম্মী হায়থি। ওগ্না লাইনা হুংঙাইত্রদুনা মসিদগী মীগী মমিংকা হুইগী মমিংকা ওম্বোক্লথি। মসিনা মরম ওইদুনা মীনা হৌজিক অমম্বদা উবা ঙমদ্রিবসিনি অমসুং মসিদগী হৌনা লাইবু উবা ফংদ্রিবসিনি। মীবু শিহল্লিবা অসিন্থ লাইনা ফত্তবা হেলোই থাজিলক্তুনা হাৎতোক্লিবনি অমসুং অমসুং মীনা লাইবু মমিংনা উবা ফংহল্লবদি মসিগীদমক্তা শাউনদুনা ঙাইহাক লৈতনা মখোয় অনীগী মরক্তা লান থোক্লরমগনি। মসি থোক্লক্লনবা লাইনা মীগী মমিং অসি হুইগী মমিত্তা ওম্বোক্লথিবনি।

কায়নরমদাইদা ওগ্না লাইনা মনাউ অতোম্বা অলিয়ু মীদা মোরোক অতেকপা নত্রগা অঙাঙবা চাগত্রা হায়না হংথি। মীনা অতেকপস্থ অঙাঙবস্থ অনীমক চাগনি হায়থি। মসিদগী মীওইবগী মরক্তা অঙাং অহল থাক্তনা মী পংশিদা শিরিবসিনি। মসি হংবা লোইরগা ওগ্না লাইনা অলিয়ু মীদগী তোথায়না লৈথি।

ওথে কৈনা মনাউহুপা অতোম্বা অলিয়ু মীদগী থাপ্পা চৎথিনবা মতমদু য়ৌশিল্লক্লে। মহাক্তি মনাউহুপা অদুবু থীনা থীনা তৌবি অদুনা মীনা মাবু য়াম্না কিনা অমসুং চেকশিন্না লোইনরম্মী। কৈ অসি মচিন-মনাউ হুংশিনবগী ৱাখল কয়া লৈরমদে, মনাউহুপা অলিয়ু মী অদুবু মহাক্না চাথোক্লিংলম্মী। মনাউহুপা অলিয়ুনা মহাক্কী পুক্লিং অসি থঙলম্মী অদুনা মহাকপু অহিংদা চাথোকপিথিগত্রা হায়না চিংনরম্মী। মখোয় অনী পুম্না লৈমিন্নরিঙৈদা কৈনা মনাউহুপা অলিয়ু মীদা মহাক অহিং কদাইদা তুমগদগে হায়না হংলম্মী। অলিয়ু মীনা অহিংদা মহাক্তি লৈমাই মথক্তা তুমগনি

হায়না মরো লৈনা থুন্নম্মী। ওথে কৈনা হুংথিল চুম্না কোয়চৎ চৎলুরগা অহিং থেংনা হন্নকই। কৈ চৎথোকপ্লিডৈদা অলিয়ু মীনা থুদেং অমা ঈশিং পিকথন্না হাপ্লগা মহুদা মাগী হিপ্লবা ফমুং শেম্লে। থুদেং অতুস্থু অমুক ফি অমনা কুপশিল্লে। ওথে কৈনা অহিং অথেংবদা হল্লক্লগা মমুমদা লোন্না চঙলকই। হেক চঙলকপদা থুদেংদা ফিনা কুপশিন্দুনা লৈরিবতু উবদা মনাউম্নপা অলিয়ু মী ওইববোই নিংতুনা ফি অতু লৌথোক্লগা থুদেং মক্সংদা চোংথপ্লে। অতুবু মনাউম্নপা অতুদি অতোপ্পা মফম অমদা চৎতুনা ফমুং শেল্লগা তুমলম্মে। মরম অসিনা মহাক ময়াম্বা য়াইমা ওথে কৈনা চাগদবগী কঞ্জহৌরে। থুদেং মক্সংদা ঈশিংদা তাতুনা পুংচোং চোংপতু উবদা মনাউম্নপানা করি তৌরে হংলকপদা ওথে কৈনা অসুম শাম্নরিবনি হায়না থুন্নম্মী।

ওথে কৈগা লৈমিন্নবসি অসুম হুংঙাইরকত্রে, অতুনা অলিয়ু মীনা কমদৌনা মহাক্কা থাদোক্লসিগে হায়না থল্লকই। অলিয়ু মীনা ময়াম্বা য়াইমা ওথে কৈদা মহাক্কা থ্বাইদগী কিবসি করিনো হায়না হংলম্মী। অহানবদা থুম্মু য়ারমদে অতুবু মমৈদা ক্রোক ক্রোক বু লাউবা মথোল অসিনা থ্বাইদগী কি হায়খি। মথোল অসিদি পুঙ অচৌবা অমম্থং উতোং অহোবগী মথোলনি। মনাউম্নপা অলিয়ু মীনা ময়াম্বা য়াইমা ওথে কৈনা কিরিবা পোৎ অসি শিজিন্নতুনা মহাকপু তানথোকপ্লগে থপ্রে।

নোংমা অলিয়ু মীনা ফক অমা শারম্মী। ওথে কৈস্ত মনাক্তা চঙলক্তনা ফম্নরে। অসুম ফম্নতুদা অলিয়ু মীনা শারিবতু মহাকস্ত য়াওনিংলক্লে। মহাকস্ত য়াওশিল্লে ফক শাবত্ত, অলিয়ুনা য়াবদগী অতুবু থুনমক ফক অতু কোনশিল্লগা ইথৌ ওইদনা মশাদা কুপশিল্লগা তুমথোকপ্লে। অলিয়ু মীনা থুদোং চাবা অমা ফংলতুনা, কিবা পোকপা য়াবা ফক অমনে, চফু অমনে লৌরুরগা পূন্না তুন্নিবা ওথে কৈগী মমৈদা পুনশিল্লে। অহৌবা উতোং অমা থিরুরগা য়াম্না মথোল হৌনা ওথে কৈগী মনাকোংদা থোংলুরে। ওথে কৈতু কিরতুনা মিকপ থোরক্লে অতুগা মমৈদা পুল্লিবা পোৎ মযামতু পুরতুনা চেনখ্রে। মহাক্কা অসুম লম্বীদা চেনবদা মমৈদা কিরিবা পোৎশিং অতু অমমম তাহৌই তোঙান তোঙানবা মফমদা। মমৈথংদা ওথে কৈগী মমৈদা পুল্লিবা মহাক্কা অকিবা পোকপা পোৎশিং অসি অমমম তাহৌবা মফমশিং অতু পোৎ অতুগী মমিং লৌতুনা চাজিখ্রো, ওঝাখ্রো হায়না মমিং থোনখি।

## মীগা হুইগা মরূপ শান্নবা

মমাংঙৈদা হুই অমোম অমা লৈরম্মী, মহাক্কী মচা অনীথক পোক্লম্মী। হুইনাউ মচা অনী অসিনা থন্না চাউরক্লবা মতমদা মমা অসি নোংমা শজি অমনা হাত্তোকখ্রে। শজিনা মমা হাংথিবসি মথোয় অনী য়াম্না হুংঙাইত্রে অদুনা মমা হাংথিবগীদমক্তা শজিবু লমন থুম্মিংলম্মী।

মথোয় অনীনা অসুম থন্নবদা মশা-মউ চাউবা, মপাঙ্গল কনবা শামুগী মনাক্তা চৎলগা মমা শিথিবগী লমন থুম্বিয়ু হায়জরুসি লেপ্লরে। শামুগী মনাক্তা চৎলগা হায়জরুবদা মমা হাংথিবগীদমক শজিদা লমন থুম্বিরগে হায়না য়াবিরে। অদুবু হুইনাউ মচা অনী অদুনা মথোয়না শোৎ-পেক লাউবা মথোল অমতং তাবদা পংথোংদা থোংলম্মী। অসুম হায়না মথোয় অনীনা শোৎ-পেক লাউবা মথোল থুদিংগী পংথোংদা থোংবসিদা শামু অদু শাউরে, মতৌ অদুম্না পংথোং থোংলবদি কৈনা মহাক্কী লৈফম থঙথিবা তারে অদুনা মহাক মথোয়না হায়জরিবদু মতেং পাংবা ঙম্লরোই চৎখ্রো চৎলো হায়না মহাক্না তাম্থোকপিরক্লে।

শামুনা তাম্থোকপিরক্লবদা হুইনাউমচা অনীদু কৈগী মনাক্তা লাক্লুনা শজিনা মমা হাংথিবগী লমন থুম্বিয়ু হায়জরুরে। কৈনা মথোয় অনীগী ৱাকং অদু মুম্না তাবিরে অমসুং মথোয়গী মতৌ উরগা হুংশিবিদুনা লমন থুম্বিরগে হায়না য়ারে। অদুবু হুইনাউ মচা অনীদুনা মনাকোংদা থোঙ্গেল পেক লাউবা অমতং হেক্তা তাবদা গৌ গৌ পংথোংদা থোংবদুদা কৈ অদু মীনা মহাক্কী লৈফম থঙখ্রগনি হায়না চিংনরে। হুইনাউমচা অনী অদুদা মথোয়না মথোং মরম থঙদনা থোংলবদি মীনা চিংনদুনা মহাকপু থিরকপদা থেংনথিবা তারে থেংনরবদি মহাকপু মীনা হাংথিবা য়াই অদুনা মতেং পাংবা ঙম্লরোই চৎলো হায়না থাদোকখ্রে।

হুইনাউমচা অনী অদু মথংদা মীগী মনাক্তা চৎলুরে, মঙোন্দা য়াম্না মথ্বাই য়াওনা মমা হাংথিবগীদমক্তা শজিবু লমন থুম্বিয়ু হায়জরুরে। মথোয় অনীগী অম্নাবদু উবদা, পাউ অদু তাবদা মীনা হুংশিবিরে অমসুং চানবা পীবিদুনা, লৈফমসু পীবিরগা মীনা মথোয় অনীবু লৈহল্লে। অহিং ওইরক্লবদা হুইনাউমচা অনীদুনা মথোল অমতং হেক তাবদা পংথোং থোংলম্মী। মথোয় অনীনা মতৌ অসুম্না থোংবসিগীদমক মথোয়বু

য়োকপিন্নিবা মীনা চৈবিবগী মহুত্তা থোইনা হেন্নত্তুম হন্নাওন্নমী। মথোয় অনীম্নু য়াম্না হন্নাওজন্নে। মথোয় অনী মীগী মনাক্তা লৈন্নসি হায়না লেপ্পন্নে।

মীগী মনাক্তা অস্থুম লৈন্নকপদগী মথোয় অনী চাউবা হেল্লক্লে, মপাঙ্গল কনবা হেল্লক্লে; মথোয়বু থম্মোইরিবা মী অত্তুদা মমা হাংখিবা শক্তিবু লমন থুম্মিয়ু হায়জক্লে অমুকহন্না। নোংমা মীনা মথোয় অনীবু শক্তিবু লমন থুম্নবা শাদানবা পুথোন্নকই। উমংদা অস্থুম লাকপদা শক্তি অমা থেংনন্নে, হুইনাউ অনীত্তুনা মথোয়গী লৈজবা থাত্তুনা শক্তি অত্তুবু তাম্নন্নে, মীনা মতৌ অস্থুম্না তান্নবক্লিবা শক্তি অত্তুবু মফম অত্তুদা লুমত্তুনা লৈন্নগা চেল্লকপদা তানা থিন্দুনা হাংলে। হুইনাউমচা অনীত্থু য়াম্না হন্নাওন্নে, মমৈ ফন্ন ফন্ন হাইত্তুনা মীগী মনাক্তা চেনশিল্লকই অত্তুগা শিন্নবা শক্তি অত্তুগী য়েৎথংবা মথোঙ অত্তুদা চিক্লম্মী। মসিদগী হৌন্নত্তুনা শাদানবদা ফান্নবা শক্তিগী য়েৎথংবা মথোঙ অসি শাদানবা য়াওবা হুইনাউগীদমক্তা তম্নত্তুনা পীজৈ। হুমিং অসিদগী হৌনা হুইগা মীগা পুন্না লৈমিন্নখি।

# গাক্রিপু

থায়না মমাংঙৈদা গাক্রিপু হায়বা অকনবা হুপা অমা লৈরম্মী। মহাক অসি য়াম্না হৈশিংবা মী অমনি। মীঙোন্দগী নমথাক তৌদুনা মপোৎ-মচৈ, মরুল-মথুম মুন্দুনা লৌবনা মহাক্কী হৈনবী ওইরম্মী।

নোংমা গাক্রিপুনা মশাদা লুপা চামথক পুরগা ললোনবা চৎলম্মী। মহাক্না পৈশা অসি শিজিন্নদুনা ললোন্নগা মরাইবক অমুক্তং য়েংদুনা হোৎনগে হায়না থল্লম্মী। পৈশা অদু পুরগা অশুকপা উমং-রামং ফাওদুনা অতুম লাকপদা নোংমথক শওম অমগা থেংনদুনা শওম অদুনা মহাকপু ফারে। শওম অদুদগী নাম্থোক্লবা কন্না হোৎনদুনা মহাক্না শওম অদুগা নমনরিঙৈদা মহাক্কী ফুরিৎথাউদা য়াওরিবা পৈশাশিং অদু লোইনা লৈপাক্তা চাইথোক্লুনা ইতা তারে। শওম অদুগা মহাক্না কন্না নম্নরিঙৈ মতম অদুদা অতোপ্পা হুপা অমম্থ শগোল অমা তোংলদুনা লম্বী অদুদা লাক্লম্মী। শগোল তোংবা হুপা অদু উবদা গাক্রিপুনা মহাক্না শওম অদুগা নম্নবদা শওমনা মবুক্তগী লুপা ময়েকশিং অদু ফায়দোক্লকলিবনি হায়রে। শগোল তোংবা অদুম্থ শওম অদুগা নম্থু নম্নরবদি লুপা ময়েক ফায়দোরক্কনি হায়না গাক্রিপুনা মথা তানা হায়থরম্মী। শগোল তোংবা হুপা অদুনা গাক্রিপুনা হায়রিবা পুন্নমক অসি থাজদুনা শগোলদগী কুমথরে অদুগা শওম অদুদা চোংশিন্দুনা নম্নবা হৌরুরে। মহাক্না মতৌ অম্থম্না নম্নদুনা লৈরিঙৈদা গাক্রিপুনা মহাক্কী ফুরিৎথাউদগী তারকপা শেলশিং অদু লোইনা খুজিল্লে, অদুগা শগোল তোংবা হুপা অদুগী পুল্লিবা শগোল অদুগী মথক্তা তোংথৎলগা থুনা য়াংনা মহাক শগোল থুরুপ থাদুনা চেনখ্রে।

গাক্রিপুনা শগোল অদু তোংলদুনা মথ্বাই হরাওনা অতুম লাকপদা তুরেল অমগী মপাল য়ৌরক্লম্মী। তুরেল মপাল অদুদা হত্নবী অমগা মহাক্কী মশক-মতৌ ফজবী মচাহুপী অমগা তুরেল অদু লানবা ঙমদনা লেপতুনা কোইয়েং য়েংদুনা লৈরম্মী। মথোয় অনীগী মতৌ অদু উবদা গাক্রিপুনা হুংশিবা পোক্লম্মী অমসুং মপুক্লিংদা হত্নবী অদুগী মশক-মতৌ ফজবী মচাহুপী অদুবু পাম্বসু পোক্লম্মী। মহাক্না মথোয় অনীগী মনাক্তা চঙশিল্লগা তুরেল লানবদা মহাক্না তেংবাংবিবা ঙমগনি হায়রুরে। মমা-মচানা অনীদু থনবমথৈ থল্লরগা মমৈথংদা য়ারে। গাক্রিপুনা শগোল অদুগী মথক্তা মহাক্তা য়াওনা মী অনীতমক তোংবা য়াবনা মমা হত্নবীদুরা, মচাহুপীদুরা

অমতমক তোংঙ্ অহানবদা লৈহৌরিবা অদুনা মথংগী অনীত্তবদা তোংলগা লাম্থোকসি হায়রম্মী। মমা হন্থবীদুনা মচাম্নপী লৈশাবী অদুবু শগোল মথক্তা পুবিদুনা অহানবদা তুরেল অদু লাম্থোকপিরো হায়রম্মী। মশক-মতো ফজবী লৈশাবী অদু শগোল মথক্তা তোংহল্লগা গাক্রিপুনা তুরেল লাম্থোকখ্রে। অদুবু লৈশাবী অদুবু তোর্বান ব্রাংমদা থনল্লগা মমা হন্থবী অদু মথংদা লৌবিরদুনা তুরেল লাম্থোকপিবগী মহুত্তা মহাকপু মফম অদুদা অদুম থম্বীরম্লে অমসুং মশক-মতো ফজরবী মচাম্নপী অদু পুদুনা চেনখ্রে।

( ব্রাম্নী অসি অংগামীনা গাক্রিপু নল্লগা মাচে, সেমানা ইকি, ব্রেংমানা চে, লোথানা অপফুহো হায়না থঙনদুনা লোনশিং অসিদা তোঙান তোঙাননা ফংঙি। )

# থাঙ ফেঙবা

থাক্লনা মমাংঙৈদা চীংহুং অমদা তাবা থুল অমদা হুপা অমথক লৈরম্মী। নোংমা মহাক্না অশূকপা উমংগী মহুংদা মহাক্কী থাঙজৌ অদু পায়দুনা অহুম লাকপদা মনাক নকপদা লৈবা উ-ব্রাশিংদু অস্থম য়ানবদা মহাক্কী থাঙজৌ অদু ময়া পংলক্লে, থৌদ্রে। অস্থম লাকপনা মহাক তুশ্লেল অমগী মপান্দা য়ৌরক্লে। তুরেল অদুগী মপান্দা তাবা অথৌবা থাঙ ফেঙবা য়াবা নুঙ অমা খূল্লগা ফমদুনা মহাক্না থাঙজৌ অদু ফেঙলম্মী। থাঙজৌ অদু ফেঙবদা মশা অদু নিঙ্গাং ফম্লদুনা মমাঙলোমদা অমুক হাই মতুংলোমদা অমুক হাই তৌবদা মহাক্কী অথীফম অদুস্থ ফর ফর হাইরম্মী।

তুশ্লেলগী ঈশিং মহুংদগী মশা-মউ ফরবা ব্রাইখু অমথক ফাওগৎলক্লগা অকঙবা তোর্ব্বান অদুদা মচিঙ্গাক থিগে হায়দুনা কোয়থোরকপদা থাঙ ফেঙলিবা হুপা অসিগী অথীফম অদু ফর ফর হাইবদুনা লৈরম্বদু উক্লে। মদু উবদা মহাক্না হাউরবা মচিঙ্গাক অমা লৈরে থল্লদুনা তুমিন্না, লোম্না চঙলক্লগা হুপা অদুগী মনিংলোমদগী মাগী অথীফম অদু তাপ লাকলুরে। হুপা অদু নাবনা অমস্থং পাথৎপনা মথুক্তা পায়রিবা থাঙজৌ অদুনা মমাঙদা হৌরম্বা উরী অমথক শৎ ককথৎলুরে। উরী অদুদা য়েক্তুনা পাল্লম্বা উহৈ অমথক হুপা অদুনা ককথৎপদুদা লৈপাক্তা কেল্লকই। কেল্লক্লিবা উহৈ অদুনা মথাদা মচিঙ্গাক থিজদুনা চারম্বা লময়েন অমগী মনংগলদা তুপ লাউনা তারুবদা লময়েন অদু পাথৎমনগ্রদুনা অফিং-অফাই ওইনা মমাঙদা লৈরম্বা ককচেং মহুম অমদা মথোঙ অদুনা থোৎলুরে। মকোন থুগাইবিরবা অদুদা মহুম মহুংদা লৈজরম্বা ককচেং নোংমৈথৌ ময়াম অদু শাউরে, মপান্দা লোইনমক চেস্থোরক্লে অমস্থং মমাঙদা লৈরম্বা, থেংনবা অফং অফংবা মথৈ চিকপা হৌরক্লে। ককচেং ময়াম অদুনা অঙাওবা লমওক অমদা ওমশিন্দুনা চিক্লুরে। ককচেংনা চিকপদু নামনগ্রদুনা লমওক অদু মফম মরাং থঙদনা কোয়চেন চেনবদা মমাঙদা হৌরম্বা লফূ পাম্বী অমা থৌরবা ময়া অদুনা হাইদংলুরে। লফূ পাম্বীদা ইংনা, তপ্না মহুম শাদুনা লৈজরম্বা শেকপি অমথক মফম থঙদনা লফূ পাম্বীদু তুরকপদা পাথক্তুনা পাইথোকখ্রে। মহাকস্থ ইঙাও ঙাওদুনা পাইথোক্লকপদা উমংদা চাদুনা লৈরম্বা শামু অমগী মনাতোন মহুংদা গ্রুং পাইশিল্লুরগা থোকফম থঙদনা মহুং অদুদা ফর ফর হাইদুনা মশানা, মথুজিন্না শামুগী মনাতোন মহুংগী লূনৌ অদুদা থোৎলুরে। শেকপিনা থোৎপদুদা নামনগ্রদুনা শামু অদু মফম

খঙদনা চেল্লকপদা লম্বীদা চৎলম্বী মশা ব্রাই শংদবী মুপী অমা নেৎথায়দুনা হাৎ- তোরে। মুপী অদুগী ইমুং-মচুং অদুনা মহাক্না পিরিবদু মরম থিরকপদা শামুনা হাৎপনি হায়বা খঙলবদা, শামুগী মনাক্তা লাক্লগা কন্সিগীদমক্তা হাৎলিবনো হায়না মরম হংলরে। শামুনা মনাতোন মক্দদা শেকপি পাইখিল্লক্ক্ুনা খোৎপদগী নামনগ্রদুনা চেনবদা শোয়খিবনি হায়রে। শেকপিদা অমুক হংলুবদা মহাক্কী মকোন শাজবা লফু পাম্বীদু তেক্কুনা তুরকপদা পাথৎতুনা পাইরকপদা শোয়দুনা শামুগী মনাতোন্দা চঙলুবনি হায়রে। লফু পাম্বীদা কন্সিগী তুরিবনো হংবদা লমওক অমনা ময়া অথৌবনা হাইদৎতুনা তুহনবনি থুগ্নে। লমওক অঙাওবদা হংলুবদা ককচেং নোংমৈথৌ ময়াম্না ওমশিন্দুনা চিকপদা তৌকম খঙদদুনা কোয়চেন চেনবদা লফু পাম্বীদু শোইদৎলুবনি হায়রে। ককচেংশিং অদুদা কন্সিগী লমওক্তা চিকলুরিবনো হংলুবদা লময়েন অমনা মথোয়গী মকোন অদু মখোঙনা খোৎতোকপিবদগী লৈফম লৈতদুনা ঙাওদুনা চেনবদা চিকলুবনি হায়রে। লময়েন্দা অমুক কন্সিগীদমক্তা ককচেংগী মকোন থুগাইবিক্লবি- বনো হংলুবদা উইহ অচৌবা অমা খঙহৌদনা মনঙদা তারকপদা খংদুনা চেনবদগী থোকখিবনি হায়রে, উইহ অদুদা অমুক কন্সিগীদমক্তা কেল্লক্কুনা য়েনগী মথক্তা তাক্লরিবনো হংবদা মুপা অমনা মফম খঙদনা উরি অমা থাঙনা য়াম্বৎতুনা ককথৎপদগী পানফম লৈতদুনা কেল্লকপনি হায়রে। উরিদা অমুক কন্সিগীদক্তা উইহৈবু কেলহনবনো হংবদা মুপা অদুনা থাঙনা য়ান্দুনা ককথৎপিবদগীনি হায়রে। মুপা অদু তুরেল মপান্দা লৈরম্বা থেংনরে, মঙোন্দা কন্সিগী মরাল লৈজদবা উরি অদু ককথৎপনো হংবদা ব্রাইখু অমনা মহাক্না থাঙ ফেঙলিদৈদো মনিংলোমদগী লোম্না চঙশিল্লগা মহাক্কী অথীফমদা চিক্লকপদগী নামনগ্রদুনা য়াম্বৎলুবনি হায়না থুগ্নে। মমৈথংদা, ব্রাইখু অদু থেংনদুনা ফারে, মঙোন্দা কন্সিগী মুপা অদুদা চিকলুরিবনো হংলুবদা মহাক্না তৌক্লরিবা মরাল অদু মহাক্কীনি হায়না য়াজরে। মসিগীদমক্তা মহাক্না হায়রকই, 'ঐনা ঈশিং মচুংদা হেক লৈরিবমথৈ ঈশিংগী মচু অসি ঙৌরুনহনগনি, ঐ ইশাস্থ ঙৌরুনগনি। অদুবু ঈশিংদা লৈতদুনা অরুম্বা, অশাবা ঈশিংদা ঐহাকপু থাদরবদি ঈশিংগী মচুস্থ ঙাংলৈনগনি। অসিগুম্বা ঐগী ঙাংলৈনবা চুই অসি অঙাং-মুবীশিংনা য়াম্না পাম্না, হাউনা চানগনি।'

## উহৈ পানবা উরি ককপা

থায়না মমাংঙৈদা খুল অমদা মচিন-মনাউ মুপা তরেৎথক লৈরম্মী। মখোয়না লৈরিবা খুল অদু অচৌ অচৌবা উ-রা য়াম্না হৌবা অরাংবা চী অমগী মথক্তা লৈরম্মী। মপা-মমাসু লৈত্রে, অদুনা মখোয় তরেৎনা পুন্না হোৎনদুনা থবক শুমিন্নদুনা হিংনবা হোৎনরম্মী। অদুবু মুপামচা ওাক্তনি মখোয় মশেল ইমুং-মঙ্গগী থবক-ইনথাং তৌবদা য়াম্না লৌতানরম্মী। চাক-ঈশিং থোংবদা মহাক্না থোংসঙ্, মহাক্না থোংসঙ্ শীং থিবদা, ঈশিং শোকপদা অমগা অমগা তক্তনা লৌতানদুনা ইমুং অদু য়াম্না রারম্মী। মতৌ অসুম্না মতম থরা লৈরগা মচিন-মনাউ তরেৎ অসিনা নোংমা মখোয় মখোয়গী মপাঙ্গল অদু চাংয়েংনসি কনানা কয়া য়াম্না কনবা কনানা শোনবা হায়বদু খঙদোক্লরসি হায়না লেপ্লরে।

অসুম থম্নবদগী ময়াম্বা অহল অদুনা হায়রকই, 'এখোয় ইচিন-ইনাউ তরেৎ লৈরিবসি পুম্নি অসিমা অসুম ইমুং অমত্তদা পুন্না লৈমিন্নবা য়ারোই। এখোয় খুদিংমক মতম মতমগী মতুংইন্না মুপী থিদুনা য়ুম-কৈ পান্নবা তৌরক্লগা ইমুং-মঙ্গ অমমম লিংনরক্কনি। অদুনা মতম চারিৈঙে অসিদা ঐখোয়গী পাঙ্গল যেংনরগা তোঙান তোঙানবা য়ুম অমমম লিংদুনা পান্নবা তৌনরসি।' ময়াম্বা অহলগী রা অসি তাবদা মনাউমুপা তরুক অদুসু য়ারে। মনাউশিং অদুনা য়াববদুদা ময়াম্বা অহলনা হায়রকই, 'ফরে, ফরে, নখোয় তরুকমকসু হায়নরিবা রাফম অসি য়ারবনিনা, হৌজিক্তি মতৌ করম্না ঐখোয় তরেৎকী পাঙ্গল অসি চাং য়েংনসি হায়বদু অমুক ঐহাক হায়রগে। নখোয় তরুকমক ঐনা হায়রিবসি য়ানিংলগা য়ানিংঙি, য়ানিংদ্রগা য়ানিংদে হায়বদু খুম্মু। ঐখোয়গী পাঙ্গল অসি চাং য়েংননবগীদমক উমংদা ঐখোয় তরেৎমক চৎলসি অদুগা মদুদা থেংনবা উরি অমা রাংনা অরাংবা উপাল অমগী মথক্তা য়াল্লগা ঐখোয় অমমম্না অমুক অমুক চোংথত্তুনা মতৎ অমমম ককসি। অসুম্না ককবা মতৎ অদু অমুক কৈগী মকোনগী চঙফমদা থম্নসি। অরাংবা উপালদা য়াল্লিবা উরি অদু ককপা ওমদবা অমদি উরি অদু ককবসু কৈগী মখোঙদা থম্বা ওমদবা মী অদুবু মশামক কৈগী মখোঙদা ঐখোয় ময়াম চঙদুনা ফারগা লংশিনসি।' মচিন-মনাউ পুম্নমক অদু ময়াম্বা অহলনা হায়রিবদু থম্নরে অমসুং মমৈথংদা মতৌ অদুগুম্না মখোয়গী মরাইবক অদু লেপ্লরসি হায়না য়ানরে।

লেপ্পরিবা য়াফম অসি পাঙথোক্নবা মখোয় তরেৎমক উমংগী মফমদা লাক্লে। অশূকপা মফম অমদা উরি অচৌবা. অশাংবা অমা লৈরম্বা থেংনরে। মতু মখোয়ময়াম চঙহনা অয়াংবা উজাউ অমগী মথক্তা কাথৎলগা য়াম্বৎলুরে। মখোয় তরেৎ অতু উ অতুগী মখাদা ফম্লগা ঙাইহাক পোত্থানরে। অতুগী মতুংদা ময়াম্বা অহল অতুনা অহানবা ওইনা হৌদোক্নুনা চোংথক্নুনা থাঙ অমনা উরি অতু মতৎ অমা কক্লে। কক্লিবা উরি মতৎ অতু মহাক্না পুত্নুনা মনাক নকপা অশূকপা উমং অতুগী মফম অমদা লৈবা কৈ অমগী মকোনগী চঙফমদা লংশিল্লুরে। ময়াম্বা অহল অসিদি চাংয়েং অসি পাঙথোকপা ঙমগ্রে, মহাক্কী থোইনা অশোয়-অঙাম য়াওখিদ্রে। অতৈ লেমহৌরিবা মনাউ মঙা অতুম্ম মথং মথং ওইনা চাংয়েং অতু মায়পাক্না পাঙথোকপা ঙমগ্রে। ইতোন তোনবা তরেৎশুবা মনাউ অতুদি অঙাংম্ম ওইরি, মপাঙ্গলম্ম শোল্লি। অতুবু মহাকম্ম ময়াম পুন্না য়ানগ্গবনিনা থাঙ অমা পায়রগা উরি অতু কক্নবা চোংথৎলুরে। অতুবু মরাইবক থীবনা, মহাক মশা শোনবনা উরি অতু ককপা ঙমদ্রে। য়ানখিবগী মতুংইন্না ময়াম্বা তরুক অতুনা মহাকপু চাংয়েং অতুদা শোয়রবনিনা ফাতুনা পুন্নগা কৈ অতুগী মকোল অতুগী চঙফম অতুদা লংশিনখি।

# চমদন য়ুথুং

খুল অমথক্তা চমদন হায়বা অমগা য়ুথুং কৌবা অমগা লৈরম্মী। মথোয় অনী অসি খুঙ্গং অদুদতা নত্তনা অনকপা অদুব্রাইদা লৈবা মফমশিংদা মথোঙ চাদবা অমদি ওক্তবা থবক কয়া তৌবগীদমক্তা মমিং চৎলম্মী। মথোয়না লৈবা খুঙ্গং অদুদা লৈবা মুখ্রাবী অমথন্না নোংমদি মথোগ অনীবু কৌরগা হায়রকই, 'ইবেনগী চমদন, য়ুথুং ইবেন্দি ইতোম্মতা ভায়রবনিনা ইতেং পাংবিনবা মীস্থ লৈতে, পাঙ্গলস্থ শোল্লে অদুনা অকনবা থবক-থনা অমতা নোমলিকপস্থ ভমগ্রে। নথোয় অনীদি নহানি, নপাঙ্গল নথৌনা ফৈ। অদুনা ইবেন্না য়োকচবা ওকশিং অসি মচিঙ্গাক পীজনবা খুদেং অমত্তা লৈজদ্রে। নথোয় অনীনা উগী খুদেং অচৌবা অমতা শাবিয়ু।' চমদন, য়ুথুং অনীনা হন্থবী অদুনা হায়রিবা অদু য়ারে, মদু শাবিবগীদমক শা-ভা য়াম্না পীজো, য়ুস্থ পেন্নবা পীথকউ হায়রে। হন্থবী অদুনা মহাক্কী লৈজবা পুথোক্ত্না পীজরে, য়ুস্থ পীথক্লে, মথোয় অনী পেলহন্নবা তৌরে।

হন্থবীগী লৈজবা অদু চাথোক-থক্তোক্লগা চমদনগা য়ুথুংগা খুদে শাগদৌরিবনি হায়দুনা তুরেল অমগী মপান্দা লাক্লে। তুরেল অদুগী মপান য়োরকপদা চাউব চাউরবা ব্রাইখু ময়াম তুরেল অদুগী নুং মরক্তুদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈরম্বা উরে। মথোয় অনীনা ব্রাইখুশিং অদু ফার ফারদুনা চাবা হৌরক্লে, অদুগা ব্রাইখুগী অথাবা, অপাকপা মকুশিং অদু খোমজিন্দুনা থম্লে। অস্থম তৌরিঙৈদা খুদেং শাবস্থ কাউরে, শানিংবস্থ পোকলুদ্রে। ব্রাইখুশিং অদু অঙম্বমথৈ ফাদুনা চারগা য়ুমদা হল্লকপা মতমদা মকুশিং অদু য়োমশিন্দুনা পুরক্লগা হন্থবী অদুগী মমুমগী য়েনখাদা পৈদুনা থম্বিরুরে, হন্থবী অদুনা মথোয় অনী হল্লকপা উরবদা যাম্না মথ্বাই য়াওনা মহাক্কী খুদেং অদু শাবিরক্লব্রা হংবদা শোয়দনা শাবিরক্লবনি হায়না ব্রাইখু মকুশিং অদু উহল্লে। হন্থবী অদু তৌফম খঙদনা তুমিন্না লৈখ্রে।

নোংমদি খুল অদুগী মনাক্তা লৈবা তুরেল অমগী মপান্দা খুল অদুগী অথঙ-অহৈ মাইবনা য়াইফ-থৌনিনবগীদমক য়েন, ওক্লচিংবা ইরাৎলম্মী। চমদনগা য়ুথুংগা অনীসিনা ইরাৎপগীদমক্তা থোংলিবশিং অদু য়াম্না চানিংলম্মী অমসুং চাবা ফংনবা মতাং অমা তৌরসি হায়না য়ানরে। চমদন্না হায়রকই, 'ঙসিগী থোংলিবা য়েনশা, ওকশাসি চাবা ফংনবা ঐহাক্না তুরেল অসিগী মথকথংবা ঈশিংগী শরক্তা লৈবা লাই

শারুগ, নঙসা মথাথংবা শরক্তা লৈবা লাই শারো। ইথানীমক লাইর লাই মাহনবা ইশাদি চুহিদা লুপলুম্নসি অতুগা লশিংদা অমুক ওন্নুরশি। অতুম তৌরবদি ঐথোয় অনীগী ইশা অসি অভোবা লশিংনা কুপশিন্দুনা মীনা লাই ওইরখোই নিংলশি। ঐনা মথক্লোমদগী কৌরকপদা নহাক থুন্নকউ, নঙনা মথালোমদগী কৌরকপদা ঐহাক মথক্লোমদগী থুন্নকে।' মখোয় অনীমক হায়নখিবা পুক্নমক অসি তৌরদুনা তুরেল মপান্দা ইরাংলিবা মকম অদুদা য়ৌরক্লুনা অমনা মথক্তা অমনা মথাদা চংল্লে। মাইবনা ইরাংপা লোইরদুনা থোং-থাকপা লোইরে, হৌনবী মতুংইন্না খুল অদুবু কোনবিরিবা লাইদা কংলকপা মতমদা চমদন অমসুং য়ুথুং অনীমক লাক্লুনা লোইনা চাথোকল্লে। মাইবা অদু পুমঙক ঙকল্লে, খুলগী অউবা মী পুন্নমকসু করিনো হায়কম খঙদনা চমন্নদুনা লৈহৌরে।

মতৌ অসুন্না চমদনগা য়ুথুংগা অনী অসিনা খুল অদুদা মঙং কয়াগী নমথাক তৌবা হৌরকই। নোংমদি মখোয় অনীনা খুল অদুগী ইখোল নিংথিনা কোইজবা ইমুং অমগী ইখোলদা মোরোক য়ান্না নিংথিনা পানবা উরদুনা মদু হুক্করসি হায়না য়ানরে। মখোয় অনীগী মরক্তা অমনা শল শারে, অমনা শল অদুগী মথক্তা তোংবা মী শারে। মখোয় অনীনা হায়নৈ, শল শাবা মী অদুনা মথুংনা মোরোক অমা ফাওবা হেকপা য়াদে, অদুগা শল মথক্তা তোংলিবা মী অদুনসু কুমথরক্লুনা লৈবাক্তা খোঙ্গুল তাহনবা য়াদে। হায়নরিবা ব্রাফমশিং অসি খঙনবদুনা মখোয় অনী অমনা শল শারগা অমনা মথক্তা তোংলদুনা ইখোল অদুদা চঙদুনা মোরোক পান্নিবদু শিং শিংপমথে হেক্তোক্লে। মতৌ অসুন্না মোরোক হেকখিবসি উবদা মপু অদু শাউ-নিংলে, অসিগুম্বা কাহেনবা থবকসি চমদনগা য়ুথুংগনা তৌরমগনি থল্লদুনা মহাক্না খুল অদুগী থৌরৈদা ব্রাকংলুরে। থৌরৈনা লৌরদুনা মখোয় অনীমক খুংলরবদা হংলকই, 'চমদন, য়ুথুং নখোয় অনীনা হুপা অসিগী ইখোলদা পাঙবা মোরোক লোইনমক হেক্তোকল্লে হায়না ব্রাকংলরে। অদুনা মীগী মপোং হুরান্নুবগীদমক নখোয় অনী ব্রাকোংবা তারে।' থৌরৈগী মব্রা অসি তাবদা চমদননা থুন্নকই, 'ঐহাক মহাক্কী মোরোক হুরান্দে, মহাক্কী মোরোক অদু ঐগী ইখুং অসিনা খিক্তা হেকপা ওইরবদি খুংশা তরা অসি কেনশহু।' য়ুথুংনা অমুক হায়রকই, 'ঐহাকসু মহাক্কী মোরোক হুরান্দে, মহাক্কী মোরোক অদু হেকপদা ঐগী ইথোঙ অসি খিক্তা হেক য়াওব্রবদি থোঙশা তন্না অসি কেনশহু।' মতৌ অসুম তৌদুনা মখোয় অনীনা য়ান্না হৈশিংনা লৌশিং তৌদুনা পাউখুম হৈনা খুমদগী হুরান্নুবসু নানথোকখি।

অতোপ্পা হুমিং অমদনা মখোয়না খুল অদুগী ইমুং অমদগী মাইরেল অন্নিবা অমা হুরাল্লে, অতোপ্পা য়ুম অমদগী য়েন অমসু হুরাল্লে। পুন্নগা খুল অদুগী তুরেল

মপান্দা মাইরেল অগ্নিবতুগা য়েন অদুগা চফু অমদা থোংলে। থোংবা লোইদ্রিভৈদা মুনব্রা য়েংনবা চফু অদুদগী মাইয়েলগা য়েনগদু কোৎ কোৎতুনা মহাউ তংবা হৌরক্লে। মথোয় অনী চঙতুনা অস্তম কোৎলকপদুদা চফু অদু মনিংদা হোদোকপ্লে। মমৈথংদা মথোয় অনী চফু অদু হোহনবগীদমক অমনা অমদা তাইশিন্নতুনা য়াম্না শাউনরে, খুৎ থোক্লা ফুনরে। ফুমিৎ অসিদগী হৌরতুনা চমদনগা য়ুথুংগা তিন্নবা কায়নখি অময়ুং খুল অদুদা মথোং চাদবা থবক তৌবস্ত লেপখি।

## শলাই অরেং পোক্লকপা

থায়না মমাংঙৈদা খুল অমদা মচিন-মনাউ হুপা অরেংকা মচনহুপী ইতোন তোমবী অমগা লৈরম্মী। চৌংগী খুলদা লৈবগী মহৌশা মখোয় পুন্নমক কুমগী মতম ওইরকপগী মতুংইন্না পাম য়ানবা চংলম্মী। পাম য়ানবা চংপদা মখোয়গী অহল ওইরবা মপা অতনা লুচিংলতনা মচিন-মনাউ অরেং অসিগা মচনহুপী অতোমবী অসিগা পুন্না চংলম্মী। মরাইবক থীবদগী মতোম্মতা য়াওজবী মচনহুপী অতোমবী অসি পাম য়ানবা চংপতদা লাইরেল অমা খোরক্লনা য়েত্তনা চাখোকন্নে। মতোম্মতা পোকচবী মচাহুপী অতু লাইরেন্না চাখোকখিবতদা মপা অতু মখাই য়াম্না হুংডাইজ্রে অমসুং মবু অরেং অতুস্ম মপাগা চপ মান্ননা মখাই হুংডাইজ্রে। মপা-মচা মখোয় পুন্না ফম্মিন্নতনা লাইরেল অতুবু হাৎনবা হোৎনরসি হায়না য়া তান্নরে।

মখোযনা লেপ্নখিবগী মতুংইন্না লাইরেল অতু কোইথি থিবা হৌরক্লে। মফম কয়ামুক্তা চংলুরবা মতুংদা মমৈথংদা অঙম্বা চৌংগী লোকচপ অমদা লাইরেল অতুগী মখূল অতু লৈরম্বা থেংনরুরে। মখোয়না অসুম থীবদা লাইরেল অতুগী মখূল অতু মনীং নিপান ওরে। মপাগা থানা মখোয় নিপান ওবনিনা মখূল অমমমগী মপাদা মখোয় অমমম মখূত্তা পাযবা হৌনবা থৃংলাই পায়রগা লাইরেল অতু খোরকপা ঙাইতনা লেপতনা মিকুপ-নাহুম শিংনা লৈরে। মপা অতনা মচাহুপা ইতোন তোনবা অরেংওবা অতুদা মহাক্তি অঙাংস্ম ওইরি, মপাঙ্গলস্ম পংকন কনবা মী নত্তে হায়তনা মিগী মিরাংনা কুপশিন্নবা লাইরেল মখুন অমগী মপাদা লেপ্তনা লৈহন্নমী। মিরাং থুরবা মখূল অসিদা লাইরেল অতু খোরক্লরোই অতনা মচাহুপা অতোম্বা অতু খোইনা শোকপনবা তৌররোই হায়না থন্দুনা মপানা মহাকপু মফম অতুদা লেপহনবনি।

অতুম ওইনমক লাইরেল অতু অতৈ মখূলশিং অতুদগী খোরক্তনা মচাহুপা অতোম্বা অতনা লেপ্তুনা ঙাইহিবা মিরাং থুরবা মখূল অতুদগী তপ্না ইথও থওহৌদনা খোরক্লে। ইতোন তোনবা মচাহুপা অতনা মহাক্না লেপ্লিবা মখূল অতুদগী খোরক্লবনিনা মখুত্তা পায়রিবা থৃংলাই অতনা লাইরেল অতুবু হাক্তোক্লে। ইথা থাজদনা মপাঙ্গল, মখৌনা শোক্লি হায়না নীংলুবা অতোম্বা মচাহুপা অতনা লাইরেল অতুবু হাৎপতদা মপা অতু মখাই য়াম্না হুংডাইরে, মপা অতনা মতোম্মতা য়াওজবী মচাহুপী অতোমবী অত হাৎখিবগী লমন থুম্নে হায়বগী অপেনবা অমসু পোকলে।

মপা মচা মখোয় নিপান চঙনা অশিবা লাইরেল অদু পুরদুনা লম্বী লমশাং অদুনা লাইরেন অদু মখোয় নিপান চঙনা হাৎপনি হায়না হন্না হন্না লাউৱ লাউৱদুনা মখোয়গী মমুম তাম্না হল্লক্লে। মখোয়না অশুম লাকপদগী মমৈথংদা মখোয়গী থুল অদুগী পন্থোং অদু য়োরে। মফম অসি য়োরক্লবদা মপা অদুনা ঙসাইমথৈ লাইরেল অদু মখোয় নিপান চঙনা হাৎলকপনি হায়না লাউবদুগী মহুক্তা লাইরেল অদু মচাতুপা ইতোন তোনবদুনা মতোম্মতনা হাৎপনি হায়না হায়না লাউরক্লে। মতৌ অসুম্না মপানা লাউরকপা তাবা অমতং মপা অদুনা মখোযবু থণ্ডইবিদ্রে, ইতোন তোনবা মচাতুপা অদুতবুনা হেন্না লুনা নিংথ্রে হায়বসি উরবদা অতৈ ময়াম্বা তরুক অদু মখ্বাই চংঙাইত্রে, পেল্লে অমতং তুমিং অদুদগী হৌরদুনা মখোয় তরুকমক থুল অদুদা মপাগা মনাউ অতোম্বদুগা থনম্নগা মানা মানা ঙমজবা, পামজবা মফম য়েংদুনা পুন্সি হিংনবা লেম্নুনবা মফম অদু থাদোক্লুনা চৎখি। মখোয়না মতৌ অসুম্না থাদোক্লুনা চৎখিবসিদগী শলাই তরেৎ পোকপা হৌখি।

## উচেক লাংমৈদোং

থায়না-মমাংবৈদা খুঙ্গং অমথক্তা তুপামচা অমথক লৈরম্মী। তুপামচা অসি মরাইবক থীবদগী মহাকপু পোকপী মমা অদু শিখিদুনা মমা অতোম্বীনা য়োক্লম্মী। মহৌশানা মমা অতোম্বীনা মহাক্না পোকপা নত্তবা মচাবু তাথি-তাওইবা অমত্তং থীনা তৌবসি থুাইনা থঙনরকই। মতৌ অশুন্না পোক্তবা মমা অতোম্বীনা য়োকপা তুপামচা অসিবুস্থ তুপী অসি থীনা থীনা তৌবি। পুংকক চাউরক্লবা মতমদা চীংগী পামদা তুপামচা অসিবু উচেক ঙাক্লুচো হায়দুনা অযাম্বা মতমদা চংহল্লি। তুপামচা অসিনা পামদা উচেক ঙাকপা চংপদা খুল অদুগী লৈশাবী মহাকা থংমু-নাউমু ওইবা অনীথকস্থ লাক্তুনা হেক হেক পাংবিরে। লৈশাবী অনী অসিনা মথোয় মথোয়গী ময়ুমদগী পাম অদুদা চাননবা মমা মমানা য়েঙ্খিরকপা চয়োম পুদুনা লাকই। মথোয় অনীগী চয়োম অদুদা অহাউ অহাউবা য়েঙ্খাং মথেল অমত্তং অতৈ অতৈ চানননবা পোৎ-চৈ কয়াস্থ য়াওরকই। মথোয় অনীনা পুরক্লিবা চয়োম অদু থোক্তুনা তুপামচা অদুগী চয়োম অদুদা য়াওরিবশিং অদুগা য়েন্নদুনা পুন্না চামিন্নসি হায়না মথোয় অনীনা তত্তনা হায়। অদুবু তুপামচা অসিনা মহাক্কী মমা অতোম্বীনা পীরকপা মহাক্কী চয়োম অদু হাংদোক্তুনা লৈশাবী অনী অদুগা অমুক্তা চামিন্নসি হায়বা য়ারমদে। মহাক্কী চয়োম অদুদা মমা পোক্তবীনা পুকয়ুগা মহুত্তা চেঙ চাম্বগী মচুম চেংহী অদুগা উচি মথীনা পুংমু মুরবা চেঙনা থোংবা চাক্ হাঙ্কিরকপনা মহাক মী অতৈগী মমাঙদা হাংদোক্তুনা, পুথোক্তুনা চামিন্নবা ইকাইজবরম্মী। অদুবু হিংদবদি য়াদবনিনা মমা পোক্তবীনা হাপ্লকপা চেংহী অদুনা পুকয়ু ওইনা থক্তুনা, উচি মথিনা পুংমু মুরবা চাক্ অদু মখুৎনা হুক্তুনা চাবগী মহুত্তা শাবৌ মতু অমনা অঙৌবা চাকশিং অদু থিন থিন্দুনা থল্লগা চাদুনা মহাক রানা মতম লেল্লম্মী। মহাক্কী অরাবা মতৌ অসি উবদা লৈশাবী অনীদু য়াম্না তুংঙাইত্রে অদুবু তুপামচা অসিনা ময়াম্রবদা মথোয় অনীস্থ তৌফম থঙদনা লৈরে।

নোংমগী তুমিত্তা পাম অদুদা মথোয় অহুম উচেক ঙাকমিন্নবদগী রারী-রাতাই কয়া শান্নরুবা মতুংদা তুপামচা অসিনা লৈশাবী অনীদু য়েংলগা হায়রকই, ‘নথোয় অনীনা ঐগীদমক্তা য়াম্না রাবিবা অসিগীদমক কন্নিনা লমন শিংগদগে থঙত্রে। অদুব

নখোয়না মুংশিবিরবদি ঐনা নখোয় অনীদা বা অমতং হায়জগে হায়না থল্লি, ঐগী বা অসি য়াবিগনি হায়না হান্না বাশকপিরবদি ঐহাক হায়জগে।'

লৈশাবী অনীডনা খুম্নকই, 'নঙগী অৱাবদা মতেং ওইবা য়াবা বাবু ওইরবদি নঙনা হায়বা পুম্নমক ঐখোয় য়াগনি। মতুগীদমক ঐখোয় বাশক্লবনি।'

বাশক্লবা মতুংদা হুপামচা অসিনা অতু ওইরবদি ফরে, মখোয় অনীনা খুলগী হৱাও-কুম্মৈ মতমদা শেংপা ফনেক অতু অমমম মঙোন্দা পীব্রো হায়রে। লৈশাবী অনী অসিনা ফনেক অতুনা করি তৌনগদৌরিবনো হায়বা খোইনা খল্লুদনা ময়ুম ময়ুমদগী মখোয়না শেংনদনা থমজবা অহনবা ফনেক অমমম পুরক্লুনা হুপামচা অতুদা পীরে। ফনেক অনী অতু ফংলবা মতুংদা হুপামচা অতুনা ফনেক অমমম্না মশা অমমম ওইহন্দুনা ফনেকশিং অতু উচেক মশাগুম শেম্লে। শেম্লিবা মশা অনী অতুগী মতেংনা মহাক্লা হুমিৎ খুদিংগী পাম অতুদা লাক্লগা পাইবা তল্লে। মহাক্লা শেমজরিবা মশা অনী অদিগী মতেংনা মহাক পাইতুনা চংখ্রগে হায়না নীংলে। নোংমগী হুমিত্তা মহাক্লা লৈশাবী অনী অতুদা হায়রকই, 'নখোয় অনীনা তেংবাংবিবদগী ঐহাক্কী হৌজিক্তি পাইনবা ইশা অনীথকস্ন লৈজরে। অতুবু ঐনা হয়েং খুল অসি থাদোক্লুনা চংখ্রবা মতুংদা খুলগী কনাগুম্বগী লুহোংবা মতমদা য়ুঙৌ শুবা মতমদা নখোয় অনীবু মশক খঙনবা নখোয় অনীমক মতোল কায়বা শূক পায়রগা শুকো। ঐনা নোং-দোনথক্তগী য়েংথরকপদা নখোয় অনীবু উরগা নখোয়গী শূক মতোন্দা লাক্লুনা পোথারগে।' মসি হায়রল্লগা হুপামচা অসি মশা অনীতু পানশিল্লরগা বাংনা নোং-দোনথক্তা উচেক লাংমৈদোং ওন্দুনা পাইখ্রে।

খুল অতুগী লুহোংবা অমা থোক্লে। হৌনবী মতুংইন্না লৈশাবী ময়াম থোক্লুনা য়ুঙৌ শুবা হৌরে। হুপামচা অতুগা হান্নানা মশক খঙনখিবী লৈশাবী অনী অতুদি মহাক্লা পাই-রমদাইদা হায়রম্বা মতুংইন্না মতোন কায়বা শূক অমমম পায়দুনা শুবা য়াওরে। মতম অসিদা হুপামচা অতুনা ওনখিবা উচেক লাংমৈদোং অতু মপা অতুদা পাইরক্লমী; উচেক অতুবু উবদা মী খুদিংমক উচেক লাংমৈদোং পাইরক্লে, উচেক লাংমৈদোং পাইরক্লে হায়তুনা কোইরাং লাঙনৈ। উচেক লাংমৈদোং অতু তপ্পা পাইথরক্লুনা লৈশাবী অনী অতুনা পায়-রিবা শূক অকায়বা অতুগী মপাদা মহাক্কী ফজরবা মতু অনীথক খিকথরক্লুনা শূক অতুদা তাররে। লৈশাবী অনী অতুনা মতু অতু খুক্লিন্দুনা থল্লে। মসি উবদা মমা পোক্তবী অতুসু উচেক লাংমৈদোংগী ফজবা মতু অতু পামতুনা মঙোন্দসু অমত্তা পীবিয়ু, মাগীসু অমত্তা খিক্থবিরকউ হায়রুরে। মতু তাবদা উচেক লাংমৈদোংনা ময়া লাওনা কাথোক্লুনা ঙাইরো হায়রক্লে। মমা পোক্তবী অতুনা থাজতুনা ময়া লাওনা কাথোক্লুনা ঙাইবদা মতুগী মহুত্তা উচেক লাংমৈদোংগী মথী ফায়জিল্লক্লুনা মহাক্কী ময়া মহুংদা তাখি।

# লৈশেম্বগী রাম্নী

থায়না মমাংঙৈদা লাইনিংথৌনা মালেম লৈপাক অসি শেম্বা লোইরগা মহাক্না শেম্লিবা শা-উচেক, তিল-কাঙ পুম্নমক কৌশিল্লগা হায়রকই, 'য়েংঙু, থরাই পানবা নখোয় পুম্নমক, হৌজিক্তি ঐনা লৈশেম্বা অসি লোইরে, হুংঙাইরে। অদুবু অমুক হুংথিলগী মওং অসি মতৌ করম্না শীনসিগে? নখোয়না অপাম্বা হায়রো।' লাইনিংথৌগী রা অসি তারগা ময়াম পুম্নমক অদু খুৎফম থঙদদুনা তুমিন্না লৈরে। ঙাইহাক খল্লগা ময়াম অদুগী মরক্তগী অহন শারদুনা কফু হায়বা উচেক অদুনা রা অমগী মথক্তা তোংলগা হায়রকই, 'লাইনিংথৌস্ন তাবিয়ু ইচিন-ইনাউশিংবু তাবিয়ু, অমুক হুংথিলগী মওং অসি ঐনা পামজবদি চহী অমনা ঙালহনবা, চহী অমনা মমহনবসি পামজৈ।'

কফুগী রা অসি জিংলেন কৌবা উচেক্না য়ানিংলমদে। মরম অদুনা জিংলেননা হায়রকই, 'লাইনিংথৌস্ন ময়াম পুম্নমকস্ন তাবিয়ু, ময়াম্না মসিনা ফৈ তৌসি হায়বদু হেক মতৌসি। অদুবু ঐদি অমুক হুংথিলগী মওং অসি হেক্তা ঙান হেক্তা মম তৌহনবসিনা হেন্না ফগদ্রা হায়না খল্লৈ।' জিংলেনগী মরা অসি তাবদা য়েনবানা য়ানিংলে অমসুং মদুম তৌবনা হেন্না ফরগনি হায়না রাপাঙলে। জিংলেন্না হৌদোরকপা রা অসি শা-উচেক অতৈ পুম্নমক অদুস্ন য়ারে। মহাক্কী মরা অদু থওইনা তৌবিদ্রবদুদা কফুদু মথাই হুংঙাইত্রে, ইকস্ন ইকাইরে অদুনা লৈখুন চঙদুনা লোৎম্রে। কফুগী মতৌ অসি উবদা তিল্লম্লিবা শা-উচেক, তিল-কাঙ পুম্নমক অদুনা হুমিৎকী মঙাল হেক ফংবগা শিরসন্ন হায়না শাপ তৌথি অমসুং ঙসি ফাওবদা মরম অসিদগী কফু অসি লৈখুন্দগী থোরক্তুনা হুমিৎকী মঙান্দা চৎপদা কুইনা হিংবা ঙমদদুনা হেক হেক শিরিবা অসিনি। জিংলেন্না হৌদোরকপা রাদু ফৈ হায়না রাপাঙবগীদমক য়েনবাবু নোংঙানবগী মপু ওইহন্দুনা মহাক্না খোংলগা নোং হেক হেক ঙাল্লিবসিনি।

নোংমদি, নোংঙানবা তাক্লবা য়েনবানা খোংত্রিদ্রৈদা শেকপী অমথক্না চাপ চাপ হায়না মখোল থোক্তুনা খোংলুরে। শেকপী খোংবগী মখোল অসি তাবদা খৈরোই অমনা নোং ঙাল্লমাল্লে হায়না হৌগৎতুনা উথক্তা কারগা পাল্লম্বা হৈজুগা থরা হেকলুরে। খৈরোই অদুনা মল্লি মল্লি তৌবা মরক্তুদা উবোই উদংবোই তৌদুনা হৈজুগা হেকপদুদা হৈজুগা অমথক্তি কেনথিদুনা উপাল অদুগী মথাদা পোৎথারম্বা রায়খু অমগী মথক্তা তাক্লরে। হৈজুগাগী মক্রক মক্রক লাউবা অকনবা মপানগী মকুদুনা উথক্তগী

তাৱক্লনা খাবদুদা ৱায়খু অদুগী মকু অদু কায়রে। মকু কায়রবদুদা নামনগ্রদুনা ডাউফিং ডাউফিং মফম-মরাং খঙদনা কোয়চৎ চৎলকপদা ককচেং মহুম অমা থুগাইরে। অমম্বা অদুদা মফম-মরাং খঙদনা মহুম থুগাইবিরকপদুদা ককেচং ময়াম অদু লৈফম খঙদদুনা শাউনা মাইকৈ শীন্না কোয়চৎ চৎলক্লে। করিস্থ থওইদনা মকোন্দা মুংঙাইনা তুমদুনা লৈজরিবা লমওক অমথক্তা ককচেং ময়াম অদু ওমশিন্দুনা পংচিক চিক্লরে। ককচেং ময়াম অদুনা মথোঙ খঙদনা পংচিক্লা চিকপদুদা হাক্কচবোই নাবোই তৌরদুনা লমওক অদু মিকপ থংথোক থোকতুনা মশা অদু খোংল খোংলদুনা কোয়চেন চেল্লক্লে।

লমওক অদুনা খোংল খোংলদুনা কোয়চেন চেল্লকপদা লফূ মরক্তা চেনশিল্লরে অমসুং লফূ পাম্বীশিং অদু ময়ানা হাইদংলক্লে। লফূ পাম্বীদা মকোন শারম্বা কোংহার হায়বা উচেক মচা অমা পাথংমনগ্রদুনা মথ্বাই হিংনবা পাইথোরকপদা মফম খঙদনা শামু অমগী মনাতোন মঙ্গুংদা পাইশিল্লরে। শামু অদুগী মনাতোনগী লুনৌ অদুদা কোংহারগী থ্বজিন্দুনা পংহোং হোংপদুদা শামু অদু নামনগ্রদুনা কোয়চেন চেল্লকপদা নেংথায়দুনা মী অমা শিরে। মমৈথংদা শামু অদু মী হাংপগী ফারে অমসুং ৱায়েন চৈরাক পীনবা থবক পায়থংলক্লে।

ৱায়েনগী মতম লাক্লবদা শামুদুদা হংই, 'শামু, করিগীনো নঙনা মরাল লৈতবা মীবু নেংথায়দুনা হাংলিবদি?'

শামুনা খুম্মী, 'ঐহাক ইরাল লৈতে; ঐগী নাতোন মঙ্গুংদা কোংহার অমা চঙখিদুনা নাতোনগী লুনৌদা মথুক্তিন্না পংখোক্তা খোংপদুদা নামনগ্রদুনা তৌফম খঙদনা কোয়চেন চেনবদা মী অদু নেংথায়রুবনি।' কোংহারদুদা হংঙি 'হায়, কোংহারমচা, নঙ করিস্থ তৌজদবা শামুগী মনাতোন মঙ্গুংদা করিগীদমক পায়শিল্লই?' কোংহারনা তপ্না খুম্মী, 'ঐগীচ্চ ইরাল লৈতে, লমওক অমনা লফূ মরক্তা শাজবা ঐগী ইহুম অদু খঙহৌদনা থুগাইবিবদগী পাথংমনগ্রদুনা পাইথোকপদা শোয়দুনা শামুগী মনাতোন মঙ্গং চঙলুবনি।'

লমওক্তা করিগীদমক্তা কোংহারগী মহুম থুগাইরুই হংবদা মহাক্না খুম্লকই, 'ঐহাক কোংহারগী ময়ুম থুগাইরুই, চুম্মী। অদুবু, কদায়দগীনো মফম খঙদনা লাকপা ককচেং ময়াম্না ঐঙোন্দা ওমদুনা চিকপদুদা নাবোই-হাক্কচবোই তৌমনগ্রদুনা তৌফম খঙদদুনা ঐহাক লফূ মরক চঙদুনা লফূ পাম্বীদা ইশাসি তকল্লুবদগী কোংহার মকোল অদু কায়থিবনি।'

ককচেংশিংদা করিগী মরম লৈতনা লমওক্তা চিকলুরিবনো হংবদা মথোয়না খুম্মী, 'চুম্মী ঐথোয় ময়াম চঙদুনা লমওক্তা পংচিক চিকলুরে। অমম্বা অহিংদা

ব্রায়খু অমনা ঐখোয়গী ইয়ুম অদু থুগাইবিবদগী লৈফম লৈতত্তুনা ঐখোয় ময়াম লমওক্কী মকোন্দা চঙলুবনি, মতুদা মহাকপু থেংনত্তুনা চিকলুবনি।'

ব্রায়খুদা হংই, 'আয়, ব্রায়খু নঙদি করিগী মীগী মহুম থুগাইকরি?' ব্রায়খুনা খুম্মী, 'ঐনা উখাদা পোথারিডৈদা উথক্তুগী হৈজুগা অমা ঐগী ইথক্তা তারক্কুনা ইশাগী ইকু অসি থুগাইবিবদগী নামনত্তুনা কোয়চেন চেনবদা ঐহাক খঙদত্তুনা ককচেংগী মহুমদা চঙলুবনি।

'হৈজুগা নঙদি করিগী ব্রায়খুগী মথক্তা তাশিল্লুরি?' হায়না হংবদা হৈজুগানা খুম্লকই, 'ঐনা কেনগে হায়না উথক্তুগী কেনবা নত্তে, খৈরোই মচা অমনা ফং কাথংলকতুনা ঐনা পাল্লিবা মশা অদুদা নোম্লকপদগী কেল্লুবনি।'

খৈরোইদা হংলুবদা মহাক্না খুম্লকই, 'শেকপীনা চাপ চাপ হায়না খোংলকপত্তুদা নোং ভাল্লবোই খন্দুনা হৌগৎতুনা হৈজুগা হেকলুবনি। নোংদি ভাল্লমদবদগী অমম্বা মরকতুদা উদত্তুনা হৈজুগা অদু তাথোকখিবনি।'

শেকপীদা ওনশিন্দুনা হংই, 'হায়, শেকপী, নঙনা নোংম্ভু ভাল্লিডৈনা নঙগী নশিনম্ভু নত্তনা করিগী খোংলুরি?'

শেকপী অদু পাউখুম পীবা ঙমদ্রে। মতুগী মহুত্তা চাপ চাপ হায়না মখোল খোকতুনা খোংতুনা লৈরে। মাঙ-তাক্লিবা পূম্নমক অসি শেকপীনা খোকহনবনি হায়না মরাল শীরত্তুনা ময়াম পূম্নমক্না মহাক মরাল লৈরে, ব্রাকোংহল্লো হায়না মখোঙ নামা থুদেকতুনা মশাদগী লোথোকপীরে।

শেকপীগী মখোঙ নামসি কনানা চাগনি হায়না ময়াম্না হংনরকই। অম্নুম খন্নবদা খরা অমনা হায়রকই, 'কৈজাউনা খ্বাইদগী মপাঙ্গল কনবনিনা শেকপীগী মখোঙ অসি মহাক্না চাফম থোকই।'

কৈজাউদা শেকপী মখোঙ অদু চারো হায়না পীরবদা মহাক্না খুম্মী, 'ময়াম্না ঐবু হুংশিবিবগীদমক হুংঙাইজরে। অদুবু পাঙ্গল কল্লবম্ভ ঐবুদি তাইবংমীনা ঙম্মী, অতুনা তাইবংমীনা চাফম থোকই, মঙোন্দা পীসি।'

তাইবংমীদা চারো হায়না পীরুবদা খুম্লকই, 'চুম্মী ঐহাক ইরৌশিং লৈ য়াই, অদুবু হুমিৎনা ঐবুদি ঙম্মী।'

হুমিত্তা পীরুবদা হুমিৎনা মহাকপুদি লৈচিম্না ইরাই লাইনা ঙম্মী অতুনা লৈচিন্দা পীজরসি হায়রক্লে।

লৈচিন্দা হায়রুবদা নুংজাউনা মহাকপু লাইনা ঙম্মী অতুনা নুংজাউনা চাফম থোক্লে হায়রক্লে।

নুংজাউদা অমুক হায়রুবদা মহাক্না খুম্নকই, 'চুম্মী ময়াম্না হায়বিরিবসি। অদুবু নুংজাউ ঐবুদি চেনবা হায়বা উচেক অদুনা ওম্মী। মহাক্না কারবসু কুমলবসু ঐগী ইথক্না অমাং-অশোই হেক হেক তৌশিনবা ওম্মী। অদুনা মঙোন্দা পীজরসি।' চেনবদা মহাক চাজরো হায়না পীরুবদা খুমলকই, 'চুম্মী, ঐহাক অসি য়াম্না অহল ওইরবনি, ওম্বসু ঐনা ইওম ওম্বনি, অদুবু ঐগী ইথক্না মালুমচিকুই হায়বা উচেক অদুমদি নৈরি। অদুনা শেকপী মখোঙ অসি ইথক্কী অহল মালুমচিকুইদা পীজবনা চুমগনি খল্লি ঐদি।'

মালুমচিকুইদা হংলুবদা খুমলকই, চুম্মী 'ময়াম্না খ্বাইদগী অহন্নি হায়না খুদোল অসি পীরিবসি য়াম্না নুংঙাইরে। ঐহান্না খ্বাইদগী অহন্নি হায়বসি থাজদ্রগা নখোয় ময়াম ঐগী ইহুম অসি য়েংঙ্লাউ।' মসি হায়দুনা মালুমচিকুইনা ময়াম অদুবু মহাক্কী মহুম অদু য়েংহন্নবা পুরক্লে। মালুমচিকুইগী মহুম অদুদা তাইবংমীগী শম, কৈজাউগী মতু, শা-ঙা, উচেক-বায়া কয়াগী মতু য়াওরমলে। ময়াম অসি উবদগী লাক্লিবা ময়াম পুম্নমক অদু মালুমচিকুইনা খ্বাইদগী অহন্নি হায়বসি য়ানরে অমসুং মঙোন্দা শেকপী মখোঙ পীজরে। শেকপী অদুদি মখোঙ নামা য়াওদনা ময়ুমদা হনপ্লে অমসুং মসিদগী হৌনা হৌজিক ফাওবা শেকপীনা উথক্কগী য়ানবা মতমদা মখোঙ নামতনা য়াল্লিবসিনি।

## হুইনা মপু নীংবা

মতম অমগী য়ারীনি। পাখং অমথক্না লৈশাবী অমা চহী অহুম চুপ্পা অসুম কোয়রম্মী। নোংমতস্থ লৈশাবী অতুনা পাখং অতুদা করিগুম্বা য়া অমত্তা হায়রমদে। চহী অহুম শুজিল্লক্লবা অতুদদি নোংমদি লৈশাবীতুনা পাখংদা হায়রকই, 'তাদ নঙনা ঐবু কোয়রকপসি চহী ৩ লোম শুরে, ফরে নঙগী সেবাসি তৌরগে, ঐখোয় অনী লৌন-লৈনরবা মতুংদা করিগুম্বা ঐনা শিবা থোক্লবা ঐগী হকচাংসি যমুনা কৌবা তুরেল্দা থাদবিয়ু অতুগা নহাক্না শিবা থোক্লে ঐনা যমুনাদা থাদগনি' অসি হায়দুনা য়াশক্লরে। য়ানরদুনা মখোয় অনী লৌন-লৈনরে। মতম থরা লৈরগা অসুম থোকউ হায়দুনা হুপীদু শিরে। হুপাদুনা খল্লি, 'মাগা ঐগা হায়নথিবনি এনা জবান্দি শোয়ররোই' হায়দুনা শিরবা মাগী হুপীবু মনঙলদা পোরদুনা থা ৬ কী লম্বীদা চাদ-থক্তনা, অহিং-নুংথিল থায়দনা অশিবা হকচাংদু অসুম পুদুনা লাকই। মাগী হুই লাবা অমা লৈ। হুই অদুস্থ মপুগী মতুংদা চাদ-থক্তনা অসুম ইল্লম্মী। মতমদুদা হুইদুনা খল্লকই, 'ওম্থোকপনিদা পঙ্গ্রবা হুপা অমদা ঐগী ইপু ওইরুইদা, চপ মান্নরবা যমুনানি, লৈরিবা তুরেল অসিদা হেক থাদরগা লোয়রবদা থা ৬ পু চৎকনি হায়বসি অরাবনি।' লৈকায় কনানস্থ চাক্ পীজররোই থন্না থন্না মতুং অদুম ইল্লি।

যমুনা তুরেল য়োরে। শিরবা মাগী হুপীদু মনঙ্গদগী লৌথরগা যমুনাদা থাদরে। হুপানা খল্লি, 'ঐনা লৌরম্বা হুপীনা যমুনাদা তাউদুনা লৈহৌরগা ঐনা অমুক য়ুমদা কররম্না হনগনি; হল্লরোই ঐস্ত শিরগে।' হুইসিনা অমুক খল্লকই, 'কয়াদা পঙ্গ্রবা ইপুনো? হায়নখিবগী মতুংইন্না যমুনাদা থাদবিরে। অদুবু ঐখোয় অনী হনসি হায়দনা শিনি হাগদুনা ঈশিংদা কুমগগ্রে। ঐস্থ শিবা তারে' খল্লদুনা হুইসি মতোমতা কপ্লম্মী। যমনা মাগী দৃত থারক্তুনা হায়রিবা হুপা অদুদা পাউ হংলুচো হায়দুনা দৃত অমা লাকই। দৃতনা হায়রকই 'হায়, কররম্বা হুপানো নঙবো? নঙগা মাগা হায়নবা থবক পাঙথোক্লে নয়ুমদা হল্লো। মাগী মতম লোইরদুনা শিরবা হুপীসিগী মতুং ইন্দুনা শিনি হায়বসে নঙ শিবা লায়রি নঙগী হুইসিস্থ হৌজিক শিবা তারি শিবা য়াদে।' অসি হায়রবা ফাওবদা হুপাদুনা শিনি হায়রি। হুপাদুনা যাদ্রবদা যম লাক্তুনা হাযরে, 'হুপা নঙগী অপাম্বা করিনো?' হুপাদুনা খুন্নকই, ঐগী শিরবা হুপীবু হিঙ্গৎহনবা পাম্মী।' যমনা ক্লপা পীদুনা শিরবা হুপীদু হিঙ্গৎহনগ্রে।

তুম্লবদগী হৌগৎলকপগুম লৈরম্লিবা মফমদু উরবদা হায়রকই, 'করিনো তৌরম্লিবা লমসিবু ?' মুপানা খুম্মী, 'নঙ শিরুরবনি, হায়নখিবগী মতুংইম্না থা ৬ কী লমদা চাদ-থক্তনা নঙগী শিরবা হকচাংবু পোতুনা পুররক্লগা থমনা তুরেনসিদা থাদরে। নঙনা ঈশিংদা তাউতুনা লৈরবদা ঐনা মুংঙাইততুনা ঐস্ম মফমসিদা শিরগে হোৎ-নবদা যম কৌবা লাইনা উরতুনা নঙবু অমুক হিঙ্গৎহনবিরে। অতুনা হৌজিক্তি ঐখোয় অহুম য়ুমদা হল্লসি' হায়তুনা অমুক লাক্লে।

অস্মম লাকপনা তুরেল অমগী মপান্দা থুংলম্মী। তোৰ্ব্বান্দা অচৌবা খোংনাং পাম্বী অমা হৌরম্মী। মতুগী মখোঙদা ঙাইহাক পোথাবা পামতুনা মুপাতুনা হায়রকই, 'থা তরুক তুমলক-চারক্তবগী, লমশাং লাকপদা ইশাশি য়াম্না ৱারে, অতুনা ঙাইহাক্তা তুমতুনা পোথাখিসি।' মুপাতু অশিবগী পান্দমগুম নাখোক্তুনা তুমখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা তুরেন্দা হিদিঙ্গা ললোনবা কোমলা পুবা মচিন-মনাউ অনী লাকই। মতু উবদা মুপীসিনা হায়, 'হো তাদ কোমলাতু অমত্তা চাহৌগে।' মুপা অনীতুনা, 'হো ইবেম্মা। অমত্তা চাগদবগী শরুকপুদি হিঙ্গুংদা ফম্লগা চানিংবমথৈ চারুলাউ' হায়রকপদা মাগী মপুরোইবা মাবু থা তরুকী লম্বীদা পোতুনা লাক্লবা ৱাতুনা ঙাইহাক্তং পোথাৱিবা অতুবু শুন্দোক্লম্লগা হিদিঙ্গা ললোনবা অতুগী হিঙ্গুংদা কাখৎলগা লৈখ্রে। মতু উবদা হুইসিনা খল্লি, 'ওম্বোকপনিদা মুপী মৱা লৌবা হৌজিক করি থোক্লে।' হুইসিনা মাগী মপুবু হৌদোক্লে, মুপাতু তাবা মরৈখিদ্রে। কাম্নরোই খল্লতুনা তুম্লিবা মপুতুবু থনম্লগা মুপীতুগী খোঙ্গুল লীরা চৎখ্রে। খোঙ্গাল মশক খঙলে হুই অতু হল্লকলে। মপুবু হৌদোক্লে, মীকপ থোরকপদা ইঙক ঙক্লে মাগী মুপীস্ম লৈরমদ্রে তৌফম খঙদ্রতুনা মাগী হুইগী মতুং ইল্লগে হায়না ইল্লক্লে।

অস্মম লাকপনা মুপীসিগী খোঙ্গাল য়োরক্লে। মুপীসি নোং ঙানবগী মাঙ্গোল ৱাই শিৎতুনা লৈবতু উরে। মুপাসিনা প্রপ প্রপ চঙশিন্দুনা হায়রকই, 'ওম্বোকপনিদা ইবেম্মা নঙসে! শিরবা নশাসি থা তরুকী লম্বীদা পুতুনা লাক্লে। হাম্না হায়নখিবনি হায়তুনা তুমদ-চাদবমথৈ লাকপদা ৱারতুনা লম্বীদা ঙাইহাক্তং পোথাৱিঙৈদা নঙনা তৌরম্লিবা লীলাসে কয়াদা ঙকপ্রবা নঙমুক ঙকপসি লৈরমদ্রে।' মসি হায়রুবদা মুপীসিনা মাগী অকোনবা মপুরোইবা অতুদা, 'হায় মুপা থোরকউ লাউ'. হায়না কৌথোক্লগা মাগী হাম্নগী মপুরোইবা অতুবু ফুতুনা হাৎতোকউ হায়রম্মী। মতমতুদা ললোনবা মনাউনিপা অতুস্ম থোরক্তুনা মচিন-মনাউ চঙতুনা ফুবদা হাম্নগী মপুরোইবা অতু শিরে। ৱাখোঙদা পুরতুনা অশিবা মশাতু ফুমজিনখ্রে। মতু উবদা হুইনা কপ্লকই। ঙাইহাক কপ্লগা হুইনা খল্লকই, 'ঐ হৌজিক দরবাল্লদা চৎলগে'; দরবার য়োরে।

মরোল থোক্তবনিনা ছুইদু পংকপ্তা কপ্তুনা লৈগ্রে। মফমদুদা লৈরম্বা মীশিংনা ছুইদুবু তাম্বোকই, ছুইদু চৎলু হায়বা গুকয়া য়াদে, মতমদু দরবার অদুগী জজদি লৈরমদে। জজ অদুসু হুমিং হুম্নি ছুটি লৌদুনা মমুমদা চৎখিবনি। ছুইদুসু হুমিং হুম্নি দরবার মফমদুদা অদুম লৈগ্রে।

হুমিং হুম্নি শুরদুনা মরিনি শুবা হুমিত্তা জজ অদু দরবারদা থুংলরে। ছুইনা কপ্লিবদু উরবদা মানা হংলকই, 'ছুইনা কপ্লিবসি হুমিং কয়ানি শুরে? মাবু তান-থোকপিগনু' মসি হায়দুনা দোলাই পাবা মী মরি থাজিল্লকই। মথোয় মরি চঙলকপদা মথোয়না পায়রিবা লীচৈ মতোন্দ্ ছুইনা চীকখ্রে। চৎলু চৎলু অদুমক চৎলু হায়দুনা ছুইনা লমজিংলকই। অসুম লাকপনা মহাক্কী মপুনা শিদুনা লৈরিবা ইংখোল অদু য়োরে। ছুইনা রাখোঙদা চঙশিল্লি, অদুগা মাগী মপু ফুম্বদু হোৎতোক্তুনা তাকখি। দোলাই পাবা মরিনা হোৎতোক্তুনা য়েংবদা অশিবা মীদু থেংনদুনা পুরক্লগা মুম্বু অদুগী ছুপা মচিন-মনাউ অনীগা ছুপী অদুগা মথোয় অহুম ফাদুনা পুরক্লে। থরা চৎলবা মতুংদা শনশেননহা অহুম লৈরম্মী। মথোয় অহুম্না হায়নৈ, 'হন্দক্কী বিচারসি ঐখোয় অহুম নত্তনা কনানসু বিচার তৌবা ঙম্লোইদোরি।' মদু মথোয়না উরুবা নত্তে মহৈগী শক্তিনা তৌগদৌরবনি। দরবারনা বিচার তৌবা ঙমদ্রে। মতমদুদা দোলাই পাবা মরিনা জজদা হঙৎলকই 'জজ সাহেব। লম্বীদা শনশেননহা অহুম্না হায়নহৌই হন্দক্কী বিচারসি মথোয় অহুম নত্তনা কনানসু বিচার তৌবা ঙম্নরোই। মদুদগী জজনা অঙাং অহুমদু ফাকুচো হায়দুনা দোলাই পাবা ছুপা মরিদু লাক্তুনা হায়রিবা অঙাং অহুমদু ফাদুনা পুরক্লে। জজদা পীরে। জজনা অঙাং অহুমদা হংই, 'হন্দক্কী বিচারসি নথোয় অহুম নত্তবদি ঙম্নরোই, অশিবা মরোল থোকহনগনি হায়বসি চুমবা?' শনশেননহা অহুম্না খুম্লকই, 'ফরে, হৌজিক অচোবা ধোলোক অমা পীয়ু।' ধোলোক পীরে। অঙাং অমা চঙখ্রে, অদুগা ধোলোকতু ছুপী অদুবু হাম্না পুহল্লু হায়দুনা ছুপী অদুদা মকোক্তা থাঙৎতুনা পুহল্লে। ছুপীসিনা হুম চৎলকপদা লমথাংদা থল্লকই, থোঙ্গেন থোক্না মথন্তা শোল্লকই, 'ওম্বোকপনিদা' ছুপী ওইবগী রাখল, মাগা ঐগা লৈশা-পাখং ওইরিডৈদা হায়নখিবগী মতুংইন্না ঐ শিরে থা তরুক্কী লম্বীদা ঐবু পুরদুনা যমুনা তুরেন্দা থাদবিরে, মসিদা ঐগী পাপ কোক্লে থল্লি, অদুগা শিরুরবা ঐগী হকচাংবুসু ইপুরোইবগী থৌজান্দগা যম নিংথৌনা অমুক হিংহনবিরে। মুমদা হুম লাকপদা লম্বীদা ইপুরোইবনা রারদুনা ঙাইহাক্তং তুম্নিডৈদা ইপুরোইববু ছন্দোক্রমলগা কোমলা অমগীদমক্তা হিদিঙ্গা ললোনবদা ঐনা মুম পানবা ঐ য়াম্না তৌবা চঙ্গীনি। হৌজিক তুমহৌরিবা ইপুরোইবনা ঐগী থোঙ্গুল লীরক্লে মতমদুদা

ঐনা অকোনবা লৈরিবা ইপুরোইববু কৌথোকল্লুরগা মাবু হেক্তা হাৎহনবা।' নিংতমবগী ৱাভাং কম্মানি মচিন্দা শোন্নহুনা ধোলোক্ক পুরুরগা হন্নক্ক না অমুক থন্নরে। ধোলোক মহুংদা লৈরিবা অঙাং অতুদি ৱারীদু ফজনা তাহৌরে।

ধোলোক অতুদা অঙাং অমা অমুক চঙগ্রে। কোমলা য়োনবা মুপা অমদা অমুক ধোলোকতু পুহনগ্রে। অম্মম চৎগ্রগা মথন্তা মচিন্দা শোন্নকই, 'ওস্থোকপনিদা য়াম্না লৈত-লান্নরনা নংনা হৌরকপা ঐনা কোমলা থরা থরা ললোনবদগী মী ওইজররগা মীগী মরা লৈবা মুপী লৌকুবদগী ঐ শিবা তারেদো, কোমলা অমা চাগে হায়বদা পীরন্নবদি মদোবনি, ফমতুনা চাক্লাউ হায়শিল্লুরে, তৌবা ঙম্বী মুপী অমা ওইরগ্রে মান্ম, ঐ শিবা তারেদো।' ঙাইহাক চৎলুরগা হম্বিল্লক্ক না ধোলোকতু অমুক থন্নরে, অঙাং অতুদি ৱারীদু লোইনা তাহৌরে।

অঙাং অমা অমুক ধোলোক মহুংদা চঙগ্রে। ধোলোকতু অকোনবা মনাউম্মুপা অতুদা পুহল্লে, মনাউম্মুপাতুনা মচিন্দা শোন্নকই, 'ওস্থোকপনিদা তাদনা মুপী অমা লৌকুনা ঐস্ম শিবা তারেদো, মীগী মুপী অসিগী থোঙ্গুল লীজরকপদা ঐস্ম হাৎলু হাৎলু হেক হায়দোকল্লুরে, ঐস্ম চঙশিন্দুনা হেক হাৎপা য়াওরুরে, থাম্বম্ম থামহৌদ্রে হৌজিক্তি ঐস্ম শিবা তারেদো।' ধোলোকতু পুরক্ত না অমুক থন্নরে। অঙম্না শনশেননহা অহুম্না মখোয় মীহাৎপা অহুমগী ৱারীদু তারতুনা জজদা ৱারী পুন্নমক লীতুনা অশিবগী বিচার অতুগী রায় অদু হায়দোকগ্রে। অশিবগী বিচারদু লোইরে। চুই অতুনা মপু নীংবদগী পুন্নমক অসি থঙখি, পুথোকখি।

# হন্নুবা হন্নুবীগী তেনবা

থায়না মমাংঙৈদো হন্নুবা অমগা হন্নুবী অমগা লৈরম্মী। মখোয় অনীনা তেনবা অমা যোক্লম্মী। তেনবা অসি মীরোল খোক্নুনা ব্রাব্রী শাবা, ব্রা ভাঙনবা লোইনা য়াই, শিংবস্ম মীগুম্না শিংলম্মী। নোংমা নোং ভাল্লকপদা 'তে, তে' খোংলকই। মতুদা হন্নুবা হন্নুবী অনীনা 'করিনো ইশু নঙনা খোংবদি' হংবদা তেনবানা খুম্লকই, 'ইবেনবোক আদা পাইরিবা তেনবা ময়ামসিনা ঐবু কৌরি?' করিগী কৌবনো হায়না হংবদা তেনবানা, 'শোরারেনগী অমরাপুরগী হৈদু চাকসি কৌবনি' হায়না খুম্মী। মপু মবেন্না অমরাপুরগী হৈদু কমদোই হংবদা তেনবানা, 'ইবেন শোরারেনগী অমরাপুরগী হৈদুদি হন্নুবীনা চারগা লৈশাবী ওল্লি। হন্নুবনা চারগনা পাথং ওনবা হৈনি' হায়রকপদা হন্নুবী হন্নুবনা 'অদু ওইরবদি ইশু নঙ হৈ চাবা চৎলু, ঐখোয়গীস্তু হৈ মচেৎ অমতং পুরকউ' হায়রগা তেনবাদু অক্লাদগী থাদোকপিখ্রে। স্বম পাইথিদুনা তেনবা শঙ্গু মরক্তা তিনখ্রে। মতুগী সুমিৎ অতমদি পাঙল লাং থাকপনা হৈ অমগা লাং অমগা কোন্নি কোন্ননা থাক্লমলে। তেনবা শঙ্গুদু পুল্লপ পুন্না থুখ্রে। তেনবা পুন্নমক লোইনা কপ্পরক্লে। হন্নুবা হন্নুবীনা লোইবা তেনবানা হায়রকই, 'ময়াম পুন্নমক ঙসি অহিং অসিমদি থাঙলসি, নবুক থন্না চানরো।' তেনবা পুন্নমক্লা মবুক থন্না থন্না চানরে। হন্নুবা হন্নুবীগী তেনবাদুদি মপু মবেনগী পুগনি হায়দুনা মচেৎ অমা ময়াদা উমলি। 'নখোয় নবুক লোইনা থল্লব্রা' হংবদা ময়াম্না থল্লে খুম্মী। মথা তানা হায়রকই, 'হৌজিক লাং কাইবা লাক্লে ঐখোয় লোইনা শিজিন্নরসি, পাঙলদি অশিবা চাদে হায়' হায়দুনা তেনবা ময়ামদু লোইনমক শিজিন্নরে।

ভাইহাক লৈরগা পাঙল লাং কায়বা য়োশিল্লক্লে। উচেকশিং অদু উবদা লাং থাকপশিংনা হায়রকই, 'অল্লাহ' তোবা ঙরাং কাইরম্লবদি শিরোইদৌবনিদো, উচেকশিংসি লোইনমক শিরে।' অমা লৌথৈ থাদৈ, অনী লৌথৈ থাদৈ, অহুম লৌথৈ থাদৈ অস্মন্না উচেক লোইনমক মথং মথং থাদরকই। মতমদুদা হন্নুবা হন্নুবীনা য়োকপা তেনবানা ময়ামদু গুরব্রা হায়দুনা মশীং থীবা হৌরকই। পাঙল লাং থাকপনস্তু উচেক ময়ামদু লৌথবা লোইরব্রা য়েংলকপদা হন্নুবা হন্নুবীনা য়োকপা তেনবাদু হেক থেংনরে। মদু উবদা, 'হৈমা! মসিমদি হৈ মচেৎ অমা পন্দুনা শিরমলে অল্লাহ!' হায়দুনা তেনবাদু লংথখ্রে। উচেক মশীং গুরে খন্দুনা হন্নুবা হন্নুবীনা য়োকপা

তেনৱানা 'তেৎ' হায়না খোংবদা শিজিন্নরম্বা তেনৱা ময়ামত্থ লোইনা পাইখ্রে। ময়ুম মায়গৈ পাংলক্নে।

থুম পাইরকপনা কায়নফম য়োৌরক্তনা ময়ামত্থ কপ্ন-লাউনরক্নে। ময়ুম য়োৌরবদা লৈহৌরগে হায়রে। তেনৱা ময়াম্নস্থ লৈহৌরো লৈহৌরো হায়নরক্নে। তেনৱা ময়াম্না হায়রকই, 'ঙসিগী থুমিক্তা হন্থবা হন্থবীনা য়োকপা তেনৱা নঙবু য়াওরমত্রবদি ঐখোয় পুম্নমক শিরমগনিদা! নঙনা তাইবং মীবু তিন্নরুবদগী ঐখোয়গী জীব কনবা ঙম-খ্রিবনি, শিরুরবা ঐখোয়সি নঙনা অমুক হন্না পোকপিরবনি।' অসি হায়রমলগা মহৈ মহৈ হন্নখ্রে।

হন্থবা হন্থবীনা যোকপা তেনৱাসি লমথাংদা ঈশিং থোৗন্নাংলদুনা ঈশিং থক্কে হায়দুনা ময়াদা উমলিবা মপু মবেনগী হৈদু ওথোক্লগা ঈশিং থক্লিঙৈদো অমুবা লিন অমনা হৈদুদা হু কামশিল্লে। ঈশিং থকপা লোইরদুনা হৈদু অমুক ময়াদা উমলদুনা পুরক্নে। ময়ুম য়োৌরদুনা মপু মবেন্দা হৈদু পীরে। হন্থবা হন্থবীগী শামু হন্থবা অমা লৈ। তেনৱানা পুরকপা হৈ অসি হন্থবনা চারগা পাখঙ ওনবা অদুগা হন্থবীনা চারগনা লৈশাবী ওল্লি হায় অদুনা শামুদা পীজদুনা য়েংসি হায়রদুনা শামু হন্থবদা পীজরুবদা শামু হন্থবদু শিরে। হন্থবনা ৱাহং পাউহংদনা শাউমনগ্রদুনা তোংজৈনা কন্দুনা হাংতোক্নে। মচীন্দা 'কৃষ্ণ, কৃষ্ণ', শোন্দুনা তেনৱাদু মথ্বায় থাথি। হৈ মরূ য়াওবা হৈ মচেৎ অমা লৈহৌই মতুম্ব হন্থবনা লাক্নুনা লংথোকখ্রে অসিগুম্বা কান্নদবা হৈসিবু হায়দুনা।

অঙকপনি। মতম থরা লৈরগা হন্থবনা লংথোকখিবা হৈ মচেৎ অদুদা য়াওবা মরূ অদুদগী হৈ পাম্বী অমা হৌরক্নুনা য়াম্না নিংথিজনা মহৈ পাল্লে। হন্থবা-হন্থবী অনীদু মথ্বায় য়াম্না হুংঙাইত্রে অমত্তং তেনৱানা পুরকপা হৈদুদগী হৌরকপা পাম্বী অদুগী মহৈ অদু চারগা শিরসি থন্নরে। হন্থবী অদুনা অহানবদা চঙখিদুনা হৈ মখোঙ অদুদা য়াম্না মথ্বায় হুংঙাইতনা শিরগে হায়দুনা পাল্লিবা হৈ অদু অমা তাপ হেক্তুনা চাক্নরে। অঙকপদি হৈদু চারুবদা হন্থবীদু লৈশাবী তনৌ তনৌবী অমা ওনখ্রে। হন্থবীনা ওনবা লৈশাবী অদুনা হন্থবা অদুগী মনাক্তা চঙলক্লগা হায়রকই, 'হায় ! হন্থবা ইশু তেনৱানা পুরকপা হৈ পাম্বীগী মহৈ চারুবদগী ঐহাক লৈশাবী ওম্মোক্নে।' হন্থবনা মদু তাবদা 'নবেন্দু হৌজিক্তা হৈ চারগা শিজরনি হায়দুনা চঙখিবগী হুংনাংলিঙৈসিদা কদাইদগী লৈশাবী অপাইবীনো অমুক লাঙনররিবসিনা' হায়দুনা লাউহংলকই। অদুবু লৈশাবী ওল্লবা হন্থবী অদুনা হন্থবা অদুদা নমদুনা হৈ অদু অমা পীজরে। মদু চারুবদগী হন্থবা অদুম্ব পাথং ওম্মোকখ্রে। থোক্লিবা থোৗদোকসি

উবদা হম্বা হম্বী অনীচুনা কপ্লকই, 'পঙডিদা ঐখোয়সি। হুংশিল্লবা, ঐখোয়গীদমক্তা থঙবা ইশু তেনবাদু রাহং-পাউহংদনা ঐখোয়না হেক্তা হাৎতোকখিদা।' তেনবা অচুনা তোংলম্বা অক্লাদু পায়চুনা কয়া কপ্লে। অচুবু মখোয়না পঙমনবদগী থোকখিবা থবক মশু তেনবা হাৎতোকখিবচুদি অমুক হিংগৎহনবা ঙমখিদ্রে। তেনবা অচুগী মপু নীংবগী মপালদগী হম্বা হম্বী অনীদু পাথং নৈশাবী ওন্দুনা মতম শাংনা হুংঙাই যাইফনা পানথি।

লোইরবা